শ্রীগুরু গৌরাঙ্গগী জয়

# কৃষ্ণভাবনা—
# অখোইবা যোগ

শ্রীশ্রীমৎ এ, সি, ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদ
ফাউণ্ডর আচার্য্য আন্তর্জাতিয় কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘ
মৈতৈলোন্দা বনমালীদাস

ফোঙজবা--

ইসকোন মনিপুর
হরে কৃষ্ণ লেণ্ড, এয়ারপোর্ট রোড
ইম্ফাল — ৭৯৫০০১
ফোন — ২১৫৮৭/২২২৫০
অহানবা শুংনম — ১৯৯০ ইং

কোপী মশীং — ১০০০
স্বত্ব পানক ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাষ্টকিনি
মমল লুপা ১০.০০

নম্ফম —

শ্রীগোবিন্দ প্রিন্টিং বার্কস
হরে কৃষ্ণ লেণ্ড, এয়ারপোর্ট রোড
ইম্ফাল — ৭৯৫০০১
ফোন নং ২১৫৮৭/২২২৫০

# য়াওফম তাকপা

# যোগগী মপুঙফাবা

পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ভগবদ্গীতাগী তরুকশুবা অধ্যায়দা খ্বাইদগী অপোইবা যোগগী নিয়ম অদু তাকপিরি। মতাংঅদুদা মহাক্না হঠযোগগী মরমদা তাক্লি। ঐখোয়না কৃষ্ণভাবনাগী আন্দোলন অযম পুম্বা শীনথুংনা শন্দে বচবি-বসি ভগবদ্গীতানা বৃষ্ণন ওইরগা শন্দোকপনি হায়বসি কাউবিগনু। মসিদা নোংনা শেন-শাদুনা পুথোকপা রাযম অমত্তা য়াওদে ভক্তিযোগগী নিয়ম অসি ময়াম্না শক-খঙনা য়ানরবা নিযম্নি, অদুনা কনাগুম্বনা ঈশ্বরগী মরমদা খঙনীংলবা অদু ওইরবদি মহাক্না ভক্তিযোগগী নিয়ম অসি পাম্বখৎপা তাই মরমদি ভগবদ্গীতাগী তরুকশুবা অধ্যায়গী লোইশিল্লকপা মতাংদা খ্বাইদগী থাক হাংবা যোগীদি মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু পুক্নীংদা নিংঙদুনতা লৈরিবা মহাক অদুনি হায়না তাকপিরম্মী।

পুম্নমক্কী মথকথোংবা ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা অষ্টাঙ্গযোগগী নিয়ম তাকপিরি। যোগ সিংগী অহানবা খেংথংনি অচীকপা অমস্তং অশেংবা মফম অমা থনবনি। অষ্টাঙ্গযোগগী মতুংইন্না পাঙথোক্কদবা ধ্যানগী থৌওংসিংদি অকে অমৌগী মফম সহরশিংদা পাঙথোকপা য়াদে। মসি পাঙথোকপস্থু ঙম্মদে। মরম অসিনা ভারত লৈবাক্তা কনাগুম্বনা যোগ

সাধন তৌগে হায়না পুক্নীংদা চপয়ুংনা লেপ্লবদি হিমালয় চীংগী লমদমদা লৈবা হরদ্বারগুম্বা অচীবপা মফমদা চৎনৈ অহুগা মফমহুদা মথম্ভা লৈহুনা চাবা অংস্থং তুম্বগী নিয়ম কয়া চেকশিন্না ঙাক্কুনা পুন্সী লেনবা ঙমই। মসিদা মুপীগা সঙ্গ তৌবগী বাদি শুকয়াও য়াংদে। মহুদা ঙাক্না চৎবদবা নিয়মশিংহু য়াম্না চেকশিন্না ঙাকপা তাই। ইচম চম্না হক-চাঙ শাজেন তৌহুনা মণ তৌবা থন্না উৎপা অহুনা যোগগী মপুঙফাবা নত্তে। যোগগী অর্থদি ইন্দ্রিয়শিংবু থুহুম চনবা হায়বনি। কনাগুম্বনা অথীংবা য়াংদনা ইন্দ্রিয়শিংবু ইন্দ্রিয় বিষয়শিংগা তিন্নহল্লগা যোগ সাধনককাম্থ তৌন্নিবনি হায়হুনা তৌজন্নবম্থ মহাক্কুনা মপুন্সীদা মপূঙযাবা শুবঙম ঙম্লোই। যোগ সাধন তৌগে হায়ন্নবদি অচৌকপা মফম থিগনি অহুদগীদি মিং ঙথায় উইশিন্দুনা যম্নগা চিংনা নাতোনগী মতোন্দা য়েংহুনা পুক্নীং লুপশিন্নবা হোংনগনি। মসিদা ফম্লিবা ফমফম অসি হোংবা য়াদে। হৌজিক্কী মতম অসিদা ইনবদা ৱানা থোক্লবা নিয়ম কয়া অমা মসিদা য়াংনি।

হৌজিক লৈন্নিবা ফিভম অসিগা য়াম্না খেন্নরিবৈংগী মতম চহী ৫০০০ রোমগী মমাঙদা ফাওবা হায়ন্নিবা যোগ সাধন অসি পাঙথোকপা ঙম্নরমদে। নিংথৌগী শাগৈদা পোক্ল-বা, লান্দা অথৌবা অমম্ভং কৃষ্ণগী চান্নরবা মরূপ ওইহুনা অতং অথম লৈতনা লোয়নহুনতা লৈন্নিবা অর্জ্জুনগুম্বা

অখোইবা পুরুষ অমনা ফাওবা শ্রীকৃষ্ণগা শক্না শক্না উনত্নুনা ঙাঙনত্নুনা থম্ন নৈনরিবৈ মতমদা যোগসিগী সাধন মওং অসি তাকুরগা অস্নম্না হায়, "হে মধুশূদন কৃষ্ণ, ঐ যোগ সাধন অসি তৌবা ঙমজরোই।" মহাত্মা পুক্নীং ইথিং থিংনা শেংনা হায়রৈ, "ননাই ঐগী ওইনদি ভাকপিরিবা নিয়মশিং অমসুং পুক্নীংবু ফাজিন্দুনা থুত্নুম চনশিনবা হায়বসি পাঙথোকপা ঙমজরোই।" অত্নু ওইরবদি ঐখোয় অমুক্কং খন্থসি: চহী ৫০০০ রোমগী মমাঙদা অর্জুনগুম্বা শক্তি লৈরবা অখোইবা মুপা অমনা তৌবা ঙমতরোই হায়না হায়রম্নবা অষ্টাঙ্গ যোগগী নিয়ম অসি ঐখোয়না হৌজিক করম্না পাঙথোকপা ঙমগনি?

কলি কৌবা যুগসিদা মীওইবগী পুন্সিসি তেল্লে। ভাগবততা লৈবা মী অয়াম্বগী পুন্সিগী মতম অসি চামদা কুম্ন্নামঙানি। নখোয়গী নোংচুপ-লমশিংদনা মসিদগী থরা শাংনা পুন্সিনরম্বা য়াই। অত্নুবু তশেংনা হায়রগদি নখোয়গী নবুধৌশিংনা চহী ১০০ পুন্সিনরম্বা অত্নুগুম্না নখোয় পুন্সিবা ঙম্নরোই। পুন্সীসিদা অহোংবা কয়া লাকই। পুন্সিগী চাং হম্থরক্লি। যুগসিদা মীওইবগী পুন্সি, মীশুংশি অমসুং লৌশিং অস্নম অস্নম হন্থরক্লগনি হায়না শাস্ত্রদা হায়না মাংজোননা তাক্লম্নবনি। মীশিংগী পাঙ্গল, শক্তি লৈররোই; মখোয়গী পুন্সি তেল্লগনি। ঐখোয় মতম পুম্বদা য়ৈথাই থিঙ্গাইবতমক খেংনরি অত্নুগা ঐখোয়গী ইশাদা আত্মাবু শকখঙনবগী জ্ঞান মচেৎ অমত্তা য়াওজদে।

খূদম ওইনা, পৃথিবীগী মফম খুদিং শীনথুংনা লৈখ্রিবা বিশ্ববিদ্যালয়শিংসিগী মমুভদা আম্বাগী জ্ঞান তাবপিনবা করিগুম্বা ডিপার্টমেণ্ট অমতা য়াংদে। তশেংবদি ঐখোয় আম্বা ঙাক্তনি। ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক হিংলিবা পুন্সিগী মমুংদা ফাওবা ঐখোয় হকচাঙ অমদগী অতোপ্পা হকচাঙ অমদা হোংচুনা লৈ হায়বসি ঐখোয়না ভগবদ্গীতাদগী খঙবা ঙম্মী। ঐখোয় খুদিংমক করিগুম্বা মতম অমদা অপীকপা অঙাংগী হকচাঙদা লৈরম্বা ঙাক্তনি। মহুগী হকচাঙচু কদায়দা চৎখ্রে? মহুগী হকচাঙচু লোইখ্রে। হৌজিক ঐ অহল ওইরে অদুবু ঐ মমাংদৈঙদা অঙাং মচা ওইরম্মী হায়বদু হৌজিকসু নীংশিংলি। ঐনা থা তরুক্কী অঙাং ওইরিদৈঙগী মতাঙচু হৌজিকসু নীংশিংলি; ঐনা ইচেগী ভম্পাক্তা হিপ্লুনা লৈ অদুগা মানা ফি লোন্দুনা লৈ; ঐনা শাম্নচুনা লৈ। ঐনা মচু ফাওবা নীংশিংবা ঙম্মি অদুনা মী অতৈনসু মখোয় হান্না অঙাং ওইরম্মী হায়বসিদি নীংশিংবা ঙম্মম থোকই। অপীকপা অঙাংগী হকচাঙ অদুগী মতুংদা মুপামচাগী হকচাঙ অমুক ফংলে; অদুদগী মখোক কারকপা নহাগী হকচাঙ ফংলে অদুগা হৌজিক্লা অহন ওইবগী হকচাঙসিদা লৈরি। হান্নগী হকচাঙশিংচু কদায়দা চৎখ্রে? মখোয় লোইনমক হৌজিক অমত্তা লৈত্রে। হৌজিকী হকচাঙ অসিদি হান্নগীচু নত্রে; হান্নগী অদুদগী তোঙানবা হকচাঙমি। ঐনা

হকচাঙ অসি থাদোক্লুনা চংখিবগা অতোপ্পা অনৌবা হক-চাঙ অমা অমুক লৌগনি হায়বসি ভগবদ্গীতাদা ময়েক লানা তাকপিরি। মসি খঙবদা য়াম্না লুনা থোক্কে। ঐনা হকচাঙ কয়া হোংলুরে, অঙাংগী হকচাঙদগী নহাগী হকচাঙদা হোংলকপা অসিতা নত্তনা মেডিকেল সাইন্সগী চতুংইন্নদি ঐ.খায়গী হকচাঙ অসি ঐখোয় ইশানা ফাওবা খঙজদনা মিং-কুপ খুদিংগী হোংহনা লৈ হায়রি। অস্তুম্না হকচাঙদা অহোংবা লৈবা অসিনা আত্মানা নিত্যনি (লেঙদবনি) হায়বসি তাক্লি। ঐনা হকচাঙ কয়া কয়া লৌহনা হোংলক্লবসু ঐনা অঙাং না-রাগী হকচাঙ অমসুং মুপামচা ওইরম্বগী হকচাঙহু অহুম নীং-শিংলি—অদুগা ঐদি আত্মা ওইনা হোংবা লৈতনা অহুম মরৈরি। মতৌ অসিগুম্না ঐনা কায়নথংদা হকচাঙসি থা-দোক্লগা অতোপ্পা হকচাঙ অমা অমুক লৌগনি। মসিগী রাকমসি ভগবদ্গীতাদা তাকপিরম্মী। মীপুম খুদিংমক্না রাকমসিদা অচুম অরান খিকম থোকই অদুনা হৌরম অশোম-দা বৈজ্ঞানীক ওইবা মওংদা খঙননবা খিঙিনফম থোকই।

হন্দক্তা ঐনা টোরন্টোদগী ডাক্তর অমনা থারকপা চিঠী অমা ফংই। মানা হকচাঙ লৈ অদুগা আত্মাসু লৈ হায়না হায়রকখি। ঐনা মাগী চিঠী চংনৈ। তশেংবদি মসি অচুম্বা রাকম্নি। মসিগী প্রমাণ মরাঙ কায়না লৈঃ মসি বেদ-শাস্ত্রগী বা ডাক্তরসু নত্তে, ইশা ইশানা থেংনরকপা চাংয়েং

খুদম কয়াস্থ য়াওরি। আত্মা লৈ, মসিনা হকচাঙ অমদগী অতোপ্পা হকচাঙ অমদা হোংহুনা লৈ, অদুবু লাইবকথৌবদি বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা ছাত্রশিংবু থবায় য়'ংনা ওমনবা মযম অমতা লৈতে। মসি য়াম্না লাইবক থীবনি। বেদান্ত সূত্র-না হায়, "মীওইবগী মপোকসিদি আত্মাবু মশক খঙনবা, পরম সত্যবু মশক খঙনবা থিননবগীদমক্তনি।" যোগ সা-ধনগী মতেংনা সংসার অসিদা আত্মাগী মরম থিজিনগদবনি। অসিগুম্বা আত্মাগী মরম থিজিনবগী থৌওং অদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না ভগবদ্গীতাদা তাকপিরি। "নঙনা তাক-পিরিবা যোগগী নিয়ম, হঠ যোগগী নিয়ম অসি ঐনা তৌবা ঙমজরোই" হায়না অর্জুননা হায়বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন-বু যোগীশিংগী মমুঙনা খ্বাইদগী অথোইবা যোগীনি হায়না তাকপিরি। হঠ যোগ তৌবা ঙমদ্রে হায়হুনা থোইনা পুক্নিংদা মুংঙাইতবা তৌরুগমু হায়না মানা অর্জুনবু থেমজিল্লি। মানা হায়বিখি, "যোগী মথল কয়াগী মমুঙদা—হঠ যোগী, জ্ঞান যোগী, ধ্যান যোগী, ভক্ত যোগী, কর্ম্ম যোগী—মথোয়শিংসিগী মমুঙদা নঙনা খ্বাইদগী অথোইবা যোগীনি।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "যোগীশিংগী মরক্তা মতম পুম্বদা অতৎ অথম লৈতনা ঐবু পুক্নিংনা নীংজরিবা অমসুং থম্মোয়মুংদা ঐবু ধ্যান তৌজরিবা মহাক্তুনা খ্বাইদগী অথোইবা যোগীনি।"

কনানা কৃষ্ণবু মতম পুম্নমক্তা পুক্নিংদা নীংহুনতা লৈবা ঙমগনি? মসি খঙবদা ইরায় লায়। নঙনা কনাগুম্বা অমবু মুংশিরবদি মুংশিরবা মাবু মতম পুম্নমক্তা নঙনা নীংশিংহুনতা

লৈ; অদু নত্রবদি ওমদে। নওনা কনাগুম্বা অমবু মুংশিরবদি মাবু মতম পুম্বদা নীংশিংবা হায়বত্নদি হৌনশানি। মত্ন ব্রহ্ম-সংহিতাদা নীংথিনা তাকপীরি। কৃষ্ণবু, ঈশ্বরবু মুংশিবা ওয়িবা মহাক্নুনা মাবু মতম পুম্বদা নীংশিংজবা ওমই। ঐনা কৃষ্ণ হায়বা মতমদা পুম্নমকপু শেম্বীরিবা ঈশ্বরবু হায়রিবনি হায়বসি ময়াম্না খঙবিয়ু। কৃষ্ণগী অতোপ্পা মমিং অমনা শ্যামসুন্দর কৌই হায়বদি মাগী কুচুদি ফুইনা হৌবা নোংহৌ-গী মচুগুম্না মুরবম্ন য়াম্না ফজে। ব্রহ্মসংহিতাগী শ্লোক অমদা কৃষ্ণ, শ্যামসুন্দরগী মফমদা প্রেম পোকপা ওম্নবা সন্ত সাধু-শিংনা থম্মোয় লকাপ্লুংদা মতম পুম্নমক্তা মাবু নীংহুনতা লৈ হায়না হায়রি। তশেংবদি কনাগুম্বনা যোগ সাধনগী মতেঙনা সমাধিগী থাক য়ৌবা মতমদা মরক শুকতং তংপা লৈতনা থম্মোয়মুংদা ওাম্লোইরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদু নীংহুনতা লৈবা ওম্মী। মাদি য়াথল অদুদা অহুম লুপ্প্রনা লৈ।

কৃষ্ণ, শ্যামসুন্দরদি বিষ্ণুগী মূলনি। মত্ন ভগবদ্গীতাদা তাকপিরি। কৃষ্ণদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব অমসুং অতৈ পুম্বা লোয়না তিল্লিবনি। বেদশাস্ত্রগী মতুংইন্না মানা ইহান হান্না বলদেব ওইনা শন্দোকই, অদুদগী বলদেবনা সঙ্কর্ষণ ওইনা শন্দোকই, সঙ্কর্ষণনা নারায়ণ ওইনা শন্দোকই অদুগা নারায়ণনা বিষ্ণু ওইনা (মহাবিষ্ণু, গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু, ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণু) ওইনা শন্দোকই। হায়রিবসি

বেদগী বানি। অতুনা কৃষ্ণ অসি বিষ্ণুগী মূলনি, শ্যামসুন্দরনি।

মসিগী নিয়মসিদি মপুঙ ফাবা নিয়ম্নি। মপুক্নিংদা কৃষ্ণবু মতম পুম্বদা নীংতুনা লৈরিবা মহাক্কু থ্বাইদগী অথোইবা যোগীনি। নখোয়না যোগ মপুঙ ফাবা পাম্লবদি ইচম চম্না তৌফম থোকপা নিয়মশিংতুদং তৌরগা পেস্থোক্তুনা লৈরোইদবনি। মতুগী মখা তানা চৎথবা তাই। তশেংনা হায়রবদা যোগগী মপুঙ ফাবা মতাঙদি সমাধিগী থাক্তদমক হায়বদি থম্মোয়মুংদা লৈরিবা ভগবানগী বিষ্ণু রূপ অদু মাঙবা লৈতনা তত্তুনা থনবা ঙম্বা মতম অদুদা ওইরবনি। মরম অসিনা যোগীশিংনা মীচিক মীরাংথোন তাদবা মফমা চৎনৈ অদুগা পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু মপুঙ ফানা খুদুম চন্দুনা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী রূপতা পুক্নিং লূপশিন্দুনা লৈরগা সমাধিগী থাক য়োৗবা ঙমই। মতাঙতুবু যোগগী মপুঙফাবা কৌই। তশেংবদি মসিগী যোগ সাধন অসি য়াম্না বাই। অচৌকপদা লৈবা মী থরগীদি মসি ঙম্বস্তু য়াই অতুবু মীয়াম প্রজাশিংগীদমক্তদি শাস্ত্রনা মসি তৌ হায়না হায়রমদে। হরের নাম হরের নাম হরের নামৈব কেবলম্, কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥ "কলি যুগ অসিদদি সংসার ঈপাক লাম্নবা হরিগী নাম শোনগনি। মসি নত্তনা অতৈ অমা তৌনিংঙাই লৈতে। অতৈ অমা তৌনিংঙাই লৈতে। অতৈ অমা তৌনিংঙাই লৈতে।" (বৃহন্নারদীয় পুরাণ)

সনাগী যুগ সত্য যুগতা ভৌনবা তাক্লম্বা যোগগী সাধনদি শ্রীবিষ্ণুবু মতম পুম্বদা ধ্যান তৌবসিনি। ত্রেতা যুগতনা অচৌ অচৌবা যজ্ঞগী থৌরাংনা যোগগী সাধন ওইরম্মী অদুগা মথঙগী যুগ দ্বাপর যুগতনা মন্দিরগী শ্রীমূর্ত্তিবু পূজা তৌজবনা যোগগী মপুঙ ফাবা সাধন ওইরম্মী। হৌজিক্কী যুগসি কলি যুগ কৌই। কলি যুগকী অর্থদি খৎনচৈনবা অমসুং অমগা অমগা মত খেন্নবনা থনবা হায়বনি। কনা অমতনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগা মত তিন্নবা নৈনিন্নবা য়াওদে। মীপুম খুদিংমক মশা মশাগী মত তোঙান তোঙান্না লৈজে অমসুং মশা মশাগী তোঙান তোঙানবা দর্শন ইন্দুনা চংলৈ। ঐগা নঙগা মত মান্নদ্রবদি হেক্তা খৎন-চৈনবা হৌই। মসি কলি যুগকী মওং মতৌনি। যুগ অসিগীদমক আত্মা মশক খঙনবা তৌ হায়না তাকপিরম্বা নিয়মদি ঈশ্বরগী নাম শোনবা অসিতনি। ইচম চম্না ঈশ্বরগী নাম শোনজবা অসিতনা সত্যদা ধ্যাননা, ত্রেতাদা যজ্ঞনা অদুগা দ্বাপর যুগতনা মন্দিরগী শ্রীমূর্ত্তিবু পূজা তৌজরগা ফংবা আত্মাবু শকখঙবগী মহৈ অদু কলি যুগসিদা ফংবা ঙমহল্লি। মমাঙঙৈগী যুগতা ফংবা ফল অদু ইচম চম্না কলি যুগসিদা হরি কীর্ত্তনা ফংবা ঙম্মী। হরি-গী অর্থদি পরমেশ্বর ভগবাননি অদুগা কীর্ত্তনগী অর্থনা মতীক মগুণ থাগৎতুনা শক শোনবা হায়বনি।

মসিগী নিয়ম অসি শাস্ত্রদা তাকপিরম্বনি অদুগা মসি চহী ৫০০ গী মমাঙদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ঐখোয়দা পীবিরম্বনি। মহাক নবদ্বীপ কৌবা সহর অমদা পোকপনি। মসি কলকাত্তাগী অব্রাংলোমদা মাইল ৬০ লাপ্পা লৈ। মীশিংনা হৌজিকস্তু মফমদুদা পরিক্রমা তৌনরি। মফমদুদা ঐখোয়গী মন্দির অমস্তু লৈ। মসি অশেঙবা তীর্থ মফম অমনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মফমদুদা পোকখি। মহাক্না ময়াম পুম্না হৌদুনা নাম শোনবগী আন্দোলন অসি হৌদোকখি অদুগা মসি য়াওবা য়াবা য়াদবা করিমতা থায়দনা ময়াম পুম্বা কোনশিন্দুনা চথরম্মী। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন আন্দোলন অসি পৃথিবীগী মফম থুদিংমক্তা শীনথুংনা শন্দোক্কনি অমস্তুং হরিনাম মহামন্ত্র অসি পৃথিবীগী গ্রাম নগর পুম্নমক্তা শোম্নরগনি হায়না মানা হান্না মাংজৌননা তাকপিরম্লবনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী য়াথং মতুং ইন্না অমস্তুং মানা তাকপিরম্বা নিয়ম মতুং ইন্না ঐখোয়না হরে কৃষ্ণ শোনবা হরিনাম সংকীর্ত্তন আন্দোলন অসি পৃথিবীগী মফম পুম্বা শীনথুংনা শন্দোক্লবা হোৎনজরি অদুগা মসি মফম পুম্নমক্তা মায়পাক্লা চথরি। ঐ ইউরোপ, আমেরিকা, জপান, কনাদা, অষ্ট্রেলিয়া, মালায়াসিয়া অসিনচিংবা মফমশিংদা প্রচার তৌরি। ঐনা সংকীর্ত্তন আন্দোলন অসি হৌদোক্লি অদুগা ঐখোয়গী কেন্দ্র পৃথিবী শীনথুংনা লৈ। কেন্দ্রশিং

অসি মীয়াম্না য়াম্না থবায় য়াওনা শোগৎলি। মকমসিদা লৈরিবা মুপীমচাশিংসি ঐনা ভারতকী পুন্সিংলকপা নত্তে, অত্তবু মখোয়শিংসিনা আন্দোলন অসিবু য়াম্না থবায় য়াওনা পায়খৎলকই মরমদি মসি আত্মাগা হকথেংননবা মরী লৈননা তৌই।

ঐখোয়গী পুন্সিগী তাঙ্কক কয়া থোক্লা লৈ—ইশাবু হকচাংসিনি হায়না থনবা ৱাখল, পুক্নিংনি হায়না থনবা, বুদ্ধিনি হায়না থনবা অমসুং ইশাবু আত্মানি হায়না থনবা ৱাখল। তশেংনদি ঐখোয়গী অশেংবা নৈনফমদি আত্মানি হায়না থনবা ৱাফমসিনি। মশাবু হকচাংনি হায়না থন্দুনা শুমহৎতুনা লৈরিবশিংদুদি হূই অমসুং হৌদোংদগী থোইনা হেন্দ্রে। "ঐ হকচাংসিনি" হায়না ঐখোয়না লৌরবদি হূই নত্রগা হৌদোংদগী থোইনা হেম্না ফবা হায়বদু ওইদ্রে মরমদি ঐখোয়গী পুন্সিগী ফিদমদু মখোয়গীদুগা অম্না ওইরে। কৃষ্ণনা ভগবদ্গীতাগী পাউতাক পীবা হৌগৎলকপা মতাংদা অর্জুনদা খংহনিংদুনা তাকখ্রিবা অদুগুম্না "ঐখোয় হকচাংসি নত্তে" হায়বসি খঙবা তাই। "ইহান হানবদা নং কনানো হায়বা খঙখো। করিগীদমক হকচাংনা মুক্ষম ওইনা থম্লগা অৱা তেংথারি। নং লাল শোক্লৌ। নংগী নচিন ননাওশিংগা, নশেন নবাইশিংগা অমসুং নচানশিংগা লাল শোক্লদবা য়াদে অদুগা নংনা তেংথা নাওইননা

লৈখোক্লি। ইহান হানবদা নঙ হকচাঙলা নত্রগ। হকচাঙসি নক্তব্রা খঙনবা হোৎনখো।" মহুনা ভগবদ্গীতাগী অহৌবনি। কৃষ্ণনা অর্জুনদা মহাক মাগী হকচাঙদু নত্তে হায়বসি খঙহন্নবা লাক্লরি। পীক্লিবা পাউতাক অসি অর্জুন মথক্তগী নত্তে। মীপুম খুদিংমক্কীনি। ইহান হানবদা "ঐ হকচাঙসি নত্তে" "ঐহাক আত্মানি" হায়বসি খঙননবা তম্বা তাই। মসি বেদগী পাউতাক্লি।

ঐখোয় হকচাঙসি নত্তে হায়বা ৱাফমসি অচেৎপা পুক্নীংগা লোয়ননা খঙলবদি মহু ব্রহ্ম খঙবগী ব্রহ্মভূতগী থাক কৌই। মহু জ্ঞাননি—অশেঙবা জ্ঞাননি। চাবা, তূম্বা অমসুং মুপী মুপা তিম্নবগী লম্বীদা খুমাঙ চাওখৎপা জ্ঞান অসিদি শাশিংগী জ্ঞাননি। হূই অমনা করম্না চাগনি, করম্না তূমগনি, করম্না অমোম্নগা তিম্নগনি অমসুং মশাবু করম্না ঙাকথোকচগনি হায়বসি খঙই। ঐখোয়না তম্লিবা মহৈমশিং অসি মথক্কী ৱাফমশিংসিগীদমক্তা ওইরবা (হূই অমনা মাগী হৈনবী মতুংইন্না চায়; ঐখোয়শু চায় তৌবদদি ফজবা টেবল অমদা নীংথিনা থোংলবা চিঞ্জাক্তু ফজনা পুখমদা থাপ্তুনা চায়) অদুনা ঐখোয়গী চাওখৎপা নত্তে। তৌরিবা নিয়মদু চাবা অদুগীনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না মথোল তক্কক শাবা নত্রগা মথোল ১২২ ৱাংনা শাবা দলাগী ফজবা কা অমদা তূম্বা য়াই অদুগা হূইনা লম্বীগী চিদাইদা কুন্দুনা তূম্বা য়াই অদুবু মানা তূম্বা অদুগা ঐখোয়না তূম্বা অদু—তূম্বু তূমগ্রবদি

করিমতা থেন্নদে। তুমথখিবগা ঐখোয় নোংদোল খেংনা ৱাংবা দলালদা তুমব্রা নত্রগা লৈমায়থক্তা তুংব্রা হায়ংদু করিমতা নীংশিংদে মরমদি নঙবু কমুংদগী পুথোক্তুনা মহৌ সংসারদা তাউহল্লি। নঙগী হকচাঙদু কমুং মথক্তা লৈ হায়বা কাউথোক্তুনা ফুংশিংতা কোইপাই পাইরি হায়না মঙ সঙলি। অদুনা তূপ্গী মওং চাওখংহনবা অসি সভ্যতাগী চাওখৎপা নত্তে। মতৌ কস্তুম্না হূই অমনা করম্না অমোমগা লোয়ন-গনি হায়বগী চংনবী নিয়ম লৈতে। হূই অমোম লৈবা মফমদা লমজ্ঞাও শোরে'ক্তা হেক্তা তিমৈ। নঙনা অচীকপা মফমদুদা তুমিন্না মুশীগা তিন্নবা য়াই (তৌবগী দি হৈৎহিক মীয়াম্না হূইনা লোয়নবগুম লোয়নবা হৈনবা তম্নরি), অদুবু মুপী মুপা তিন্নবা হায়বদুদি অদুম মরৈ। মশাবু ঙাকথোক-চনবা নিযমস্তু অদু মঙায়। হূইনা খুজিল অমস্তুং ময়্যানা নশাবু ঙাকথোকচনবা হোৎনৈ অদুগা নখোয়গীনা এটোম বোম লৈ। অদুবু মদু থম্বগী মরমদি নশাবু ঙাকথোকচনব-গীনি, অদুগীদনি। মরম অসিনা শাস্ত্রনা তাকপিরি মদুদি মীওইবগী মপোক অসি হকচাঙগী ইন্দ্রিয়শিংগী মচিঞ্জাক ছুম্নবা নিয়ম মরি অসি তৌননবগী নত্তে। মসি নত্তবা অতোপ্পা অমা লৈরি—মীওইবগী মপোক ফংবা সতমদ' ব্রহ্মগী মরম খঙনীংনা থিজ্জদবনি। মদুগুম্বা বিদ্যা অদু তমগদবা ৱাংলি।

বৈদিক সভ্যতাগী মতুংইন্না ব্রাহ্মণ হায়বসি আত্মাবু 'মশক খঙবা, য়াম্না মহৈ হৈবা মীনি। ভারত লৈবাক্তা ব্রাহ্মণশিংসি পণ্ডিত ওাকুনি হায়না লৌনৈ, তৌবগীদি ব্রাহ্মণগী জাৎতা পোকপনা ব্রাহ্মণ কৌ'দি য়াদে। মখোয় আত্মা করিনো হায়বা খঙফম থোকই।

পোকপা মতমদদি নী পূমনক শূদ্র হায়বদি বর্ণগী মরি-শুবা হুম্বা কাঙলুপ মনুং চনবা ওাকুনি অদুবু সংস্কারগী বিধি মতুংইন্না মাবু শেংদোকপীবা যাই। শেংদোকুবগী নিয়ম তরাখক লৈ। কনাগুম্বা অমনা হায়রিব নিয়ম-শিংসি পাওথোকপা তাই অদুগা ইকোন কোংগ গুবগী মফমদা চঙজদুনা গুরুদগী দীক্ষা লৌদুনা নগুণ থাংলবা মতমদা অনিরক পোকপা হায়বদু ওই। অহানবা মপোক্কা ইমা ইপানা পোকপনি অদুগা মপঙগী মপোক্কা গুরু অমসুং বেদগী জ্ঞাননা পোকপনি। মদুবু অনিশুবা মপোক কৌই। মতমদুদা মীশক অদুবু বেদ নৈনবা অমসুং খঙনবা তাঞ্জা অমা পীবিরে। বেদবু চেকশিন্না নৈন-বদগী আত্মা করিনো, মাগা ঈশ্বরগা লৈনবা মরী করিনো হায়বদু খঙবা ওনজৈ অদুগী মতুংদগীদি মহাক ব্রাহ্মণ ওইরে। শক্লাইদবা ব্রহ্মাবু শকথঙবগী থাক অসিদগী মহাক্না পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু শকথঙবগী থাক য়োৎরকই; মতমদুদা মহাক বৈষ্ণব ওইরে। মসি পুন্সিবু মপুঙ ফারকুবগী থোংনি।

—:(O):—

২

# যোগ অমস্থং যোগেশ্বর

যোগগী অর্থদি আত্মাগা পরমাত্মাগা চন্ন্রগা খ্বাইগী অথোইবা জীবগা খ্বাইদগী পীকপা জীবশিংগা অনীবু মরী লৈনহনবা অতুনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খ্বাইদগী অথোইবা পরমেশ্বর ভগবান অতুনি। যোগগী অরোইবা পান্দমতু শ্রীকৃষ্ণনা ওইবনিনা মাগী মিং যোগেশ্বর হায়বদি যোগগী মপু হায়নস্ত কৌই।

ভগবদগীতাগী লোইশিনবগী তাহক্তা অস্রুম্না হায়, "শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা মফমদা অমসুং লীরুং পায়বশিংগী মরক্তা অথোইবা অর্জ্জুননা লৈবা মফমদা মায়পাক (বিজয়) হায়বতু শোয়দনা লৈগনি হায়বসিদা চিংনিংঙাই লৈতে।"

ভগবদগীতা অসি মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রগী সচিব সঞ্জয়না রারী ওইনা লীতুনা পাউদমখিবনি। মসি রেডিওদা মুংশিংনা পুরক্তুনা তাহনবগুম্বনি। লীলা শান্নফমদা লীলা তৌরি অতুগা নওনা নওগী কা মম্নুংদা লৈনা লৈনা তাবা ঙম্মী। হৌজিক্কী মতমদা মেছিনগী পাম্বৈনা শীন্দুনা ময়াম তাহন-উহল্লিবা অসিগুম্না মমাঙৈগী মতমদা মেছিন লৈরমদ্রবস্তু অতোপ্পা থৌরাং অমনা খঙন-উনবগী পাম্বৈ শীজিন্নরম্মী। অমবু ওইরবস্ত অমবু ওইরবস্তু ধৃতরাষ্ট্রগী সচিব সঞ্জয়না

কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা থোক্লিবা থৌদোক পূম্বদু উরম্মী অদুগা মানা সনা কোম্নুংদা লৈনা লৈনা মমিৎ তাংলবা মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা থোক্লিবা থৌদোকশিংদুগী বারী লীরম্মী। মতাঙসিদা সঞ্জয়না অরোইবা ওইনা হায়রিবা বাফমদি কৃষ্ণদি পরমেশ্বর ভগবাননি হায়বসিনি।

যোগ সাধনগী মরম তাক্লকপা মতমদা কৃষ্ণগী মমিং যোগেশ্বর কৌই হায়না হায়। যোগগী মবুংঙো ওইরিবা মঙোন্দগী হেনবা যোগী অমত লৈতে, অদুনা কৃষ্ণনা যোগগী মপুনি। যোগগী মখল কয়া থোক্লা লৈ। যোগগী অর্থদি তৌগদবা নিয়ম হায়বনি অদুগা যোগী হায়বদুনা নিয়ম অদুবু পাঙথোক্লবা হোৎনরিবা মীদুনি। যোগনা তাক্লিবা পান্দম, খ্বাইদগী অরোইবা পান্দমদি কৃষ্ণবু মশক খঙবনি। মরম অসিনা কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা হায়বগী অর্থদি খ্বাইদগী অথোইবা যোগবু সাধন তৌবা হায়বনি।

খ্বাইদগী অথোইবা যোগ সাধন অদু ভগবদগীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা অচানবা মনাই অর্জুনদা তাকপিখি। অহৌবা মতাংদা ভগবাননা হায় মদুদি যোগ সাধন অসি তৌগদবা মীশক্তু যোগদু তৌনিংবগী অপাম্বা পোক্লবা মীতনা তৌবা ঙমগনি। কৃষ্ণভাবনাগী যোগ অসি শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি লৈনা নীংবা পামদবা অচম্বা মীওইশিংনা তৌবা ঙম্বা যোগ নত্তে মরমদি মসি যোগ সাধন অতৈদগী পুমতোপ তোঙ্গা খ্বাইদগী বাংবা—ভক্তি যোগ হায়রিবা যোগ অদুনি।

হায়বদু তমথীরবা ৷৺ংচাবান মানা মচল্লুপীগী মচাশিংদু পোকপা খুদিংগী হাত্তোকখি। মচলমুপীনা পোকপা নিপাল-গুবা মচানা মাবু হাৎকনি হায়না হায়খিবনি। অদুনা, কৃষ্ণনা মমাগী গর্ভ্সুংদা লৈরিঙৈ মতমদা কংসনা কৃষ্ণবু মতম পুম্নমক্তা নীংদুনতা লৈখি। নখোয়না কংসসি কৃষ্ণভাবনা লৈতে হায়না থল্লমগনি অদুবু তশেংবদি মহাক কৃষ্ণভাবনাদা লৈখি। লৈরিবা মওংদি হকথেংনবা মওংদা কৃষ্ণবু মুংশিবদগী লৈখিবদি নত্তে, য়েক্নবা ওইনা থনখিবনি। মানা কৃষ্ণবু য়েক্নবা ওইনা খন্দুনা কৃষ্ণভাবনা ওইখি। অদুনা মদু ভক্তি প্রেম নত্তে। ভক্তিপ্রেমদা কৃষ্ণভাবনা ওইবা মীতৃদি কৃষ্ণগী মরূপ, কৃষ্ণগী মনাই, কৃষ্ণগী মমা-মপা নত্রগা মাগী প্রেমিক ওইগদবনি।

নওনা কৃষ্ণবু প্রেমিক অমগুম্না, নত্রগা মচা অমগুম্না লোয়নবা পাম্বা য়াই; নওনা কৃষ্ণবু মরূপ অমগুম্না লোয়নবা পাম্বা য়াই, মপু ওইনা মাবু নীংজবস্থ য়াই নত্রগা কৃষ্ণবু খ্বাইদগী পুমহেন হেনবা অথোইবা মতীক মগুণ লৈবা অমা ওইনা লোয়নবস্থ য়াই। অসিগুম্বা হকথেংনবা রস মঙা অসিদা লৈবা মতমদা মদুবু মুংশিনা নীংবা নত্রগা ভক্তি কৌই। অসিগুম্বা রস অসিদা সংসারগী ওইজ থীবগী বা চঙদে।

ঈশ্বরবু মচানি হায়না নীংবা অসিনা ঈশ্বরবু পোকপীবা মপানি হায়না নীংবা অসিদগী হেম্না থাক বাংই। মসিদা অচৌবা খেন্নবা অমা লৈ। মপাগা মচাগা লৈনবা মরীদা মচানা

মপাদগী করিগুম্বা থরা লৌনিংবগী অপাম্বা লৈ। মপাগী মরীদা লৈব। মীতুনা মচাতুগীদমক্তা করিগুম্বা থরা পীনিংবগী রাখল পোকই। মরম অসনা কৃষ্ণবু নত্রগা ঈশ্বরবু মচা ওইনা নীংলিবা ভক্ত অতুনা কৃষ্ণবু "ঐনা ঈশ্বরবু অপোকপা ইপানি হায়না নীংজরবদি ঐগী ইথৌদি ইপাগী মকমদা ঐগী দরকার ওইবশিংতু পীয়ু হায়না নিবা অসিনি" হায়না খনবা মীতুদগী হেন্না ফৈ। অতুবু ঐনা কৃষ্ণগী মপা ওইরবদি মাগী অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিদগী হৌরতুনা মাবু সেবা তৌজবা অসিনা ঐগী ইথৌ ওইরে। মপা ওইরবদি অঙাংতুনা পোকপা মতম-দগী হৌতুনা মাবু য়োকপী থ্যকপিবা হৌরে; মরম অসিনা বসুদেব অমসুং দেবকীনা কৃষ্ণবু মচানি হায়না নীংবা ভাব অসি থাক য়াম্না রাংলবনি।

কৃষ্ণবু য়োকচবী মমা যশোদানা খনজৈ, "ঐনা কৃষ্ণবু মপুক থন্না পীজরবদি শোয়দনা শিগনি।" মহাক্না কৃষ্ণসি পরমেশ্বর ভগবাননি, মানা মরোল অতুম্মকপু য়োক্তুনা থম্লি-বনি হায়বসি কাউথোকই। জীব পুম্বর ভগবান মাতনা মচীঞাক হুন্দুনা য়োক্লিবনি হায়বা মা কাউই। অতুগুম্বা পরমেশ্বর ভগবান অতুনা যশোদাগী মচা ওইনা পোক্লরে অতুগা মানা খল্লি, "ঐনা মাবু নীংথিনা পীজ পীথক তৌদ্রবদি শিরগনি।" মসি প্রেম হায়বতুনি। পরমেশ্বর

ভগবানবু অহুনা মীগী মমাঙদা অপীকপা অভাং অমা ওইনা খোয়রক্লিবনি হায়বা মানা কাউই।

অসিগুম্বা প্রেমগী মরী অসি য়াম্না থাক ৱাংবনি। মসি খঙনবা হোৎনবদা মতম য়াম্না চঙগনি, অদুবু ঈশ্বরদা, "হে ভগবান! ঐখোয়গী নুংতি খুদিংগী চাননবা চাক ফংহনবীয়ু" হায়না নিবগী মতুংদা ঐনা ঈশ্বরবু পীজরংদি মহাক শোয়দনা শিগনি হায়না খনবগী থাক অমসু লৈবি। অসিগুম্বা থাক অসি প্রেমগী অয়োবী ভাবকী থাক্তি। শ্রীকৃষ্ণগা মাগী খ্বাইদগী চান্নথোইরবী অথোইবা ভক্তসু ওইরবী রাধারাণীগা লৈনবা মরীসু লৈরি। যশোদা মাতানা কৃষ্ণবু মমানা মচাবু নুংশিবগী মরীনা পুল্লি; সুদামনা কৃষ্ণগা মরূপ ওইনা মরী লৈনৈ, অর্জ্জুনসু কৃষ্ণগী মরূপ্তি—অসুয়া কৃষ্ণগা হকথেংননা মরী লৈনবা মনাই ভক্ত মশীং থীঙমদনা লৈরি।

অহুনা মতাঙসিদা তাক্লিবা যোগ অসি ভক্তি যোগনি অমসুং ভক্তিযোগ অসিদি কৃষ্ণবু নুংশিবা ঙম্লবা মীশক অহুতনা পাঙথোকপা ঙমই। অদুগা কনাগুম্বা অমনা কৃষ্ণবু প্রেম পোকপা ঙম্লবদি মহাক অহুনা কৃষ্ণবু, ঈশ্বরবু মপুঙফানা মশক খঙবা ঙমগনি। ঐখোয়গী তোঙান তোঙানবা রাখল অমসুং ভাবনা শাগৎপা থৌওংনা ঈশ্বরবু মশক খঙনবা হোৎনজরবসু, মাবু খঙবা হায়বসি রানা থোক্তুনা অহুম লৈগনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু মশক খঙলে হায়না হায়বা য়াই, অদুবু

মাবু চপ চানা ওত্র ওইনা অশেঙবা মশক্তা থঙবা হায়রিদি ওইথোক্তবনি হায়রদি ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংসি ঙমখৈ লাই অচুগা নাদি মখৈ নাইদবনি।

ঐখোয়গী ইন্দ্রিয় পুম্নমকসি মপুঙ অমতা ফাদে হায়দুনা শ্রীমদ্ভাগবতমদা হায়রিবি। পোৎচাকী জগৎ অসি ফাওবা ঐখোয মপুঙ ফানা থঙবা ঙমদে। অহৌংদা অতিয়াদা গ্রহ অমসুং থবান্মীচাক কয়া থোকপা ঐখোয়না উরে অদুবু মখোয় করিনো হায়বা ঐখোয়না থঙদে। মালং জহাজ কয়া তোং-দুনা চপী কয়া চঙনা মী ওইবনা হোৎনরক্লবসু হৌজিক ফাওবা থাগী গ্রহ অসি করিনো হায়বা চপচানা থঙবা ঙমদ্রি। মসিদি লাযরগুনা পৃথিবী অসি ফাওবা মুন্না থঙদ্রি! গ্রহসিদা করি কবি মখল মখোল কয়া থোক্লা লৈরিবনো হায়বফাওবা ঐখোয থঙদ্রি। ঐখোযনা সমুদ্রদা নত্রগা আকাশতা চৎল-বসু ঐখোযগী ইশাদা যাওরিবা থঙবা ঙম্না হাৎখদসি ঙমখৈ নাই। মরম অসিনা ঐখোয়গী জ্ঞান অসি মতম পুম্নমক্তা মপুঙ শুকফা ফাদে। বাক্যমসি ঐখোয়না শোয়দনা যাযস থোকই। অদুবু ঐখোয়না ইপঙ পঙনা ঐখোয়দি জ্ঞান মখল শুনা থঙলবনি, বিজ্ঞানদা য়াম্না খুমাঙ চাওখৎলবনি হায়না খল্লবদি মদুনা হেন্না পঙবগী খুদম্নি। পুম্নমক থঙবা হায়বসি ওইথোক্তবনি।

ঐখোয় দুংতি মুমিৎ খুদিংগী ইমিৎমক্তা উরিবা পোৎ-শিং অসি ফাওবা থঙবা ঙমদ্রবদি সংসারগী রাংমদা লৈখ্রিবা আধ্যাত্মিক ধাম অমসুং পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মরমদদি

করি খঙগনি? মহাক্তি অথোইবা আত্মাস্বরূপনি অদুনা ঐখোয়গী ভমথৈ নাইবা ইন্দ্রিয়শিংনা মাবু খঙবা ঙম্মোই। মাবু খঙবা ঙম্মোইদবা ওইরবদি করিগীদমক্তা ঐখোয়না কৃষ্ণ-ভাবনা লৈননবা বানা হোৎনরি? মপুঙফাত্রবা ইন্দ্রিয়শিং-সিনা কৃষ্ণবু অশেঙবা মশক্তা খঙবা ঙম্রোইদ্রা? মসিগী পাউখুমদি ঐখোয়না য়াম্না নোল্লুকচরবা, কৃষ্ণনা তাকপি-রিবা রাকম ইম্না চৎনীংবগী অপাম্বা লৈজরবা, মাগী মনাই, মরুপ, মমা মপা নত্রগা প্রেমিক ওইজরবা—অদুগা লোয়নবা ভগবানগী সেবা তৌজরবদি মাবু মশক খঙবা হৌরবনি।

সেবা তৌবদি লৈয়েংনা হৌই। করম্না হৌই? লৈয়েংগী মতেঙনা হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র শোনবা য়াই, লৈয়েংনা ঈশ্বরগী মফমদা কৎলুরবা প্রসাদ থুনবা য়াই। তৌগদবা থবকী অহৌবা নিয়মশিংসি য়াম্না ফজে। ঐখোয়না হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে, হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে হায়বা হরিনাম মহামন্ত্রসি শোঙগনি—অদুগা কৃষ্ণগী কৃপানা প্রসাদম্ পীবিরকপা মতমদা মদু চাজগনি। ঐখোয়না নোল্লুকপা পুকচেল চেন্নবা অদুগা অসিগুম্বা সেবা অসি তৌরবদি—মদুগী ফল ওইনা কৃষ্ণনা মশাবু ঐখোয়দা ফোঙদোকপিরকনি।

নখোয়না কৃষ্ণবু রাখলনা শাগৎপা পাম্বৈনা মশক খঙবা ঙম্মোই; মদু ওইথোক্তবনি, মরমদি নখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংদু মপুঙ ফাদে। অদুবু সেবা তৌবগী থৌওংসি পায়খৎপা

হৌরবদি মাবু খঙবা ঙম্বা য়াই—নোংমদি শোয়দনা কৃষ্ণনা নমাঙদা ফোঙদোকপিরকনি "ঐঙী ইশ্বর মসিনি।" মসিদি অর্জ্জুনগী মকমদা কৃষ্ণনা ফোঙদোকপীখিবগুম্বনি। অর্জ্জুন ভক্তনি, মহাক নোঙ্গুকই, অদুগা কৃষ্ণগা মরূপ ওইনা ২ৱী লৈনৈ। মরম অসিনা কৃষ্ণনা মঙোন্দা মশক ফোঙদোকপিখি।

ভগবদগীতা অসি অর্জ্জুনদা তাকখিবনি, বেদান্ত হৈবা দার্শনীক জ্ঞানী অমদা তাকখিবা নত্তে। মরিশুবা অধ্যায়গী অহৌবদা শ্রীকৃষ্ণনা "ঐনা মমাঙতৈগী যোগগী জ্ঞান অদু নঙোন্দা তাক্লি" হায়বা থেংনগনি। "নঙোন্দা" হায়দুনা মতাঙদুদা পল্লি। অর্জ্জুনদি লান শোক্লবা ক্ষত্রিয় অমনি। মহাক ময়ুম পান্দুনা লৈবা মী অমনি—সন্ন্যাসী অমসু নত্তে, ত্যাগীসু নত্তে—মরমদি মখোয়শিংসি কৃষ্ণবু মশক খঙবদা চেনগদবা গুণ নত্তে। ঐনা ঐ লম্বোইবা সন্ন্যাসী অমনি হায়রে হায়না খল্লো—মসি কৃষ্ণবু মশক খঙবা ঙম্নবা চেনগদবা গুণ অদু নত্তে। অদুদি চেনগদবা গুণ করিনো? মসিনি : "ভক্তি অমসুং প্রেমগা লোয়ননা সেবা তৌরিবা থম্মোয়দুনা ঐবু খঙবা ঙম্মী।" অতৈ কনামতনা ঙমদে। অচৌ অচৌবা পণ্ডিতশিং অমসুং জ্ঞানীশিংনা মাবু মশক খঙবা ঙমদে। অদুবু মাবু চেৎনা থাজবা থম্নবদি অপীকপা অঙাং অমনসু মাবু মশক খঙবা ঙম্মী। অদুনা অচেৎপা থাজবা অমসুং ভক্তি লৈবা অসিতনা মাবু মশক খঙনবগী চেনগদবা মগুণনি।

লীলাশিংগী বারী নত্তুনা অতৈ কৃরিস্নু য়াওদে। শ্রীল ব্যাসঃ দেবনা ভগবদ্গীতাবুস্নু ইরম্মী। গীতাসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লীখিবনি অদুগা ব্যাসদেবনা ইশিনহৌরগা মহাভারতকী মনুংদা গীতা অসি য়াওহল্লি।

অদুনা শ্রীলব্যাসদেবনা শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না লৌখি। শ্রীমদ্ভাগবতমদা মানা ভগবানগী তোঙান তোঙানবা অবতারগী মমিং কয়া থারি; মদুদা মশীং কুম্মঙা থোক্লা পীরি। মদুগী লোইশিল্লকপা মতাঙ ওইনা মানা হায় মদুদি মথক্তা থারিবা অবতারশিংসি ঈশ্বরগী অংশ অমসুং কলা ঙাক্তনি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং পরমেশ্বর ভগবাননি। মাদি অংশ নত্তে, ঈশ্বর তশেংবনি। অদুনা বাক্যমসিদা মচীন চৎপা য়াবা মীশিংগী প্রমাণ লৈরি।

তশেংনমক ঐথোয়না শাস্ত্রগী বাবু থাজরবদি থঙগনিঃ কৃষ্ণদগী কনানা শক্তি হেন্না লৈবা ঙম্মী? কৃষ্ণদগী কনানা হেন্না শক ফজবা ঙম্মী? কৃষ্ণদগী কনানা হেন্না মমিং চৎপা ঙম্বগে? কৃষ্ণনা চহী ৫০০০ গী মমাঙদা পোকখি, অদুবু শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ওইনা মানা পীরম্বা জ্ঞান অদু হৌজিক ফাওবা মীয়াম্না পূজা তৌদুনা লাৎনরি। মসি ভারতবাসী-শিংনা নত্রগা হিন্দুশিংনত্তা লাৎপা নত্তে, পৃথিবী পুম্বা শিনবা থুংনা পানরি। নখোয়গী নোংচুপলম অশোমদা তোঙান্ তোঙানবা মীশিংনা ইবা ভগবদ্গীতাগী সংস্করণ ৫০ রোম

হেন্না লৈ। মতৌ অসুম্না ইংলণ্ড, জর্ম্মনি, ফ্রান্স অমসুং অতৈ লৈবাকশিংদা গীতাগী সংস্করণ চামা চাম্মা থেংনগনি। অদুনা কনাম্না মওোন্দগী হেন্না মশিং চংকনি ? শাস্ত্রগী বাযসু থাজববদি মসিগী প্রমাণ কয়ামরুম লৈরি। কৃষ্ণনা রাণী ১৬,১০৮ লুহোংখি অদুগা রাণীশিংদুগী অচৌ অচৌবা কোম্নুং অমমম শাদুনা লৈহল্লি, রাণীশিংদুনা অমুক মচা ১০ | ১০ পোকই অদুগা মচাশিংদুনা অমুক মচা ময়াম অমা অমুক পোকই। রাকমসি শাস্ত্রনা প্রমাণ ওইরি অদুগা ব্রহ্মসংহিতা-দসু শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না য়ারি। ব্রহ্মসংহিতা অসি জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মসুংদা ইহান হান্না শেমখিবা জীব ব্রহ্মানা ইরম্বনি হায়না লৌনরিবা খ্বাইদগী জিরবা লাইরিক্নি।

ব্রহ্ম সংহিতাদুদা অসুম্না হায়রি, ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ। ঈশ্বরগী অর্থদি অথোইবা লাই হায়বনি। লাই য়াম্না লৈ। লাই মচা মশীং য়াম্না লৈ অদুগা খ্বাইদগী অথোইবা ঈশ্বরসু লৈ। ব্রহ্মসংহিতাদা হায়, ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ—মাদি লাইগী লাইনি। ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণ, অদুগা মথঙদা হায়রি, সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ—মাগী হকচাঙদি মতম পুম্বগী ওইনা নুংঙাইবা (আনন্দ) অমসুং জ্ঞাননা থনবনি। অদুগী মথঙদা হায়রিঃ অনাদিঃ—মাগী অহৌবা লৈতে, মানা অতৈগী হৌকম ওইরি। অনাদির্ আদির্ গোবিন্দঃ। গো হায়বগী অর্থদি ইন্দ্রিয়-শিং হায়বনি, গো হায়বসিনা মপবু অমসুং লৈবাকপুসু থঙনৈ।

মানা লৈরিবা লম পুম্নমক্কী মপুনি, মগ পুম্নমক্কী মপুনি অমসুং মানা ইন্দ্রিয়শিং পুম্নবু শেম্নীবনি।

ঐখোয়না ইন্দ্রিয় পেন্নবা থিম্নি, অদুবু ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংগী অপেনবা অসি শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা হোৎনবা মতমদুদা ফংগনি। মরম অসিনা মাগী মমিং গোবিন্দ হায়-বদি আদি পুরুষ পরমেশ্বর ভগবান হায়না কৌই।

পরমেশ্বর ভগবান মশামক্না মশাগী মরম ভগবদগীতাদা অর্জুনগী মফমদা তাক্লি। শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না ঈশ্বরগী মরমদা তাক্লিবা বাফমশিং অসিদগী কনাগুম্বা মীশক অমনা মশানা থনজবা বাথল নত্রগা ভাবনা পংশা শাজিন্দুনা হায়বা বাফম অদুনা হেন্না মরু ওইবনি হায়না নখোয়না করম্না হায়রিবনো? মদু ওইবা য়াবা বা নত্তে। ঈশ্বরগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবা অসিদগী হেন্না নীংথিনা কনামতনা হায়বা ঙম্মোই মরমদি ঈশ্বর মশামক্না মশাগী মরমদা হায়বনি। নঙনা নশাগী মরমদা হায়জরবদি নঙোন্দগী হেন্না কনানা নঙগী মরমদা ফজনা হায়বা ঙমগনি? অদুনা নঙনা ঈশ্বরবু থাজরবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা পরমেশ্বর ভগবাননি হায়ংসি নশানা য়ারবদি ভগবদগীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবা বাফমশিংসিনা ঈশ্বরবু মশক শোয়দনা খঙবা ঙমগনি। মদু খঙবদা করিমতা লুনা থোক্লোই।

অদুনা, নঙনা শ্রীকৃষ্ণবু থাজরবদি মদুগী ফল ওইনা নঙনা ঈশ্বরবু মশক খঙগনি—করম্না মানা থবক তৌরি,

মাগী শক্তিশিংনা করম্না থবক চত্থরি, করম্না মানা প্রকাশ তৌই, জগৎ সংসার অসিনা করিনো, আধ্যাত্মিক খামনা করিনো, জীবশিংসিনা করিনো অদুগা মথোয়গা ঈশ্বরগা লৈনবা মরীনা করিনো—হায়রিবা হীরম কয়াসি ঈশ্বরনা অরূপা-শাস্ত্রশিংদা থেংনগনি।

বেদশাস্ত্রদা মরুওইবা হীরম অদুমগী মরমদা লৈনৈ : ইহান হানবদি ঈশ্বরগা ঐখোয়গা লৈনবা মরী খিবনি অদুদগী মথঙদা ঈশ্বরগা লৈনবা মরীদু খঙলবা মতুংদা লৈনরিবা মরীদুগী মতুং ইন্না থবক চত্থবা হৌই। মুপী অমগা মুপা অমগা মরী লৈনদবা য়াই অদুবু মুপা অমবু মপুরোইবনি, মুপীদুবুনা মাগী মুপীনি হায়না মরীদু হেক লৈনবদগী মতৈ মনাও ওইনা মথা তানা থবক চত্থমিন্নরকই।

ঈশ্বরগা মখোয়গা লৈনবা মরী অদু খঙবা হেক হৌবগা মী অয়াম্বনা ঈশ্বরদি পুম্নমক্কী য়োকপিবা মপানি হায়না লৌই অদুনা মচাগী মথৌদি মপাগী মফমদগী মাগী অবাৎপা পীয়ু হায়না তানবা অসিনি। অসিগুম্বা মরী অসি য়াম্না অনেম্বা থাক্কীনি। নঙনা ঈশ্বরবু মপুঙকানা খঙবা মতমদা মাগা নঙগা নকুবা মরী লৈনরকনি। অসিগুম্বা নকুবা মরী অসি সংসারদগী মপুঙকানা মুক্তি ফংলবা মতমদা নঙোন্দা ফোংদোকপীরকনি। জীব খুদিংমক ঈশ্বরগা করিগুম্বা মরী অমা লৈনবা ঙাক্তনি অদুবু মরী অদু হৌজিক ঐখোয়না কাউথোক্না লৈরে। ভক্তিপ্রেম সেবাগী নত্রগা কৃষ্ণভাবনাগী থৌওংগী

মপান্না অসিগুম্বা মন্নী অসি ফোঙদোকপীরকপা ন্নত্তমদা পুন্সিগী মপুঙফাবা থাক য়োরে হায়বা খঙগনি। কৃষ্ণভাবনা হায়বসি অংবোবা বিজ্ঞান অমনি, মসিগী প্রেমগী ভাব অসি পূক্নিংনা পংশা শাগৎতুনা পোকপা ইরাংগী বাখল নত্তে। মসি ভগবদ্গীতা, বেদ, ব্রহ্মসংহিতা-নচিংবা শাস্ত্রশিংগী যুম্ফমদা শেমগৎলকপা বৈজ্ঞানীক ওইবা থৌওংনি অদুগা মচীন চৎপা য়াবা শ্রীমনচৈতন্য মহাপ্রভু, রামানুজাচার্য্য, মধ্বাচার্য্য, নারদ, অসিত, ব্যাসনচিংবা মহাপুরুষশিংনা য়ান্নবনি অমসুং মসিবু য়ানা লৌবা মচীন চৎপা মীওই কয়া-মরুমস্থ লৈরি। কৃষ্ণভাবনা অসি ইচম চম্বা মুংশি মুংওনগী নম্রগা শেন্দান লম্বীগী নিয়ম নত্তে, মসিদি তশেং তশেংবনি, অদুনা মসিবু খুৎপায় চেৎনা হেক মপায়ন্নবদি পুন্সিদা মায়-পাকপা হায়বদু শোয়ন্নরোইদবনি।

শ্রীকৃষ্ণনা ভগবদ্গীতাদা হায়, "ঐবু তত্ত্ব ওইনা খঙলিবা মী অদুনা হন্দক মপোক্কী হকচাঙ অসি থাদোক্লবা মতুংদা অতোপ্পা হকচাঙ অমা লৌদুনা সংসার অসিদা অমুক হন্না পোক্লরোই।" অদু ওইন্নবদি মা কন্নি ওইন্ননি? মীদু কৃষ্ণগী মনাক্তা হায়বদি মমুম অশেঙবা ঈশ্বরগী ধামদা হনগ্র-গনি। কৃষ্ণভাবনাগী আন্দোলন অসিনা মীপুম খুদিংমকপু কৃষ্ণবু হকথেংননা শকখঙনহল্লি। ঐখোয়না মীয়ামদা কৃষ্ণগী মন্নম ভগবদ্গীতা অমসুং বেদগী পাউতাক্লা যুম্ফম ওইরগা য়েঙ্খোল্লি। বেদগী অর্থদি জ্ঞান হায়বনি অদুগা বেদান্ত

হায়বসিনা জ্ঞানগী অরোইবা মতাং হায়ংনি। জ্ঞানগী অরোইবদি করিনো ? মহু শ্রীকৃষ্ণনি। বেদৈশ্চ সর্ব্বৈ অহমেব বেদ্যঃ। মেহ্র পুম্বা থন্ডবগী ফল কৃষ্ণ খঙ-নি ! মসুম্বা খঙবা মখুত্ত অসি মপোক কয়াগী মতুংদা ওইরকপনি। মপোক কয়া কয়া পোক্লুনা জ্ঞান তাশিল্লক্লবা মতুংদা তশেংনা জ্ঞানী ওইরবা মখোয়হুনা কৃষ্ণগী চরণথাদা চঙশরকই। মহাক্না করম্না চঙজে ? কৃষ্ণ নত্রগা বাসুদেবনা পুম্নমক্কি হায়বা মানা খঙলে। ঐখোয়না উরিবা খুদিংমক অসি বাসুদেবগী শক্তিনা উৎলকপা শক্তম ওাক্তনি। কনাগুম্বা অমবু হায়ম ভসি অপাম্না খঙহনবা ভমবদি মীহু শোয়দনা ভক্ত ওইগনি। মরম অসিনা কৃষ্ণনা পাউতাক পীরিঃ নঙনা খঙবু খঙলবসু নত্রগা খঙত্রবসু মাগী চরণথাদা চঙজো। কৃষ্ণনা ভগবদ্গী-তাদা তাক্লিবা রাকম অহুমক অহোংবা অমতা হাপচিন্দনা ঐখোয়না ময়ামদা শন্দোক্লি। মহুনি ঐখোয়গী কৃষ্ণভাবনাগী আন্দোলন। মসি মীপুম খুদিংমক্কী মকমদা থোঙ লাওনা কাত্তনা থম্লি, অদুগা মসিদা তৌরিবা নিয়মসু য়াম্না চমই। ঐখোয়গী কেন্দ্র কয়া লৈরি। করিগুম্বা অদোম্না আন্দোলন অসিদগী কান্নবা লৌবিনীংলবদি য়াওবিয়ু হায়না ভরাম্না ওকচরি। অদুগা য়াওবিরবদি শোয়দনা মুংঙাইবা ফংগনি।

—:(O):—

# প্রকৃতিগী নিয়মশিংগী বাৎসদা

মায়া সংসারদা লুপ্লুনা লৈরিবৈ মতমদা ঐখোয়না পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু থুদম চনবা ঙমদে। পুক্লিংনা খোদা'রি, "নঙগী ইন্দ্রিয়শিংবু মতৌ অসুম্না শীজিন্নহুনা সুংঙাইখোকউ" অহুগা ঐখোয়না ইন্দ্রিয়শিং মপুঙকানা সুংঙাইখোক্লি। মায়া সংসারগী পুন্সিদি ইন্দ্রিয় পেন্নবা লেনবা পুন্সিনি। অসিগুম্বা ইন্দ্রিয় পেন্নবা হোৎনবা পুন্সিসি মপোক মপোক কয়া লৌহুনা লেন্নকলি। ভোগান ভোগাংবা মপোক্কা ইন্দ্রিয়গী পেন্নবা থাকসু ভোগান ভোগাক্না লৈ। কৃষ্ণনা জীববু অসুকী মতীক খোজালবি মহুদি মানা জীবশিংদা ইন্দ্রিয় পেন্নবা হোৎনবদা মনীং মথা তম্বা পীবিরি।

ঐখোয় শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ওাক্তনি; অহুনা ঐখোয়গী ইশাদা, কৃষ্ণদা চেনবা অপাম্বা খুদিংমকী শক্তক মচেৎ অমমমদি য়াওই। অদীকপা সনা মচং অমদা সনা মপূমদা চেনবা গুণ পুম্বা য়াওবগুম্না ঐখোয়দসু ভগবানগী মগুণ মচেৎ অমমম য়াওরি। কৃষ্ণদা ইন্দ্রিয় পেন্নীংবগী অপাম্বা লৈ। মানা ইন্দ্রিয় পেনবা হৌদোকপীবনি। শ্রীকৃষ্ণদি পরম ভোক্তানি হায়না ভগবদগীতাদা তাকপিরি। ঐখোয়গী ইশাদা ইন্দ্রিয় সুংঙাইনিংবগী অপাম্বা লৈ ময়মদি মহু কৃষ্ণদসু য়াওই।

পুম্নমকসি শ্রীকৃষ্ণদগী থোরকপা ভাক্তনি হায়না বেদান্ত-সূত্রদা হায়। পরম ব্রহ্ম নত্রগা পরম সত্যগী অর্থদি মত্তোন্দগী পুম্নমক্কী [illegible] ওইবা হায়বনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী ইশাদা পোক্লক্লিবা ইন্দ্রিয় পেনবগী অপাম্বা অসিসু কৃষ্ণগী থোরকপনি। মসিদা মপুঙফাবা ইন্দ্রিয় পেনবগী খুদম লৈরে—কৃষ্ণ অমসুং রাধারাণী। পাখঙ লৈশাবীশিংনা মখোয়গী মতৌগুম্না ইন্দ্রিয় পেম্না মুংঙাইনবা হোৎনরি, অসি গুম্বা ইন্দ্রিয় পেম্নীংবগী অপাম্বা অসি কদায়দগী থোরকই? মসি শ্রীকৃষ্ণদগী থোরকপনি। ঐখোয় শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ভাক্তো ওইবনিনা ঐখোয়গী ইশাদা ইন্দ্রিয় পেনবগী অপাম্বা অদু য়াওরি। অদুবু খেন্নবা অমদি ঐখোয়না ইন্দ্রিয়শিংবু পেন্নবা মায়া সংসারসিদা হোৎনরি, মরম অসিনা ঐখোয়গী অপাম্বা অসি থক-খা ওন্নরি। কৃষ্ণভাবনাগী মফুংদা লৈরগা কনাগুম্বা অমনা কৃষ্ণগা সঙ্গ তৌরগা মশাগী ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহনজে। অসুম্না তৌবা মতমদা মতু মপুঙ ফারে।

খুদম ওইনা, অহাওবা রসগুল্লা নত্রগা চাননবা অহাওবা পোৎ থরা লৈরে, মতু খুৎনা পায়থৎলি অদুবু মতু খুৎতুনা চাবা য়ারোই। চাননবা পোৎ অদু চাকথাউদা য়োহনগদবনি, মতুদম্বা খুৎ অদুসু চাবগী মহাউ থঙগনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না ইন্দ্রিয়শিংবু হুকথেংননা পেলহনবা ঙম্লোই। অদুবু ঐখোয়না কৃষ্ণগা লোয়নজরবা, অদুগা কৃষ্ণনা

মুংঙাইরবা মতমদা ঐখোয়স্থ মুংঙাইগনি। মসু ঐখোয়না লৈরিবা থাক্কি। খুংশাশিংসিনা মনীং মথৌ, হুয়া মরিক্ষুবা অমত্তা চাবা য়ারোই; মতুনা রসগুল্লা চাবা য়ারোই। খুংমুনা মসু পায়খৎপা তমুগা চাবখাউদা তাখিনবা হাপ চিনবা য়াই; অতুগা চাকখাউদা তাহুনা মহাক খংলবা মতমদা খুং তমুস্থ মুংঙাইবা য়াওরে।

ঐখোয়না সংসারগী ওইবা পোৎশিং ফংলগা ইন্দ্রিয় মুংঙাইনীংবগী অপাম্বা অসি শেংদোকপা তাই। মসু কৃষ্ণ-ভাবনানি। কৃষ্ণজ্ঞান লৈগে হায়রবদি অমোৎপা বাখলশিং শেংদোকপা তাই। শেংদোকপা হায়বদি করিনো? ঐখোয়না করিগুম্বা পোৎ অমত্তা হকথেংনন মুংঙাইথোকপা য়ারোই, অতুনা ঐখোয়না কৃষ্ণগা লোইনরগা মুংঙাইবা তাই। খুদম ওইনা ঐখোয়না প্রসাদম্ চায়। নীংথিজনা থোং থাক্লবা প্রসাদম্ অতু ঐখোয়না হকথেংননা চাদে—কৃষ্ণগী মতেংনা ফংজবনি। ইহান হুম্না ঐখোয়না মসু কৃষ্ণদা কৎলে অতুদগীদি মথওদা ঐখোয়না চায়।

মসিদ করি বারি? অবাবা করিস্থ লৈতে, মসুগী মহুত্তা নওনা বাখলহুম শেংদোকপীরে। চাবগী মওংদি চপ মান্নে; অমহু নওনা অখোংবা পোৎ অতু হকথেংনন চারবদি সংসারগী পাপশিংনা নথক্তা নল্লে। অতুগা নওনা কৃষ্ণদা হায়না কৎলগা চারবদি সংসারগী পুজিগী অমোৎপ-শিংদগী পুমকোক কোকচরে। মসু ভগবদ্গীতাদা হায়রি।

তক্তশিংনা কৃষ্ণদা হায়্না কৎলবা প্রসাদম্ ফংই। মহু যজ্ঞ কৌইগা কৃষ্ণদা নত্রগা বিষ্ণুদা কৎলিবা অহু যজ্ঞনি। সংসারসিদা ঐখোয়না তৌরিবা থবকশিংসি পাপকী থবক ওাক্তনি। মসি ঐখোয়না থগুজদবদি য়াই। ঐখোয়না হাৎকে হায়না নীংহুনা হাৎপা নত্রৎমু জীব হাৎপদি পাপ্নি। লম্বীদা চৎপা মতমদা জীব কয়া ঐখোয়না হাৎলি। ঐখোয়না ঈশিং থকপা খুদিংগী জীব হাৎলিবনি। ঈশিং পুনগী মখাদা ককচেঙ অমম্মুং মহীক মচা কয়া লৈরি মহুম্মু নন্দুনা শিরি। মৈ হেক থাগৎপদা মহীক মচা কয়া মৈনা চাকথেক্তুনা শিরি। কল অমম্মুং চক্রীদা মরুমরাং তকথায়-বদা জীব মচা কয়া অমা হাৎলিবনি।

মখোয়সি হাৎপগী দায়িত্ব ঐখোয়দা তারিংনি। তৌগে নীংনা নত্রগা ভৌনীংদনা ঐখোয় পাপ কর্ম্ম কয়া তৌহুনা সংসারদা খুরৌ থাংজিল্লি। যজ্ঞ ওইনা কৎলবা মতুংদা লেম-হৌবা অহু প্রসাদম্ ওইনা খুল্লবদি পাপ কর্ম্মগী অমোৎপা পুম্বা কোক্তনি হায়না ভগবদ্গীতাদা হায়রি। অহু নত্তহুনা কনাগুম্বা অমনা কৃষ্ণদা কৎতনা মশানা চানবংগীদংক্তা থোংহুনা চারবদি পাপতমক চারবনি। মসিনি ঐখোয়গী ফিভম। মী অয়াম্বনা মশাগী ইন্দ্রিয়শিংবু খুহুম চনবা ওমদে মরম অহুনা মখোয়না জীব মখল মথা কয়াগী মপোক্তা পোক্তুনা লৈরুনবা সংসারগী থবক থৌরমশিংতমক তৌহুনা পুক্সি লেল্লি।

মথঙগী মপোক্তা ঐ করি ওইনা পোক্লগনি হায়বা খঙদে, অদুবু মথঙগী মপোক শোয়দনা লৌগনি। ঐখোয়গী ইমাঙমক্তুদা জীব মখল কয়া কয়া লৈরিবসি ঐখোয়না উবে; মখোয়শিংসিগী মনুঙদা অমা ওইনা ঐ পোকলুবা য়াই, ঐ লাই ওইনা পোকপা য়াই, ঐ হৌদোঙ ওইনা পোকপা য়াই, ঐ ব্রহ্মা ওইনা পোকপসু য়াই—জীবগী মখল কয়া থোক্লা লৈরি। ঐ ইশানা পামজত্রবসু হায়রিবা জীব মখলশিংসিগী মনুঙদা অমা ওইনা মথঙদা পোকপা তাই। কনাগুম্বনা অসুম্না হংলে হায়না খল্লোঃ "মথঙগী মপোক্তা নঙ হূই নত্রগা ওক ওইনা পোকপা পামব্রা?" ঐনা মদু পামদবা য়াই। অদুবু প্রকৃতিগী নিয়মদি ঐখোয়না হকচাঙসি থাদোক্লুনা হেক চৎখিবগা ঐনা তৌজরুবা কর্ম্মগী ফল মতুংইন্না চূনবা হকচাঙ অমা লৌদুনা মথঙগী মপোক্তা পোকলুগনি হায়বসিনি। মদু প্রকৃতিগী মথুক্তঃ লৈবনি। মসি ঐখোয়গী ইথক থোংনা য়েংশিন্দুনা লৈরিবশিংগী থৌশিল্লি। "ঐঙোন্দা ব্রহ্মাগী মপোক পীয়ু, ঐ ইন্দ্র ওইনা পোকনি নত্রগা নিংথৌ ওইনা পোক্কে নত্রগা মতীক মগুণ লৈবা কনাগুম্বা অমা ওইনা পোক্কে" হায়না থৌদারুবা য়ারোই। মদু ঐগী ইথুক্তা লৈতে, নত্রগা নঙগী নথুৎতসু লৈতে; মদু কৃষ্ণগী থৌপুবা মনাইশিংনা লেপকনি অদুগা নঙোন্দা হকচাঙ অমা ফংহনগনি। মরম অসিনা ঐখোয়না কৃষ্ণগী মনাক্তা য়ৌনা চৎপদা মতেঙ ওইগদবা হকচাঙ অমা ফংনবা হোৎনবসি ঐখোয়গী ইথৌনি। মদু কৃষ্ণভাবনানি।

[illegible] মক্তমদা ১২ অন ৩ইরবা ৫ হলাদ ১৪ারাত-না[illegible]বা অমমা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমদগী পাউতাক লৌগনি হায়না হায়। কনাগুম্বা অমনা গুরুগী মফমদগী পাউ-তাক লৌগনি। কনাগুম্বা মীশক অমবু গুরুনি হায়না লৌত্রবদি মীহুদগী করিগুম্বা পাউতাক এমতা লৌবা চু দে। অদুগা কনা-গুম্বা অমগী অফবা গুরু লৈরবস্তু মানা সংসার অসিদ লৈরগে হায়না চপ মুংনা লেপত্রবদি কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা ঙম্মোই। ঐনা সংসার অসিদ। লৈদুনা সংসারগী ওইবা থোংচৈশিং-সি শীঙ্জিন্নদুনা মুংঙাইনা লেল্লগে হায়না পুক্নিংদা লেপত্রবদি ঐগী ইফমদা কৃষ্ণভাবনা লৈবা হায়বসি ওইথোক্লরোইদবনি।

জগৎ সংসারসিদা লৈরিবা মীওইশিংনা রাজনীতিগী, জগৎ কল্যাণগী অমস্তুং মীওইবা জাতিগী মঙ্গলগী থবক কয়া তৌদুনা সংসারগী পুন্সিসিদা চাওথৎনবা অমস্তুং মুংঙাইনবা কয়া হোৎনরি অদুবু মসি ওইথোকপা য়ারোই। কনাগুম্বা অমনা সংসারসিদা লৈবদা চূননবা কয়া কম্না হোৎনজদুনস্তু সংসারসিদা মুংঙাইবা শুকফং কংলোই হায়বসি তশেংনা থগুগদবনি। মসিগী প্রমাণ পীবদা ঐনা কয়াইক হন্না শীঙ্জিন্নখ্রে মহুদি নঙনা ঙা অমবু ঈশিংদগী পুথৎপিরক্লগা য়েশমগী নাল্লবা ফমুং অমদা হিপফম্দুনা থম্মীরো, অদুদা ঙা অদুনা করিমতা মুংঙাইতে; মা শোয়দনা শিগনি। ঙাদি ঈশিংদা লৈবা জীবনিনা ঈশিং লৈত্রবদি মুংঙাইনা হিংবা ঙমজদে। মতৌ অসিগুমদুনা, ঐখোয়স্তু আত্মা ঙাক্তনি,

অতুনা ঐখোয়না আত্মাগা মরী লৈনবা পুন্সি লেপ্লবা নত্রগা আধ্যাত্মিক ধামদা লৈত্রবদি ঐখোয় নুংঙাইবা ঙম্লোই। মসি ঐখোয়গী ফিভম্নি।

মীপুম খুদিংমক্না আত্মাবু মশক খঙনবতুগী হোৎনরি। অদুবু ঐখোয়না খঙদে। মরম অসিনা মফমসিদা লৈরগা ঐখোয় নুংঙাইনবা হোৎনরি। ঐখোয় তৌকম খঙদবা অমম্তুং চগম্লবা ডাক্রা থেংনরি। মরম অসিনা সংসারগী হোৎ-নক্লিবা ফিভমশিংসিগা চুননবা হোৎনরগা ঐখোয় নুংঙাই-গনি হায়না থল্লিবা বাথল অসি লৌথোকপা তাই। মতমতুদা কৃষ্ণভাবনা চঙবা য়াগনি।

ঐখোয়গী শিষ্য ওইরিবা নুপামাচা নুপীমচাশিংসি সংসারগী পুন্সি মরেল অসি য়াম্না হঙোইনা পামদ্রবনি। মখোয়গী মমা মপা, যোকপী থাকপিরিবা অহল লমনশিংতু লায়রবা নত্তে। মখোয়গী চাননবা চিঙাক বাত্তে, ইন্দ্রিয়-শিংগী নুংঙাইনবা পোৎশিংগী অবাৎপন্থ লৈতে। অদুবু মখোয়না নীংবা কায়না তৌকম খঙদনা লৈরিবা করিগীনো? ভারততি লায়রবা লম্নিনা মীশিংনা তৌফম খঙদনা বানা পুন্সি লেপ্লি হায়না নথে য়না হায়নিংগ নি, অদুবু আমেরি-কাগী নুপামচাশিং অমসুং নুপীমচাশিংনা করিগী তৌফম খঙ-দনা বানা পুন্সি লেপ্লি? সংসারগী ওইবা পুন্সি মরেল অসিনা মশাবু নুংঙাইবা পীবা ঙম্লোই হায়বগী চপচাবা

প্রমাণস্থ মসিনি। নখোয়না মতম খরা মুংঙাইগে খন্দুনা কয়া হোৎনবস্থ মাই অদুবু সংসারগী পুন্সি লেনবদগী মুংঙাইবা ফংবা হায়বদুদি কৈদৌউদা ওইরোইদবনি। মসিদি চুম্নবা বাফম্নি। সংসারসিদা চুশিন্নবা হিংনবা হোৎনরিবা মীওই-শিংনা কৃষ্ণভাবনা পোকপা ঙম্লোই। সংসারগী পুন্সিদা নীংবা কায়বা অমসুং তৌফম খঙদ্রবা অসি কৃষ্ণভাবনাদা চঙনবগী চেনগদবা মগুণনি। লৈরিবা মুপামচা,মুপীমচাশিংসি মশাদা অফবা মগুণ চেল্লি; মখোয়না কৃষ্ণভাবনাদা য়াওশিল্লক্রি। করিগুম্বদা মনাই ভক্তবু অথন্নবা কৃপা তৌবিগে খন্দুনা ভক্তদুগী সংসারগী মরল মথুম পুম্নমক অমতা থাক্তনা কৃষ্ণনা লৌথোকপী হায়না পনবা শ্লোক অমা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা য়াওই। খুদম ওইনা, কৃষ্ণ য়াওজরবস্থ, পাণ্ডব মচীন মনাও-শিংগী লৈবাক মুনবিখ্রে। কৃষ্ণ মখোয়গী মরুপ্নি, অদুবু মখোয়গী লৈবাক মুনবিখ্রে। মখোয়গী মরল মথুম লোয়না মাঙখ্রে, মখোয়গী মুপীবু ঈকায়বা নংহনখ্রে, মখোয় বন্দা তম্থোক্তনা লৈহল্লে।

মসিগী বাফমসি মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা কৃষ্ণদা হংখি, "মসি করম্না ওইরিবনো" মানা নাকোয়ননা হংই, "নঙদি ঐখোয়গী মরুপ্নি, অদুবু ঐখোয়গী ইথক্তা পুঙমদবা অবাধা কয়া ভাহল্লি।" কৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা পাউখুম্বীখি, "মসি ঐগী অথন্নবা কৃপানি।" করি করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না কৃষ্ণগী অথন্নবা কৃপা করিনো হায়বা মুম্না খঙবা ঙমদে।

মরম অসিনা আমেরিকা অমসুং ব্রিটিশকী নহারোল-শিংনা সংসারগী পুন্সি অসিদা চময়হ্নুনা তৌকম খঙদবা পোক্লকপা অসি কৃষ্ণভাবনাদা য়াওরক্লবগী অকবা খুদমনি। কৃষ্ণভাবনাদা যাওনবগীদমক মীহু লায়রবা মী অমা ওইগ-দবনি হায়বদি নত্তে। সংসারগী পুন্সি হুংঙাইনা কেন্দুনা লৈরগা আধ্যাত্মিক পুন্সিদা খুমাঙ চাওখৎপন্ন পায়ৎদি, মহু ওইথোক্লরোই। অপাম্বা অনী অসি মথক মথা ওন্নবনি। কনাগুম্বা অমনা আধ্যাত্মিক পুন্সি লেন্দুনা হুংঙাইগে হায়না খনগদবনি। মহুনা অশেঙবা হুংঙাইবনি।

মীওইবগী মপোক অসিদি অথয়না তপস্যাগী শক্তিনা হায়বদি ইশানা য়ানা সংসারগী পুন্সি মরেল অসিবু থাদোক্ল-গা আত্মাবু মশক খঙননবগীদমক্তনি। ভারতকী ইতিহাসতা অচৌ আচৌবা মহারাজ ভরতকুম্বা নিংথৌশিংনা য়াম্না নহা ওইনা তপস্যা তৌখিবগী বারী য়াওরি। ভরত মহারাজনা মশাগী চহী ২৪ দা ঙায়রিঙৈদা মাগী নহাওইরিবী রাণী, অপীকপা মচাশিং অমসুং মরেবাক ভারতবর্ষ পুম্বা থাদোক-খি, অহুগা বন্দা চঙ্লনা ধ্যান তৌহুনা লৈখি। অসিগুম্বা খুদম কয়া কয়া য়াওরি। প্রহ্লাদ মহারাজদা মপাবুং হিরণ্য-কশিপুনা হংই, "নঙবু কনানা কৃষ্ণভাবনা তম্বী?" নিংথৌগী মচানা অতোপ্পা কনামতগা তিন্নদে; মাবু তম্বীনবা থম্বা ওজা গুরুদগী শিক্ষা ফংই। অহু ওইরবদি চহী মঙাখক্তা ঙায়রিবা অঙাং অসিনা অসুক য়াম্না কৃষ্ণভাবনা করম্না লৈরম্লিবনো?

মসিদা মপামুংদুক্ষকখি অহুনা মঙোন্দা হংই, "বরম্মা বৃক্ষ-
স্থানা অম্রই।" মতুদা পীথিবা পাউখুমদি, "হে মুংশিরবা
পাবুং, কৃষ্ণভাবনাদি পাবুংগুম্ব। সংসার অসিগী মুংঙাইবতা
পামহুনা পুন্সি লেল্লিবা মীতানা ফংবা ঙম্মোই।" হিরণ্যগী
অর্থদি সনানি অহুগা কশিপু হায়বনা অমোনবা ফমুং
হায়বনি।

সংসারগী পুন্সিসিদি শায়হুনা মহী চুপথোকপ্রবা মপাংহু
অমুক শায়হুনা চারগা লেনবগুম্বনি। খুদম ওইনা, মপা
অমা, হায়রসি। মপা অমনা মশাগী দাংহু চাউট হায়বা
খঙই, অহুনা ময়ুম পুবা ওম্লনবা মানা থবক বম্ম শুই।
হৌজিকী মতমসিদা য়ুমলৈ কৈরৈ লু-নাম্ম হিংনবা হোংনবসি
য়াম্মা বানা থোকই অহুনা মহু ওম্লনবা থবক বম্মা শুবা তাই
অহুগা মচাশিংবুস্থ থবক কম্মা শূহনবা তাই। সংসারগী পুন্সি
লেনবা অসিদা মশানা অবাবা কয়া থেংনরক্লবন্থ মচাবুস্থ অহু-
গুম্বা থবক অহু তৌনবা মানা শীল্লি। অসিগুম্বসি হন্না
হন্না থোক্লনতা লৈ, অহুনা মসি হান্ননা শায়হুনা মহী চুপপ্রবা
মপাংহু শারবগা অম্মা ওইরে। চু অসি অমুক্তং চাহুমা মহী
চুপপ্রবা মতুংদা চুগুমহু লম্বীদা হুন্দোকই, অহুবু কনাগুম্বা
অমনা মহু কয়াম থুম্বা জাংনৈ য়েংগে হায়হুমা চুগুমহু অমুক
চাশিল্লবদি মানা চারিবহু হাম্মা মীনা চাহুনা ওথোক্লবা
পোংনি। মতৌ অসুম্মা ঐথোয়না জগৎ সংসার অসিদা

থেংনরিবা হিংনবগী লানকম অসি কয়ম্না মায়পাক্না শোক্লগদগে হায়বা মুম্না থঙদে অদুনা মীওইবগী মপোক অসি রজঃ গুণদগী পোকপনি হায়না শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা তাক্লি। জগৎ সংসারসিদা গুণ অহুমথক লৈ: সত্ত্ব গুণ, রজঃগুণ অমসুং তমঃ গুণ। মীশিংনা রজঃ গুণগী মনুংদা লৈবনা মরম ওইদুনা থবক কয়া শূবা পামই। অসুম্না থবক কয়া শূবা অসিবু সুংঙাইবনি হায়না লৌনৈ। লগুণদা মীপুম থুদিংমক থবক কয়া শূবা থেংনগনি। অয়ুক অঙনবদগী হৌদুনা বস অমসুং ট্রক গাড়ীশিংদু য়াম্না য়াংনা য়াংনা থোগনি, মীশিংনা ওফিস নত্রগা ফেক্টরীদা অয়ুক অঙনবদগী নুমিদাং অথেংবা ফাওবা চৎপা লেপ্তে। মখোয় থবক য়াম্না কয়া শূই, অসুম্না শূরিবা অসিবুনা সভ্যতাগী চাওখৎপনি হায়না লৌনৈ। মখোয়গী ময়ক্তা থয়া অমনা তৌফম থঙলক্তবসু য়াওই, মখোয়না অসুম্না তৌদুনা লেনবা অসি পামদে। তৌফম থঙলক্তবসু য়াওফম থোকই মরমদি তৌরিবদু কয়া শূ-নোম্বগী থবক্লি। ওকশিংসু অহীং নুংথিল থাক্তনা "অমাংবা কদায়দা লৈ, অমাংবা কদায়দা লৈ" হায়না থিবদা মথৌ চিনজৈ। মদু মখোয়গী থবক্লি। মরম অসিনা হৌজিক কালগী সভ্যতা অসিদু ওক অমসুং তূইগী সভ্যতাগা অমতনি হায়না লৌবা য়ারে। মসি মীওইবগী সভ্যতা নত্তে। মীওইবগী সভ্যতাদি য়াম্না পুকচেল ইং-তপ্না ওইগদবনি। মহাক্তুনা য়াম্না থঙনীংগনবা মীতা ওইগনি। মী অমনা মথাগী পোৎশিংসি থঙনবা

হোৎনবদা বাহং হংগনবা মীতা ওইগদবনিঃ ঐ কনানো? চাননবা পোৎ খজিক্তং ফংনবা হোৎনবদা ঐবু অস্থুক কন্না করিগী শ্‌-নোমহল্লিবনো? করিগীদমক্তা ঐবু ভ্রাবনা থনবা ফিভমসিদা থম্বীরিবনো? ঐ কদায়দগী লাকপনো? কদায়দা অমুক চৎকনি। মীওইনা পোকপা মতমদা মহাক কনানো, কদায়দগী লাকপনো অদুগা কদায়দা চৎকদবনো হায়বসি খঙনবা বাহং হংবা হৌরগদবনি হায়বাসিনা বেদান্তসূত্রগী অহৌবনি। সংসারগী পুন্সিবু তুক্কচরবা মীতাশিংতনা কৃষ্ণ-ভাবনাবু পামগনি। মখোয়শিংদু কৃষ্ণভাবনা য়োকখৎনবগী অফবা মীতাশিংনি। মীশিংসিনা করিগী থবক বন্না শ্‌রি অদুগা মখোয়গী পুন্সিগী পন্থ্‌ংনা করিনো হায়বসি খঙননবা মখোয়না থিজিনগনি।

মদুগী পাউখ্‌ম শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা পীরি। মীশিংনা মখোয়গী পুন্সিগী পন্থ্‌ং করিনো হায়বা খঙদবনা অস্থুক কন্না থবক শ্‌-নোমলি। মীপুম খুদিংমক্না মশা মশাগী কান্নজনবা মরম থিরি হায়জে, অদুবু মশাগী মরম্নাই কাঙ্কনবা মরম করিনো হায়বদু মশানা খঙজদে। ন তে বিদুঃ স্বার্থগতিং হি বিষ্ণু। মশাগী মরম্নাই কান্নজবদি পরমেশ্বর ভগবান বিষ্ণু ফংনবগী লম্বীদা খুমাঙ চাওখৎপনি হায়বসি মানা খঙগদ-বনি। মখোয়না মসি খঙদে। করিগী খঙদে? মরমদি মখোয়না পাঙথোকপদা বানা থোকপা অবাংবা আশা তৌদুনা লৈ। ঙইবা ঙমগদবা অদু ফংগনি হায়না ঐনা

আশা তৌবা য়াই, মহুদি ফৈ। অদুবু কৈদৌঙৈদস্ সঙইরবরোইদবা অদুগুম্বা পোৎ অদু ফংগনি হায়না আশা তৌরুরবদি মহুগী আশা অদু মপুঙ ফাবা শুকঙম ওয়রোই।

ঐখোয়সি ভগবানগী অন্তরঙ্গ অমসুং বহিরঙ্গা শক্তি অসিনা পুল্লগা শেম্বনি। অপৌবা মপাম্মোংগী ওইবা শক্তিদি অপৌবা হকচাঙসিনি অদুগা অকুপ্পা মপাম্মোংগী শক্তিনা পুক্নিং, লৌশিং অমসুং অহঙ্কারনি। অপৌবা অমসুং অকুপ্পা মপাম্মোংগী শক্তি অসিগী মথক্তা আত্মা হায়রিবা অন্তরঙ্গা শক্তিসি য়াওরি। হকচাঙসি লৈবাক, ঈশিং মৈ, নুংশিৎ আকাশনা শেম্বনি। মসিবু অপৌবা মপাম্মোংগী শক্তি কৌই। অদুগা পুক্নিং, লৌশিং অমসুং অহঙ্কারগী অকুপ্পা মপাম্মোংগী শক্তিসু লৈরি। মসিগী মথক্তা আত্মা হায়বা অমা য়াওরি।

ঐনা হকচাঙসিগী মপুনি। কনাগুম্বা অমগী হকচাঙবু ফুরিৎ অমসুং কোটনা কুপশিন্দুনা থম্বগুম ঐখোয়সু কৃষ্ণগী নত্রগা ঈশ্বরগী মপাম্মোংগী শক্তি ওইরিবা অপৌবা পোৎচাক —লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং অতিয়া অদুগা অকুপ্পা পোৎচাক—পুক্নিং, লৌশিং অমসুং অহঙ্কারনা কুপশিল্লি। অসুম তৌদুনা ঐখোয়বু কুপশিন্দুনা থম্মী।

নীংথিবা ফুরিৎ অমসুং কোট অমা লীৎশিল্লগা ঐ মুংঙাইগনি হায়না খনবা য়াই, অদুবু মদুনা মুংঙাইহনবা ঙমগদ্রা? নীংথিজনা চাদ্রবা, নীংথিজনা তুমদ্রবা অদুগা ইন্দ্রিয়গী পেন্নবা তৌদ্রবদি ইচম চম্না মমল য়াম্না পীবা

কজবা ফুরিং অমসুং কোট লীৎলে হায়রগা মুংঙাইবা য়াগজ্রা? য়ারোই। মতু ওইখোক্তবনি। মপাম্মোংগী শক্তি-শিংবু শীজিন্নরগা ঐখোয়না মুংঙাইবা পাম্মী। মতুনা মুংঙাইবা পীবা ঙম্নোই। নঙদি আত্মানি—অতুনা আত্মাগী মচৌজাক পীগদবনি, আধ্যাত্মিক জীবন লেনগদবনি, অদুম তৌরবদি মুংঙাইবা শোয়দনা ফংগনি। ফজবা ফুরিং অমসুং কোট লীৎলে হায়রগা মুংঙাইবা ঙমদবগুম্না সংসারগী পুন্সি লেনবতুনা নঙবু মুংঙাইহনবা ঙম্নোই। অপৌবা অমসুং অকুপ্পা পোৎচাকশিং লৈরিবনি। অপৌবা পোৎচাকশিংগী মমুঙদা—নোংদোল খেৎনা বাংবা দলালশিং, মেছিনশিং, ফেক্তরিশিং, ফজরবা লম্বীশিং, নীংথিরবা কার গাড়ীশিং অসিনচিংবা কয়াম্তু য়াওরিবনি। অকুপ্পা পোৎচাকশিংগী মমুঙদা--ফজরবা ঈশৈ-নোংমাই, কবিতা অমসুং দর্শনশাস্ত্র-নচিংবা কয়া য়াওরি। মীশিংনা অসিগুম্বা অপৌবা অমসুং অকুপ্পা পোৎচাকশিংগী জগৎসিদা হিংলগা মুংঙাইবা ফংনবা লাক্লরি। অতুবু মতুদি ওইররোইদবনি।

মীশিংনা অসিগুম্বা মখলগী চাওখৎপসিবু করিগী পাম্মা লৌনরি? মসিগী মরমদি মখোয়শিংসি মীত্তাংবা লুচিংব-শিংনা লমজিংবীবননি। ঐখোয়না কৃষ্ণভাবনা আন্দোলন অসি শম্দোক্লি অতুবু মসিদা য়াওনীংবা মীগী মশিং য়ামদে। ঐখোয়না ওইদবা বা খরা হায়জিন্দুনা মীয়ামদা অসুম্না

খঙহল্লে হায়না খল্লো, "অসিগুম্বা লম্বীসি ইন্নুনা চৎলবদি নঙ থা তক্কক্কী মমুঙদা ঈশ্বর ওইগনি, খ্বাইদগী শক্তি লৈবা ওইগনি।" অমুম্না ভৌরবদি মসিদা য়াওননবা মী য়াম্না লাক্কনি। মসিদি মীত্তাংবা মী অমনা মীত্তাংবা মী অহৈবু লনজাংহনা পুবনি। মীত্তাংবা মী অমনা অমুম্না হায়, "ফরে, ময়াম পুম্নমক ঐগী তুং ইল্লকউ। মী কুংনা চৎলবা Mulberry Street অসি লাম্থোকপদা নতেং পাংবিগে।" মহাক মশাস্থ মমিৎ তাংই, মতুং ইল্লিবশিংহুসু মীত্তাংবা ওাক্কনি। মহুগী ফলদি কার নত্রগা ট্রক গাড়ী অমনা খোমগায়রগা মখোয় পুম্নমক শিবা অসিনা ওইগনি।

ঐখোয়বু তমথীরবা প্রকৃতিগী নিয়ম্না কম্না পুন্দুনা থম্লিবনি হায়বসি ঐখোয়না খঙদে। অফা-অপূম্নবা সংসারসিদগী করম্না ইশাবু নাম্থোকচবা ঙমগনি? ঐখোয়না মমিৎ তাংদবা মীদগী পাউতাক লৌগদবনি হায়বদি মমিৎ পাঙহনা লৈরিবা অমত্তুং সংসারগী বন্ধন্দগী মুক্ত ওইরবা মীশক্তগী পাউতাক লৌগদবনি। অসিগুম্বা মীশক্তদগী ঐখোয়না পাউতাক লৌগনি অহুদগী ইশাগী ইরম্নাইগী কামজখা করিনো হায়বা শক খঙবা ঙমগনি। অহু নত্তুহনা মীত্তাংবা মী অমদগী মীত্তাংবা অমনা পাউতাক লৌরুরবদি সংসারগী অফা অপূম্নবসিদগী মশাবু নাম্থোকচবা হায়বসি ওইথোক্পা ঙম্নরোই।

ইশাগী ইরম্নাইগী কান্নজবদি করিনো? অঙাং অমনা কপ্পা মতমদা মানা পান্নিংদু করিনো? মহাক্না মাগী খোল্লাং লামদুনা কপ্লিবনি। মসি খঙবা মী অমনা অঙাংদুবু মমাগী মনাক্তা থুনা পুরক্কুনা পী "নচাসি শেম্নৌ; কপ্লে থেম্মু"। মমানা মচাদুবু খোম পীথক্লে অদুদগী অঙাংদু মবুক থন্দুনা মুংঙাইজরে। অঙাংনা মাগী অপাম্বদু ফোঙদোবচবা ঙমদে অদুনা মানা কপই। মানা কপ্লিবসিগী মরম করিনো খঙবা মী অদুনা মতেঙ পাঙই, অদুগা অঙাংদুনা মুংঙাইনা লৈ। মসিগুম্না, ঐখোয়সি পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ঙাক্তনি অদুনা ঐখোয়না কৃষ্ণবু ফংনবা থিরি। অদুবু শাশিন্নবা লুচিংবশিংসিনা হায়বদি মসিগী অর্থ খঙদবা মীৎ-তাংবা লুচিংবশিংসিনা চাননবা চাক পীবগী মহুত্তা মুঙ পীরি।

অদু ওইরবদি ঐখোয় করম্না মুংঙাইগনি? অপোবা অমসুং অকুপ্পা মপাম্বোংগী শক্তিগী মরমদা হান্নগা ঐনা তাকখ্রে। অসিগুম্বা অপোবা অমসুং অকুপ্পা মখলগী মপাম্বোংগী শক্তিশিংসিবু পান্নিবা মীতাশিংসিনা মখোয়গী পুন্সিগী অপাম্বা পম্মুং য়োবা ঙম্নরোইদবনি। ভগবান বিষ্ণুবু ফংনীংবগী অপাম্বা লৈবা অমসুং মাবু ফংননবা লক্ষ্মী তাকপিরিবা মাতনা অশেঙবা মরুপনি। কৃষ্ণভাবনাবু য়েন-থোক্কুনা মীয়ামদা ফংহনবীরিবা মী অদু জগৎসিগী অশেঙবা মরুপ্নি। মসি প্রহ্লাদ মহারাজনা তাকখিবা ব্যাখ্যানি।

নঙনা মায়াশক্তিবু শীজিন্নরগা মুংঙাইনবগী লম্বী অমা শেমদুনা পুথোকপা ঙম্লোই। মদু ওইথোক্তবনি মরমদি মায়া শক্তিসি নঙগী নথাপোন্না লৈতে। মাদি পরমেশ্বরগী খুদুম মথাদা লৈবনি। মায়াশক্তিবু নঙনা করম্না নমথবা ঙম্ফম থোকই? মদু ওইথোক্তবনি। মদু ভগবদগীতাদা নীংথিজনা তাক্লি। সংসারগী তমথীরবা নিয়মশিংবু লাকশিনবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "মসি ঐগী শক্তিনি; ঐনা মসিগী মপুনি। অদুনা ঐঙোন্দা চঙজৌ।"

জগৎসংসারসিদা তৌরিবা থবকশিংসি ঈশ্বরগী মায়োক্তা লৈরিবা জীবাশংবু ঈশ্বরগী মনাক্তা পুশিল্লক্নবগীদমক্তা চত্থবা থবক ঙাক্তনি। অশেঙবা মওংদি মদুনি। মায়াশক্তিগী তমথীরবা নিয়ম কয়াসু লৈরি। করিগীনো? লৈবাক অমদা পুলিস নত্রগা মিলিটরী কাঙবুশিং থম্লিবগী মরম করিনো? মসিগী মরমদ প্রজাশিংবু সরকারগী নিয়ম ইনবা মী ওইহননবগীনি। কনাগুম্বা মীশক অমনা সরকারগী নিয়ম ইন্দবা মতমদা মাবু পুলিসকী মখুত্তা শিন্নে। অসিগুম্বদুনা, ঈশ্বরগী মায়োক্তা লৈরিবা মীওইশিংবু তমথিরবা প্রকৃতিগী মখুত্তা শিন্নথোকই অদুগা মহাকপু অব্বা অনা কয়া নংহল্লি। মদুনি চত্থরিবসি। মরম অসিনা জীবগী মশাগী মরম্নাই ওইনা কান্নজবদি পরমেশ্বর ভগবানবু থিজবা অমসুং মাগী চরণথাদা চঙজবা অসিনি। মদুতনা মাবু মুংঙাইহনগনি। অসি নত্তদুনা

ইচম চম্না সংসারগী মচাক মরলতমক শীঙ্গিন্নরগা মুংঙাইনা লৈগে হায়না হোৎনরবদি অরেম্বদা তাহুনা তোক্কনি।

প্রহ্লাদ মহারাজনা ঐখোয়দা কয়ম্না বিষ্ণু নত্রগা কৃষ্ণ-ভাবনা ফংননবগী লম্বী থিজগদগে হায়বদুগী মরমদা ঈঙ্গিৎ ওইনা খজিক্কুং উৎপিরি। মানা তাকপিরি মহুদি ঐখোয়না দরকার লৈতবা পোৎ কয়াম্রুম শেংহুনা পুথোক্লে অদুগা মখোয়হুদা খুৱো থাংজিন্দুনা ঐখোয়গী পুন্সি লেপ্লে। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহৌবা মতাঙদা অস্নুম্না তাকপিরি মহুদি ঐখোয়না দরকার লৈতনা শেমজক্রিবা খুদোংথীবশিংসিগী ঈশাবু নাম্থোকচনবা অমম্নুং মথাতানা খুদোংথীবা নংদনা পুন্সি লেনবা অসি শোয়দনা পামগদবনি। শিখ্য অমনা ঐঙোন্দা থারকপা বরলীন সহরগী মেপ ওসি অয়ুক ঐ উরে। ঐ বরলীন অমম্নুং মোস্কোদা চৎলুরে, সহর অনীমক্সি য়াম্না ফজে। বরলীনস্তু ফজবা সহরনি, লণ্ডনস্তু ফজবা সহরনি, অদুবু করিগীনো মীশিংনা অতোপ্পা সহর অমগা লান শোক্লহুনা, বোম থাদনহুনা লৈরিবা? মসি করিগী খোর-ক্লিবনো? মরমদি মখোয়না বিষ্ণু নত্রগা ঈশ্বরগী মরমদা অপাম্বা পোকপহু মশাদা য়াওদে। মরম অসিনা মখোয়না থল্লি. "নঙ ঐগী য়েক্লবনি; ঐ নঙগী য়েক্লবনি", অহুনা মখোয়না হুই হৌদোঙগী মতৌগুম্না লান শোক্লরি। অদুবু ঐখোয়না বিষ্ণুবু হেক খঙবা ওমজবদা, কৃষ্ণবু মশক খঙবা মতমদা, অসিগুম্বা চাওখৎলবা সহর অমম্নুং সভ্যতা অসি

নীংথিজনা ভাক শেন্দুনা থম্বা ঙমগনি। নখোয় মুংঙাইগনি, অহাওবা চাবা ফংগনি, মুংঙাইনা জগোই শাগনি, মুংঙাইনা হিংগনি অদুগা য়ুমদা হায়বদি ঈশ্বরগী ধামদা হনবা ঙমগনি। হৌজিক্কী অমম্তুং মথঙগী মপোক্তা মুংঙাইনা লেল্লু। ময়ামগী মফমদগী ঐখোয়না নিজরিবদু অসিনি।

মীপুম খুদিংমক্না কৃষ্ণভাবনা অসি য়াম্না হকচিন্না থন্দুনা পায়খৎকদবনি অমম্তুং কম্না হোৎনদুনা মসিবু থঙননবা লাক্লগনি। মসিগী নিয়মশিংসি বেদ শাস্ত্রনা য়ারে হায়না তাক্লম্লবা বাফম ঙাক্তনি, নৌমা শেম শাদুনা পুখোকপা নত্রগা মহাত্মানা য়াদবা অমত্তা য়াওদে। মীপুম খুদিংমক্কী মশাগী মরম্নাই কান্নজবদি বিষ্ণু, কৃষ্ণ খঙবসিনা ওইবনি হায়-বসি খঙননবা তানজা পীন্নবা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ঐখোয়না কেন্দ্র কয়ামরুম হাংদোক্লি। মদু ঐখোয়না পায়খৎচরিবা থবক্নি। মসিদা মীপুম খুদিংমক্না ঐখোয়বু তেংবাংবিয়ু অমম্তুং য়াওবিয়ু হায়না নোল্লুক্না হায়জরি।

—:(O):—

৪

# যোগগী পল্লুং

ভগবদ্গীতাদা সংস্কৃতকী ৱাহৈ মাম্ হায়বসি তোয়না শীজিন্নরম্বা থেংনৈ। মাম্ হায়বা ৱাহৈসিগী অর্থদি "ঐঙোন্দা" হায়বনি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "ঐঙোন্দা"— হায়বদি কৃষ্ণদা। ৱাফমসি ঐখোয়না তোঙাম্বা মওং অমদা অর্থ তৌবা ঙম্লোই। "ঐঙোন্দা ঈশিং গ্লাস অমা পীয়ু" হায়বা মতমদা ঈশিং পাম্লিবসি ঐননি অতৈনা নত্তে হায়বা তাকই, মসিনা অচুম্বা অর্থনি। কৃষ্ণনা "ঐঙোন্দা" হায়বা মতমদা মহুনা খঙহল্লিবসি কৃষ্ণবুনি। অদুবু দর্শনীকশিংনা হৌজিকসু মসিগী অর্থ হনবা মতমদা লাম্না "কনাগুম্বা অমদা" হায়না অর্থ তৌরি। ব্যাকরণগী ওইনা য়েংলুরগসু মসিগী অর্থসি লাল্লি।

কৃষ্ণগী মফমদা রতি লৈরবা মীশক অদু কৃষ্ণভাবনাদা লৈরে। নঙনা কনাগুম্বী অমবু মুংশিরবদি মাবু মতম পুম্বদা খল্দুনা লৈ হায়বসি ময়াম্না খঙনরবনি। মসি মুংশিনবগী ভাবনানি। মাগা য়ুমদা লৈমিন্নরিবা মুপা অদু নত্তনা অতোপ্পা মুংশিনবা মুপা খব্বী মুপীশিংনা য়ুমগী খবক ইনথাং তৌবদা য়াম্না পুক্লিং চংগল্লী হায়নৈ অদুবু মপুক্লিংদদি

"অহৈংগী করম্বা মতমদা ঐগী মুংশিরবা মাগা ঐগা ঊন্নর-গবা?" হায়না থন্দুনতা লৈ। মগি ম্পু থুদম অমনি। ঐখোয়না তোঙাম্বা থবক্তা ইথৌ চিন্দুনা লৈরবস্থু কনাগুম্বা অমবু মুংশিরবদি মাবু মতম পুম্বদা থন্দুনা লৈবা য়াম্রিবনি। সংসারগী ওইবা মওংদা অস্তুম্না তৌবা য়ারবদি অদুগা প্রিক ওইবা মওংদদি করিগী য়ারোই? ভগবদ্গীতাদা তাক্লিবা পাউতাকস্থু মসিনি।

গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়, "লাম্মী ওনা ওইনা নঙ লান তৌবা তাই। লান শোক্নদনা নমাই লৈদনা চেম্বা য়ারোই। লাম্থেংনবসি নঙগীদি নথৌনি।" নখোয়গী লৈবাক্কী সিফাই লৌবা ওফিসারশিংনা নহারোল কয়াগুম লাম্মী ওইনা য়াওননবা কৌরি হায়বা ঐ তারে, অদুবু নহারোলশিং-দুনদি মতুদা য়াওনীংদে। মখোয়না য়াওনীংদ্রিবগী মরমদি মখোয়বু ক্ষত্রিয় ওইনা হায়বদি লাম্মী অথৌবা ওইনা শিক্ষা পীবিদবা অসিননি। মখোয়বু শূদ্র হায়বদি জুগালী ওইবা তম্বীরে। মরম অসিনা জাৎতিগী কাঙলুপ থায়রিবসি য়াম্না বৈজ্ঞানীক ওইবনি। মী খরা অমবু ব্রাহ্মণ হায়বদি জ্ঞান লৈবা মী ওইনবা শেমগনি। সমাজসিদা লৌশিং শিংবা মীশিংবু থনগৎলগা অরাংবা দর্শন শাস্ত্র থঙনবা তম্বীবা তাই। ব্রাহ্মণদগী জ্ঞান খরা হৃম্বা কাঙবুদুনা ক্ষত্রিয় হায়বদি লাম্থেংনবগী মহৈ তম্বীগনি। ঐখোয়না সমাজসিদা মী কাঙলুপ লোয়না দরকার ওই—লাম্মীথক্কী দরকার ওইদে। মীপুম খুদিংমক লাম্মী ওাক্তা কদায়দগী ওইবা ঙমগনি?

মখোয়না শূদ্রশিং হায়বদি জুগালী ওইগদবা মী ময়াম অমা ভিয়েটনামদা লানশোক্লনবা থাজিনখ্রে অদুনা মখোয়শিংদু কান্নদনা মথবাই মাওহনবিরে। বিজ্ঞানগী লমদা থূমাঙ চাও-খৎলবনি হায়না চাউথোকচরবস্থু সমাজ অমবু করম্না শেমগ-দগে হায়বা খওদ্রবদি মদু অপওবগী লৈবাক্লি।

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, অমস্তুং শূদ্র হায়না কৌবা সমাজ অমদা মী কাওল্লপ মরি থোক্লা শেম্মী হায়না ভগবদগীতাদা তাকপিরি। মসি সমাজ অমা লৈবদা চওদবা য়াদবনি। মী খরনা আত্মাগী মরমদা অকারম থিবা পামজৈ, মখোয়শিংদু ব্রাহ্মণনি। হৌজিক ঐখোয়না আত্মাগী মরমদা অকারম পাম্বা মীতাশিং শেমগৎপা হোৎনরি, অদুগা সর-কারনদি মখোয়বু নমদুনা লাম্মী ওইহন্নবা লাক্লরি। জ্ঞান লৈতবা কাওবুশিংনা মুপামচা খরা অমা অবাংবা বিজ্ঞান খওননবা তম্লি হায়বসি খওদে। মী অমবু মপুঙ ফানা শেমগৎনবা লাক্লরিঙৈদা করিগী অরেম্বদা মাওহন্নবা শীল্লি-বনো? ব্রাহ্মণগী মগুণ চেম্বা লৌশিং লৈবা মুপামচাশিংসিনা ব্রহ্মচর্য ঙাক্লা চৎলি, শা-ঙা চাদে, মুপীগা নিয়ম কায়না তিম্লরুদে। মখোয়শিংসি খ্বাইদগী হেন্না অশেওবা, খ্বাইদগী লৌশিং শিংবা ব্রাহ্মণ ওইননবা শেমগৎলিবনি। শাগৈ অমদা ব্রাহ্মণ অমা য়াওরবা, অদু ওইরবদি শাগৈদুগী মী পুম্বা—সমাজ অদুমা পুমশেং শেংদোকহল্লি। অদুবু ঙসিদি ব্রাহ্মণ করম্না ওইহনগনি, ক্ষত্রিয় করম্না ওইহনগনি

হায়বসিগী জ্ঞান লৈতে। অতোপ্পা নাকল অমগীমদা হায়বদি শূদ্রগী নত্রগা বৈশ্যগী থবক্তা হৈননবগীদমক্তদি নীংথিনা তম্বীবা লাক্লি। কনাগুম্বা অমনা কারবারবালা অমা ওইনীংলবদি মহু তম্বীনবা কোলেজ নত্রগা খুৎশা হৈবগী তম্নবা স্কুলশিং লৈ। অদু য়াম্না ফরে। অদুবু করিগী-দমক্তা মী পুম্নমক শীম্মী ডাক্তা ওইহনগদগে? ঐথোয়গী হকচাঙসিদা মুন্না অমুক্তা থন্নসি: হকচাঙসি নীংথিনা য়োক্লবা ঐথোয়গী কোক, পাম্বোম, পুক অমসুং খোঙ দরকার ওই। হকচাঙগী কায়াৎশিংসি শুনা লৈতবা য়াদবনি। "ঐথোয়গী কোক দরকার লৈতে" হায়না হায়বা য়ারোই। মহুদি অঙাওবগী বানি। পুম্নমক দরকার ওইবা ডাক্তনি। কোক য়াওদবা হকচাঙ অমা লৈরে হায়না থল্লো—মহু অশিবা হকচাঙনি। হকচাঙদু ইকায় কায়দনা লৈতরবসু মকোক য়াওরমদ্রবদি মহু অশিবা হকচাঙ কৌরে। কোক অসি হকচাঙগী মনুঙদা খ্বাইদগী লৌশিং লৈবা শরুক্নি হায়না লৌনৈ। মতৌ অসুম্না সমাজ অমদা ব্রাহ্মণ লৈত্রবদি মহু অশিবা সমাজনি।

মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "মী মীগী মগুণ অমসুং তৌথোরকপা থবক্কী মতুংইন্না ঐনা সমাজগী কাঙলুপ মরি অসি শেম্মী।" কনাগুম্বা মী অমনা ব্রহ্মচারী ব্রাহ্মণ ওইনা থবক তৌরি অমসুং পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মশক খঙনবগী মগুণদু তানশিনজরে অদুগা মাবু করিগীদমক্তা

লাল্মী ওইহনগদগে ? হকচাঙণী মন্নুঙদা পান্বোম ঙসি ক্ষত্রিয়নি। মসিস্থু চঙদবা য়াদে; সমাজবু ঙাক্লনবা, লৈবাকপু ঙাক্লবা লাল্মী ময়াম অমস্থু শেমগৎকদবনি। ব্রাহ্মসি কনা-মতনা য়াদবা ঙম্লোই। অদুবু মতুদা ব্রাহ্মণশিং য়াংগদবা নত্তে। মসিদি লমজেল চেন্নবা শগোল অমবু ষণগাড়ী পান্দুনা চিংহনবগুম্বনি। লমজেলগী শগোল ঙদু অতোপ্পা মরম অমগী শীজিন্নগদবনি, গাড়ী চিংননবা নত্তে। পোংলুম চিংনবা শা—গধা, উট অমস্থুং ষণলাবা—মখোয়সি গাড়ী চিংননবগীদমক্তনি।

ঐনা শেংনা হায়জরি—ময়াম্না খঙবিয়ু—তাধ্যাত্মিককী মরম খঙবা মী নত্রগা কৃষ্ণভাবনা লৈবা মী লৈতবা সমাজ অদু ফত্রবা সনাজনি মরমদি মতুগী মকোক য়াওদে। মকোক য়াওদবা মী অদু অশিবা মীনি। খোপ য়াংদ্রবদি কোক য়াওদে; থোপ্পা নীংথিনা থবক তৌদ্রবদি মীদু অঙাওবা মীনি; অদুগা মকোক য়াওদ্রগনা অশিবা মীনি।

অশিবা সমাজ নত্রগা অঙাওবা সমাজ অমদা শান্তি ফংগনি থনত্রা ? ফংলোই। অঙাওবা মীতনা থল্লা সমাজদা লৈরবদি কদায়দগী শান্তি ফংগনি ? মরম অসিনা কৃষ্ণভাবনা অসি ঙসিগী সমাজ অসিগী নৈনফম ওইবা মরুওইবা বিষয়নি। সমাজবু লুচিংলিবা মকোক, লৈবাক্কী প্রেসিডেন্ট নত্রগা লাল্মীগী মকোক ওইরিবা মীওইশিং আত্মাগী বিজ্ঞান খঙবা ঙম্বা মীতা ওইগদবনি।

ঐনা আমেরিকা তাম্না লাকপা লম্বীদা জপান সরকারগী সেক্রেটরীগা টোকিওদা উন্নরম্মী। মাবু ঐখোয়গী আন্দোলন অসিদা য়াওহন্দুনা খুৎশম্নুনা চৎমিন্নমবা মঙোন্দা মসিগী মরম ফজনা তাক্লিংলম্বনি অদুবু মানা হায়: "৬। ঐখোয়দি করি-গুম্বা ধর্মগী আন্দোলন অমতগা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নবায়াদে"। মহাক অসি সরকারগী চিফ সেক্রেটরীশিংগী মরক্তা অমনি অদুবু মহাক্তু জ্ঞান পণ্ডয়াও য়াওদে। ইথক ইরাংদা চৎপা ধর্মগী আন্দোলন কয়া লৈরিবা অসিগুম্না ঐখোয়গী অসিসু ওইরমগনি হায়না মানা লৌরি। অদুবু মসিদি ইথক ইরাংগী নত্তে। মসিদি সমাজগী চঙদবা য়াদবনি। মীথরা অমদি কৃষ্ণভাবনাদা শোয়দনা লৈগদবনি। অদু নত্রবদি সমাজ অসি মাঙলগনি; মসি নরক তাম্না চঙশিল্লিবনি। অসিগুম্বা ফত্তবা মীশিংসিনা লৈবাক্কী লুচিংবা ওইনা থবক পুৎবদি শান্তি কদায়দা লৈগনি? হুইগী সমাজ অমদা লৈরগা করম্না শান্তি ফংগনি? হুইগী হৌনশাদি অতোপ্পা হুই অমা হেক উবগা খোংগনি—গৌ, গৌ, গৌ। মীওইবগী সমাজবু হুই নত্রগা হৌদোঙগী নত্রগা কৈগী সমাজদা ওন্থোক্লগা শন্তি ওইনা পানগনি হায়না খনব্রা? কৈদি য়াম্না শক্তি লৈ; মানা অতৈ শাশিংবু হাৎপা ঙমই। অদু ঙমই হায়দুনা মাবু য়াম্না মরুওইবা শানি হায়না লৌগদ্রা? লৌরোই, মহাক সমাজসিদা থোইনা কান্নবা শা নত্তে। হৌজিক ঐখোয় য়াম্না শক্তি লৈরে, লাম্থোংনবা অফবা থুৎশু-থুৎলাইসু লৈরে, ঐখোয়না মী য়াম্না হাৎপা ঙম্লগনি। মখোয়সি অফবা মী নত্রগা অফবা সমাজ অমদা চেনগদবা মগুণ নত্তে।

ঐখোয় য়োং, কৈ নত্রগা গধা—নৎত্রগা থবক্তা কন্না শূত্নতা লৈবা মীফত্তশিংগী সমাজ অমা শেমগদবা নত্তে। গধাগী সমাজ অমদা পুন্সিগী মমল খণ্ডবা ঙমগনি থনত্রা? ঙম্লোই।

কৃষ্ণবু অপাম্বা পোক্লবা মখোয়গী মফমদা মাবু মুংশিবা পোক্কনি। ঐনা নোংচুপলোমদা লাক্তি্রৈঙগী মমাঙদা কৃষ্ণ-ভাবনা আন্দোলনসিগুম্বা অমতা লৈরমদে; অত্তুবু হৌজিক্তি মসি মক্কম অয়াম্বদা শন্দোরক্লি। কৃষ্ণ মখোয়গী লৈবাকসিদা পোকখিদে, নখোয়না কৃষ্ণবু নশাগী ধর্ম্মগী লাইনি হায়নম্ম লৌদে। অত্তুবু কৃষ্ণদি অম্বক্তী মতিক মীবু চিংশিনবা ঙম্মী মত্তুদি নখোয় মীরৈবাক মচা ওইরবসু ঙসিদি লমন্দানবা মচা অমা ওইদ্রে। কৃষ্ণগী মফমদদি নঙসি লমলানবা অমা নত্তে। মানা পুম্নমকপু মাগী মদী নতা ঙাক্তনি হায়। ঐখোয়না মাবু লমলানবনি থল্লি, মসি ঐখোয়গী অপঙবা মত্তৌনি।

গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "হে মুংশিরবা অর্জুন, জগৎ সংসার অসিদা জীবগী মথল মথা কয়া থোক্ল: লৈ হায়বসিদা চিংননিংঙাই লৈতে। অত্তুবু ঐনা মখোয় পুম্বগী মক্ক পীবা মপানি।" কৃষ্ণসি জগৎ পুম্বগী ওইরিবনি হায়বত্থ উবেদনা। মানা হায়রিবসি মীওইবা সমাজগী বাতা নত্তে, শাশিংগী সমাজ, উচেক্কী সমাজ—পুম্নমকপুম্ব য়াওরি। মানা হায়, "ঐনা মখোয়গী মপানি।" অত্তু ওইরবদি কৃষ্ণবু করম্না

লমলানবনি হায়গনি? মসিদি ভাবনা পঙখন থনবনি। মখোয়না হায়, কৃষ্ণদি ভারতকীনি নৎত্রগা কৃষ্ণদি হিন্দুশিংনা পূজা তৌই অদুনা মাদি হিন্দুগী লাইশিংগী মরক্তা অমনি; অদুগা মখোয়নস্তু কৃষ্ণনা অস্তুম্না হায় হায়না থল্লি, "চুমই, ঐ হিন্দুগী লাইনি। চুমই, ঐ ভারত মচানি।" অদুবু মাদি মুমিংকুস্বনি। করিগীদমক্তা আমেরিকাগী মুমিং, ভারতকী মুমিং হাবনা থায়গদৌরি? করিগুম্বা পোৎ অমতা ভারতকী নৎত্রগা আমেরিকাগী নত্তে; মতু পুম্নমক্তু শেমজিনবা বা ঙাক্তনি।

"পৃথিবীসি মীওইবগীনি, মসিতনি।" মতুনা নখোয়গী অপুনবা সমাজগী শক্তম্নি। হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা কম্যুনিজম অসি অশোয়বনা থম্না য়াওই মরমদি রসিয়াগী মীশিংনা রসিয়াসি মখোয়গীনি হায়, চীনাগী মীনা চীনাবু মখোয়গীনি হায়। অতৈগীদি করিগী ওইরোই? মীওইবা জাতি কাঙলুপকী ওইনা থল্লু। করিগী মীওইবতগী থনগনি? জীব পুম্বগী করিগী থল্লোই! নখোয়না পৃথিবী অসিবু মীওইবা জাৎ অসিতগীনি থল্লবদি মতুম্তু শোয়রি। মসি জীব পুম্নমক্কীনি! মসি উপাম্বী জাৎকীস্তুনি; মসি শাশিংগী-স্তুনি। মখোয়স্তু মফমসিদা হিংজনবগী অধিকার লৈরিবনি। করিগী নখোয়না উপাল বাপাল য়াম্থৎপীরি? হণশিংবু শাহাৎশঙদা করিগী হাৎলি? মসি অরানবা বিচারনি। মশানা অরানবা তৌরগা করম্না অচুম্বা ফংগনি। ঐখোয়দা

কৃষ্ণভাবনা য়াওদে। কৃষ্ণনা ঐখোয় পুম্বগী অশেঙবা ইপানি। ঐখোয় লোয়নমক ইচিল ইনাও ঙাক্তনি হায়বা ঐখোয় খঙদে। উপাম্বীসি ঐখোয়গী ইচিন ইনাওনি, ককচেংসু ঐখোয়গী ইচিন ইনাওনি, অসিগুম্না ষণসু ঐখোয়গী ইচিন ইনাওনি। আমেরিকা মচাসু ঐগী ইচিন ইনাওনি, ভারত মচাসু, চাইনীজ মচাসু ইচিন ইনাও ঙ ত্তনি। মরম অসিনা ঐখোয় কৃষ্ণভাবনা য়োকখৎপা তাই। ঐখোয়ন তাইবঙ পুম্বগী মীশিংসি ইচিন ইনাওনি নত্রগা অপুনবা জাতিগী খুৎপু হায়বনচিংবা চোইঙাং কয়া ঙাংহুনতা লৈনরি। ইহান হানবদা ইপা কনানো হায়বহু খঙথিসি, অহু নত্রবদি ইচিন ইনাও নত্রগা মীওইবা সমাজ মশক খঙহগী বা কৈরোই। মরম অসিনা মখোয় চহী কয়া কয়া চুপ্না ফল তাদনা ঙাঙ-নহুনতা লাক্লি। মখোয়শিংহু পঙবা মান্নবা মীতা ঙাক্তনি। ইয়ু, এন, ও, সি হৌজিক য়েংউদনা! নিউয়োর্কতা মখোয়গী হেড ক্বাটর লৈ। মখোয়না কান্নদবা ৱাতমক ঙাঙনরি, মহুতনি তৌরিবা। মহুনা মখোয়গী মথৌনি। মপুঙ ফাবা কৃষ্ণভাবনা লৈতনদি পৃথিবী লৈরিবা ফিভমসিদগী ফগৎলকপা লৈররোই।

কৃষ্ণগী মফমদা ঐখোয়গী অপাম্বা লৈগদবনি হায়না মানা তাকপিরি। অহৌবা মতাং অমংগী হৌরে হাংরগা মহুগুম্বা অপাম্বহু পোকপা ঙমগনি; মসিদি খুৎশেমগী নঙে। কৃষ্ণদা অপাম্বা পোকপা হৌগৎলকপদা ঙায়রিবা পুকচেল

শেংবা ঐগী শিষ্য খরা লৈরে; মখোয় মপুঙ ফাজদ্রিবনি, নৌনা কৃষ্ণভাবনাদা চঙলকপদা ঙাম্নরিবনি। কৃষ্ণভাবনাদা হৌনা অপাম্বা পোকত্রবদি করিগীদমক্তা মখোয়না নাম শোন্দুনা মতম অরেম্বদা মাঙহন্দুনা লেনগনি? মখোয়না নাম শোন্দুনা লৈরি, মসি তৌবা ঙম্ফম থোকপনি। মরমদি কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা হায়বসি হৌনশানি। কৃষ্ণদি অথন্নবা ধর্ম্ম নত্রগা মী কাঙলুপ অমতগী মপোৎ ওইনা লৈতে। কৃষ্ণনা হায়রি, "ঐদি মীপুম খুদিংমক্কীনি।" মরমদি অহৌবা মতাঙদা ঐখোয়সি কৃষ্ণগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি; অদুবু মদুগী মরী অদু ঐখোয়না কাউথোকলে। নাম শোনবগী থৌওং অসিনা নশাদা য়াওরিবা কৃষ্ণবু নীংশিংঙবা তদু য়াকাইহনগনি। মসি ঐখোয়না নখোয়গী নশাদা করিগুম্বা খরা খুৎশেমগী পাম্বৈনা হাপচিনবগী ঝা নত্তে। মদু নত্তে। কৃষ্ণগা নঙগা হান্নদগী মরী লৈনবনি, নঙনা কাউথোকচখি-বতনি। নশাগী অশেঙবা জ্ঞান অদু নৌহৌনা য়াকাইহন্নবগী থৌওং অদু ঐখোয়না পীননবা লাক্লরি। অদুনা ঐখোয়গী মন্দিরদা তত্তনা লাকপিয়ু; মদুনা অহৌবনি। নঙনা কৃষ্ণ অমসুং কৃষ্ণগী মনাইশিংগী দর্শন ফংজগনি তদুগা হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র শোঞ্জবসু ঙমগনি।

কৃষ্ণগা মাগী নামগা করিমতা খেন্নদে মরমদি মাদি পুম্নমক শূঙ্গনি। মাগী ঝাগা মহাক মশাগসু খেন্নদে। কৃষ্ণ হায়রিবা নাম অসিগা কৃষ্ণ মশাগা খেন্নদে। মরমদি পুম্নমকসি কৃষ্ণনি।

অমতা ওইবা হায়বদি জীবগা ভগবানগা অমতনি হায়বা দর্শন নত্রগা পুম্নমকসি ঈশ্বরগা ইমান মান্নৈ হায়বা মত অসি মপুঙ ফাদে। অদুবু অমতা ওইবা হায়বসি কৃষ্ণবু খঙবা মতাঙ য়ৌরকপদদি, মদুদা মপুঙ ফারে। মঙোন্দগী পোৎ পুম্নমকপু খোকখ্রিবা পরম সত্য হায়বদু কৃষ্ণনা ওইরবোইদি পুম্নমকসি কৃষ্ণনি হায়বা য়ারে। নঙগী সনাগী খনি অমা লৈরে অদুগা নঙনা সনাগী পাত্রশিং, লীক-কোনশিং অমস্তুং অতৈ পোৎ কয়ামরুম শারে। শারিবা ময়ামদু সনাগী ঙাক্তনি মরমদি মখোয়বু শারিবা মচাক্তু সনানি। নঙনা মদুবু "নাদা য়াম্নবা লৈ" হায়না কৌবা য়াই অদুবু মদুদা "সনাগী" হায়বা বাহৈসি হাপচিল্লগা সনাগী নারি হায়না হায়। নঙনা মদুবু "ঙক্তো শিনবা লীক" কৌবা য়াই অদুবু মদু সনাগীনি মরমদি মদু সনানা শাবনি। মতৌ অস্তুম তৌদুনা, ইহান হানবদা পুম্নমকসি কৃষ্ণদগী খোরকপা ঙাক্তনি।

মহাক্না খ্বাইদগী অখোইবা পরম সত্য হায়বদু ওইরবদি মঙোন্দগী করিগুম্বা পোৎ অমতনা খেন্নবা লৈরোই। নঙনা পোৎ অমবু নারি, লীক নত্রগা খুজি নত্রগা খুদাং ঘড়ী কৌজরবস্তু মখোয়শিংদু সনানা শাবা ঙাক্তনিনা সনা ঙাক্তনি। অদু ওইজরবস্তু সনানি হায়না হায়বদুতনা মপুঙ ফাদে অদুনা হায়—"মসি সনাগী লীকনি, মসি সনাগী নারিনি"। মায়াবাদীশিংনা হায়বদি ঈশ্বরবু মশক মওং নাইদে হায়না লৌবা মীতাশিংনা পুম্নমকপু ব্রহ্মন ঙাক্তনি হায়। "পুম্নমক ব্রহ্মন ঙাক্তনি" হায়বসি চুমদে।

ৱাফম অসি ভগবদ্গীতাগী তরাহুমদোইশুবা আধ্যায়দা নীংথিনা শন্দোক্লা তাক্লি: "ঐ মফম পুম্বা শীনথুংনা শন্দোক-তুনা লৈ। মতু ঐগী শক্লাইদবা মওংদনি।" মাগী শক্লাই-দবা ব্রহ্ম ওইনা মফম পুম্বা শীনথুংনা কৃষ্ণনা শন্দোক্লুনা লৈ অদু ওইরবসু মহাক শক্লাইবা মী অমা ওইনা অদুম মরৈরি। মায়াবাদী দর্শনীকশিংনা থল্লিবদি কৃষ্ণনা মফম পুম্বা শীন-থুংনা শন্দোক্লুনা লৈরবদি মশক নাইবা ওইনা মফম অমদা অমুক করম্না লৈবা ঙমগনি? মসিগী ৱাখলসিং য়াম্না চন্নব্রবা ৱাফম্নি মরমদি থল্লিবা ৱাখলসি সংসারগী ওইবা মওংদা লৌরগা থল্লি। মতুদা আধ্যাত্মিক জ্ঞান অমতা য়াওদে।

সংসারগী ওইবা মওংদা থম্নরসি: নঙনা চে মচেৎ অমা কুপ্না শেগায়রগা চাইথোক্লুনা লংথোকখ্রো। মতুম্না তৌবা মতমদা হায়গী চে অদু লৈত্রে। মসিদি সংসারগী ওইবা পোৎ-কৌনি অদুবু ঐখোয়না বেদ শাস্ত্রদগী থেংনরবগা ৱাফমদি পরম সত্য ওইবা মহাক্লি অসুক্কী মতীক মপুঙ ফাই মতুদি মঙোন্দগী পুম্নমক লৌথোকখ্রবসু মপুঙ ফানা অদুম লেমহুনা লৈহৌই হায়বসিনি। অমদগী অমা থাইদোকখ্রগা অমা অদুম লেমহৌই। সংসারগী ওইবা মওংদি অমদগী অমা থাইদোকখ্রবদি করিমতা লেমহৌদ্রে; অদুবু আধ্যাত্মিককী মওংদি মতুঙুম্বা নত্তে। আধ্যাত্মিককীদি অমদগী অমা চৎ-খ্রবসু অমা লেমহৌই অদুগা অমদা অমা তিনশিল্লবসু অমা অদুম ওই।

কৃষ্ণদি পুন্নমক্নীনি। মায়াবাদীশিং, নিরাকারবাদীশিংনা ঐখোয়না লাৎচরিবা মূর্ত্তিশিংবু উবদা অস্থম্না হায়, "ও! মখোয়না উনা শাবা শক্তম থরা মন্দিরদা থমজিল্লে অতুগা মতুবু ঈশ্বরনি হায়তুনা পূজা তৌরি।" কৃষ্ণজ্ঞান মুন্না খঙলবা মীনা কৃষ্ণনা পুন্নমক্নি অতুনা পূন্নমক্তগী মানা শকফোংলকপা ঙম্মী হায়বসি খঙই। বিজুলিগী শক্তিতু তিংলিবা তারাশিং-তুদা য়াওরি, অতুনা শোকলূবদা হেক্তা চিংবা ফাওগনি। মতৌ অসিগুম্না মাগী শক্লাইদবা মঙংদা কৃষ্ণশক্তিনা মক্ষম পুন্নমক শন্দোক্তুনা লৈ অতুগা শক্তিতু করম্না শীজিন্নগদগে হায়বতুদি মরমতুদা খঙবা মীতাশিংতনা খঙই। ঐখোয়না টেলিফোন পুশিন্দ্রিঙৈগী মমাঙদা হান্নমা টেলিফোনদা বা ঙাংনতুনা পৈশা মুংশাগী মরম ফাওবা লোইনতুনা মী অতুদা টেলিফোন পুশিন্নবা তারা মরীতু কদায়দগী শমগদবনো খরা শম্বিয়ু হায়না বারী শারে। অতুদগীদি মী অতু লাক্লে অতুগা মাগী থবক্তু তৌরে, ঐখোয়নদি মতু খঙদে অতুবু মানদি করম্না মরীতু শমগদগে হায়বা খঙই। অতুনা কনাগুম্বা মীশক অমনা কৃষ্ণগা মরী করম্না লৈনগদগে হায়বতু শোয়দনা খঙ-গদবনি। কৃষ্ণদি মক্ষম পুম্বা শীনথুংনা লৈ—মসি কৃষ্ণ-ভাবনানি। অতুবু মুঙদা, উদা, য়োৎতা নত্রগা ধাতুদা লৈরিবা কৃষ্ণগী রূপ অতুদগী কৃষ্ণবু করম্না ফংবা ঙমগদগে হায়বতু মানা খঙবা তাই।

মক্ষম পুন্নমক্তা লৈরিবা পোৎ পুন্নমক্তা কৃষ্ণগা মরী করম্না লৈনবগে হায়বতু ঐখোয়না খঙনবা তথ্বা তাই। মতু যোগগী নিয়মদা ফজনা তাক্লি। কৃষ্ণভাবনা হায়বসিস্থ

খ্বাইদগী মপুঙ ফারবা, যোগগী নিয়মশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী অথোইবা যোগনি। যোগী অমা থেংনবদা ঐখোয়না শীং-নথুনা হায়বা য়াই মথুদি মসিগী যোগ অসি য়াম্না অরায়বা যোগ ওইরবস্থ খ্বাইদগী অৱাংবা যোগনি। শক্তি থরা নশাদা ফাওরক্লবা চয়োল থরা চুপ্পা নশাবু হকচাঙ শাজেন্নচিংবা তৌবগী দরকার লৈতে। অথুবু কৃষ্ণভাবনা অসি তৌবদা চোকথবা লৈরোই। ঐখোয়গী শিষ্যশিংসি কৃষ্ণভাবনাগী থবকসি হেন্না হেন্না তৌনীংবগী অপাম্বনা খোয়ৱাংনরি। অথুনা হায় "প্রভুপাদ, ঐ করি তৌজো হায়বগে ?" অথুগা মখোয়না থবকশিংথু লোইনা তৌরি। সংসার অসিদা নডনা মতম থরা থবক শূরুরবদি হকচাঙ শোম্থরক্লনি।

তশেংনা হায়ররবদা ঐ হকচাঙ শাজেন তৌদে। ঐ চহী ৭২ শুরবা অহন্নি। ঐ হকচাঙ ঙমলুদ্রে, ভারত্তা অমুক হল্লুরে অথুবু ঐ থবক তৌবা পাম্মী। তশেংনা হায়ররবদা ঐ থবক-শিংসিদগী পোত্থাবা য়াৱবনি, অথুবু ঐনা হেক ঙম্বমখৈদি থবক তৌবা পাম্মী; অহীং মুংথিল থাক্তনা হৈননবা তম্নিংবগী অপাম্বা লৈ। অহীংদা ঐনা ডিক্তেকোন পায়থুনা অম্নুবাদ তৌই; করিগুম্বা থবক তৌবা ঙমদ্রবদি পুক্লিং মুংঙাইতে। মসি কৃষ্ণভাবনানি। মী অথু থবক তৌনীংবনা খোইরাং-নগনি। মসি থবক শূনীংদবা সংস্থান অমা নত্তে। নত্তে ! ঐখোয়গী তৌগদবা ইথৌ মরাং কায়না লৈ—লাইরিক ইবা, লাইরিক য়েম্মোকপা।

কয়া য়াম্না নশাবু কৃষ্ণভাবনাদা লুপশিনবা ভগেগে হায়বহু খঙনবা থিজৌ। তশেংনা শান্তি পাম্নবা, অমদি মুংঙাইবা পায়বদি থম্মোয়দা কৃষ্ণভাবনা য়োকথৎলু। অহুগা অহৌবদি কৃষ্ণদা অপাম্বা পোকপা অসিনা হৌগদবনি। মসিগী ভাব অসি পোক্কবগীদমক ঐথোয়না তাক্লিবা থৌওংদি মন্দিরদা লাৎলিবা মূর্ত্তিগী মমাঙদা নাম শোনবা অমসুং জগোই শাবা অহুগা প্রসাদম থুনবা অসিনি। মাসনা নথোয়বু হেন্না কৃষ্ণভাবনা পোকহনগনি।

ভগবদ্গীতাদা তাকপিরম্লিবা যোগগী সাধন অসি হৌজিক্কী মতমদা নোংচুপ লৈবাকশিংদা চৎনরিবা নমথাক্কী যোগ অসিদগী তোঙাল্লি। নোংচুপ লৈবাকশিংদা যোগী শাবশিংসিনা হৌদোক্লিবা যোগগী নিয়ম অসিদি অচুম্বা নত্তে। যোগ হায়বসিদি য়াম্না লুইঃ যোগগী অহানবা পরাদি ইন্দ্রিয়শিংবু খুহুম চনবনি। মহুনা যোগীগী থাম্নিঃ মানা মুপীগা তিম্নহুনা পুন্সি লেনবা য়াদে। নঙনা ময়ায়কাবা পোৎ শীজিন্নরবা, শা ঙা চারবা, শাহথোৎনহুনা অমসুং জুবার শান্নহুমা—ফত্তবা থবক্তমক তৌরবদি—মহুগুম্বা থবক্তু তৌহুনা লৈরগা যোগী অমা ওইবা ঙমলোই। নেশাদা ঙাওহুনা পুন্সি লেল্লবসু যোগী ওইবা ঙমগনি হায়না হায়বা ভারতগী লাকপা যোগী অমা নফমসিদ। থেংনরুবদা ঐ পুমঙক ঙকখি। মসিদি যোগগী নিয়ম নত্তে। মসিদি অফবা থাক্কী নিয়ম নত্তে। নথোয়না মহুক্ যোগনি হায়না মসিং থোনজবা য়াই অহুবু মহু অফবা থক্কী যোগ সাধনদি নত্তে।

যুগ অসিগীদমক্তদি যোগগী নিয়মসি পাঙথোকপদা লূনা থোক্লে। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী ঐথোয়না খঙবদি যোগ সাধনগী নিয়মদি পরমাত্মা ভগবান বিষ্ণুদা পুক্নিং লূপশিনবসিনি। মহাক্না নঙগী থম্মোইদা ঙাম্থোইরি। অদুনা পুক্নিং লূপশিন্নবগীদমক্তা ইন্দ্রিয়শিংবু থুদুম চনবা তাই। ইন্দ্রিয়শিংসি অঙাওবা শগোলশুম্না থবক তৌই। নঙগী গাড়ী চিংলিবা শগোলশিংদু লাকশিন্নবা ঙম্লবদি য়াম্না খুদোংথীনিংঙাই ওইরে। নঙনা গাড়ী অমদা তোংলে হায়না থল্লো অদুগা শগোলশিংদুনা শাথীনা ঙাওদুনা গাড়ীদু নরক তাম্না চিংথরে। মদুদা নঙগী ফিভম করি ওইগনি? যোগগী নিয়মদি ইন্দ্রিয়শিংবু থুদুম চনশিনবনি। ইন্দ্রিয়শিংবু মদুপুবা লীলগন্দু চাংদম্মে। লীলনা কনানা মাগী মরুপ্পো কনানা য়েক্লবনো হায়বা খঙদে। মানা থেংন-থেংনরুবা খুদিংমক হেক্না চিকই। লীলনা হেক চিকপগা মদুগী ফলদি শিবা হায়বসিনি। মতৌ অসিগুম্নদুনা, থুদুম চনশিন্দ্রবা ইন্দ্রিয়শিংনা মশা মশানা পাম্বা মওংদা থবক চত্থরবদি নহাক য়াম্না খুদোংথীবা ফিভমদা তারে হায়বা নশানা খঙজগদবনি।

কনাগুম্বা মীশক অমনা ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বদা কাহেম্না লুপ্না মতমদা মীশক্তু থ্‌না শাউগল্লি, মশাগী মশক খঙদে, মশানা মশাবু কাউথোকচৈ হায়নৈ। ইন্দ্রিয়শিংনা চিংদুনা শাউহনখিবদগী মী অমনা মাগী মচা মশু, মচানুপী ফাওবা ওৎ নৈবিরি। মরম অসিনা আধ্যাত্মিক পুন্সিদা খুমাঙ চাওশিনগে

খল্লিবা মীওইশিংগীদমক্তদি—মখোয়দা নত্তুনা মীপুম থুদিংমক্কী ওইনা—শাস্ত্রনা তাকপিরিবদি কনাগুম্না অমনা অচিকপা মফমদা মমাগা, মচানুপীগা অমসুং মচন মচেগা ফাওবা লৈমিং-ম্নরোইদবনি হায়রি। করিগীনো? মরমদি ইন্দ্রিয়শিংসি অসুক্কী মতীক মপাঙ্গল কল্লি মতুদি মসিনা করিগুম্বদা ময়ায় কানা শাউহল্লবদি মহাক্কু মমানি, মচল মচেনি নত্রগা মচা-নুপীনি হায়বা শোয়দনা কাউথোকথিগনি।

হায়রিবসি অপঙবা মীওই থরগীদি চুম্নবা য়াই হায়না নখোয়না হায়বা য়াই, অতুবু শাস্ত্রনা হায়রিবদি মতু নত্তে—নখোয়না অচিকপা মফমদা অপোকপী নমাগা ফাওবা, নচল নচে নত্রগা নচানুপীগফাওবা লৈমিন্নরোইদবনি মরমদি ইন্দ্রিয়শিংসি অসুক্কী মতীক মপাঙ্গল কল্লি অতুনা নঙনা ধর্ম্মগী হৌন লোনচং খঙনা চংপা মীতা ওইজরবা ফাওবা নুপীগা তিন্ননিংবগী অপাম্বনা নঙবু শোয়দনা চিংশিনগনি।

ঐখোয়না জগৎসিদা লৈরিবা ফিভম, সংসারসিদা অৱা অনা নংতুনা লেল্লিবা অসি হকচাঙসি লৈবদগীনি। হকচাঙসি অৱা অনা কয়াগী হৌরকফম্নি অতুনা পুন্সিগী অরোইবা পান্দমদি পোৎচাক্না শাবা হকচাঙসিদগী নাম্থোকপা অতুগা আধ্যাত্মিক হকচাঙ অমা ফংবা অসিনি। ঐখোয়না লোয়ন-তুনা লৈরিবা হকচাঙসি ঐখোয়গদি চুনত্রবা ফিভমনি। আত্মাদি আধ্যাত্মিক ওইনা মনীং মথা তম্বনি অতুবু মসি সংসারগী ফিভমসিদা কাজিন্দুনা থম্বীরি। হকচাঙদি পোৎ-চাকশিংসিনা শাবনি।

মীওইনা পোকপা মপোক্তা মহাক হকচাঙসিরা নত্রগা হকচাঙসি নত্তবা করিগুম্বা পোৎ অমরা হায়বসি হংনবা জ্ঞান মতীক চানা লৈরে। বাফমসি য়াম্না লায়না খঙবা ঙমগনি। ঐ হকচাঙসি নত্তে মরমদি শিবা মতমদা হকচাঙদু ইকায় কায়দনা অদুম লৈ—অদুগা ময়াম্নদিক প্নরি, "ওস্তোকপনিদা, মুপাদু শিরে।" মী অদু অদুম তাদুনা লৈরি। অদু ওইর-বদি মহাক শিরে হায়দুনা কপ্লিবা করিগীনো? মাদি মফম-দুদা তাদুনা লৈরি! মতম অদুদা ঐখোয় জ্ঞান তারকই: হকচাঙদু মীদু নত্তে। অশেঙবা মী অদুদি চৎখ্রে। অঙাং ওইরিঙৈগী হকচাঙদু নহাগী হকচাঙ ওনখ্রে. অঙাং ওইরিঙৈগী হকচাঙদু মাঙখ্রে। মতৌ অসুম্না নহা ওইবগী হকচাঙদু চৎপ্রগা নখোয়মু ঐগুম্না অহল ওইবগী হকচাঙ লৌগনি। হকচাঙদি হোংদুনতা লৈ। চহী চহীগী ওইনা হোংবতা নত্তনা হকচাঙদি মিৎকুপ থুদিংগী হোংলি। অসুম্না হোংজ-রবমু নঙদি মদুদা লেঙদনা অদুম লৈ। মসি খঙবদা লায়না থোকই। হকচাঙসি লৈবনা মরম ওইদুনা ঐখোয় অবা অনা নংলি। মীপুম থুদিংমক্তা অবা অনাদগী নস্তোক্লনবা হোৎনরি—তৌরিবা থবক মখল থুদিংমক্তা হায়বদি শেল-থুমগী ওইনা, রাজনীতিগী ওইনা নত্রগা করিগুম্বা সমাজগী, জাৎতিগী তৌরিবা থবক পুম্বদা অবা অনা নংদনবা মীপুম থুদিংমক্তা লাক্লরি। মসি নত্তনা অতৈ থবক অমত্তা তৌনদে।

জাংতিগী ওইনা, সমাজগী ওইনা, লম্নাই নত্রগা কাণ্ডলুপকী ওইনা ঐখোয় পুম্নমক অৱাবা নংলি, অদুগা অস্তুম্না অৱাবা নংলিবা অসি হকচাঙসিদা লৈবদগীনি।

যোগগী অর্থদি ৱাহং হংবা হায়বনি। ঐ কনানো? ঐ হকচাঙসি নত্তে। ঐ হকচাঙসি নৎত্রবদি কনা ওইবা তারে? ঐদি আত্মা অশেঙবনি। ঐগী হকচাঙ নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংনা তৌরিবা থৎকশিংসি চুঃত্রবদি ঐ ইশানা ইশাবু শক খঙজবা ঙম্লোই—ঐ কনানো হায়ব খংলোই—অদুগা ভগবদগীতাদা ঐখোয়বু য়াম্না পঙবা মী ঙাক্তনি হায়। করিগী অপঙবনি হায়রিবা? ঐখোয়গী হকচাঙ অসি লৈবত্তুনা ঐখোয় অপঙবা ঙাক্তা ওইরি। কনাগুম্বা অমনা মংগী ময়ুমদা লাকপিয়ু হায়না বার্তোন তৌরবা অদুগা নঙনা মযম অদুদা খুদোংথীবনা থম্না লৈ হায়বত্তু খঙলবা অদু ওইরবদি নঙ মকমত্তুদা চৎনীংগত্রা? "ও! চৎলোই" নঙনা হায়গনি, "ঐ মকমত্তুদা চৎলোই।" মকমত্তুদা খুদোংথীবনা থম্না লৈরবদি ঐনা করিগী চৎলুগনি? মসিগুমত্তুনা, হকচাঙ অসিস্তু খুদোংথীবনা থম্না লৈ হায়বা নঙ খঙত্রা? খঙলগদি করিগীদমক্তা হম্না হম্না পোক্তুনা হকচাঙ লৌরিবা? প্রেন তোংত্তুনা পাইবা মতমদা প্রেন কায়ত্তুনা থবায় মাঙগনি হায়না কিত্তুনা লৈগল্লি? প্রেন কায়বদা কিরিবা করিগীনো? মত্তু হকচাঙত্তু লৈবদগীনি। আত্মাদি প্রেন কায়বা অত্তুনা করিমত্তা শোকপা ঙমদে। অত্তুবু নঙদি মতম পুম্বদা অকিবগী ফিভমদা তাত্তুনা লৈ।

আত্মাদি মতম পুম্বদা মাঙবা নাইদনা লৈ, অদুবু হক-চাঙদি তুংকোইনা হিংবা য়ারোই। নঙনা মতম পুম্বদা হিংদুনবা লৈবা অদুগা আত্মানা তুংকোইদবা হকচাঙ লৌরু-বনা মরম ওইদুনা নঙনা অৱাবা নংলি।

ঐখোয়না অরুম লাইহৌনা নাবদগী কোক্লনবা হোৎন-বগুম্না হকচাঙসিদগী কয়ম্না নাম্থোক্লদগে হায়বসি হোৎনগ-দবনি। অরুম লাইহৌ তৌদুনা নারিবা অসি নঙগী তংভাবা পুন্সিগী খুদম নত্তে। তংভাবা পুন্সিদি মুংঙাইবনা থনবনি অদুবু অরুম লাইহৌনা নাবা অদুনা পুন্সিগী মুংঙাইবা ফং-হল্লে। নারবা মতমদা চখোকপা ঙমদে, পোত্থাদুনা লৈরগা অনাবা ফননবা হীদাক লাংথক কয়া চাবা ভাই। অদুবু মতু ঐখোয়না পামদে—“ঐ করিগী অনাবা মী ওইগনি?” অদুবু নঙগী নশাদু লায়না চেল্লে। মসিগা চপ মান্ননা, আত্মাবু হকচাঙ মমুঙদা অঙা অপুন্ননা থম্বা অসি আত্মাদুগীদি লায়না চেনবা ফিভম্নি। লায়না অসিনা নাদুনা অৱাবা নংলি হায়রবা থঙদবা মহাক্তু অপঙবনি। মহাক খ্বাইদগী অচৌবা অপঙবনি।

শাস্ত্রনা হায়, মীপুম খুদিংমক পঙনা পোকপা ঙাক্তনিঃ মরমদি মানা হকচাঙসি লৌদুনা পোকই, মরম অদুনা মহাক অপঙবা অমা ওইনা পোকই। আমেরিকা মচা নৎত্রগা ভারত মচা, হুই নৎত্রগা হৌদোঙ—ওইনীংবা ওইজদুনসু জীব পুম্নমক মসিদগী নাম্থোকপা ঙমদে। নঙ লায়না চেননা

পোক্লক্লে, মহুতনি। "ঐ আমেরিকা মচানি" হায়না নঙনা খল্লবদি মহুস্থ লায়না মখল অমনি; "ঐ ভারত মচানি" হায়না নঙনা খল্লবদি মহুস্থ লায়না মখল অমনি; "ঐ হৌদোঙনি" হায়না খল্লবস্থ লায়না অমনি। নঙ হুই নত্তে, হৌদোঙ নত্তে, ভারত মচা নত্তে, কুচু ঙৌবা নত্রগা কুচু মুবা অমতা নত্তে। নঙ নঙগী আত্মানি—মহুনা নঙগী অশেঙবা নশক্তি! "ঐ আত্মা অশেঙবনি" হায়বা অচুম্বসিবু খঙদবা মী মহাক্কুনা তৌরুবা খবক খুদিংমক্কু মায়থিবতা নংগনি।

প্রভু যীশু খৃষ্টগী পাউতাকস্থ অসিগা মান্নৈ—নঙনা পৃথিবী পুম্বা ফংজরবস্থ নঙগী আত্মাবু মাঙহনজরবদি করি তোংজরি? মীশিংনা মখোয় কনানো খঙদে অহুবু মখোয় অঙাওবগী মতৌগুম্না থবক কম্না শুরি। য়েংউ, মী ময়ামসিনা থবক কম্না শুরি, মখোয় অঙাওবা ঙাক্তনি। মখোয় আমেরিকাগী নত্রগা ভারতকী, জর্মনগী নত্রগা জপানগী অমতা নত্তে। মখোয় অসিগুম্বা জাৎসিগী অমা নত্তে। পৃথিবী কৌবা ওক্তশিংদবশিংগী মফমসিদা লৈরুনবগী তানজা অমা মখোয়দা পীবিরে, অহুনা মসিগী অথন্নবা মফম অমদা পোকপদগী অথন্নবা হকচাঙ ফংজরে—অহুগা মখোয়না মহুগীদমক্তা ঙাওহুনা লৈরে।

ঐখোয়না শেৎলিবা ফিজোল হোংবগুম্না হকচাঙ অসিস্থ হোংই হায়না ভগবদগীতাদা হায়। যোগগী অর্থদি পোৎ-চাক্তী হকচাঙদা আত্মাবু ফাজিন্দুনা থম্লিবা অসিদগী নাম্বোক্লবা

থোঁওং হায়বনি। নঙনা হুন্না হুন্না শেংনবা ফিজোল হোংবগুম্না নঙ হুন্না হুন্না পোকই অমসুং শিরি, মসিনা নঙগী অরাবগী মরম ওইরি। নঙনা মসিবু মুন্না খঙবা ঙমত্রবদি তৌরুরিবা থবক পুম্নমক্কু পোলোইদা মায়থীবতা নংগনি।

যোগগী অর্থদি পোংচাক্কী হকচাঙদা আত্মাবু ফাত্তিন্দুনা থম্লিবসিদগী নাস্থোকহনবনি অদুগা মসিনা তাকপদি নশাগী অশেঙবা নশক খঙবনি। হকচাঙ অসিদি ইমা ইপানা পোকপিবনি। মতৌ অসুম্না, অশেঙবা আত্মা ওইনা, নঙনা হকচাঙসিগী হৌরকফম ওইরি। পোকপা হৌবা অসি অথম্বা মুমিৎ অমদগী হৌবা অদুগা অথম্বা মুমিৎ অমদা লোইবা অসিগী অর্থদা ঐখোয়না লৌদে। মসি নত্তে; আত্মাদি অসুম্না থক তৌদে—মসিগী হৌবা লৈতে, অদুগা লোইবসু লৈতে। ভগবদ্গীতাদা আত্মাদি ঈশ্বরগী অংশনি হায়রি। ঈশ্বরদি লোম্বা নাইদনা লৈবনি, মাদি হয়াও তয়াম্বা মুংঙাইবনা থনবনি। পরম পুরুষ ভগবানগী মওংদি সচ্চিদানন্দ ওইবনি। অদুগা ঐখোয় জীবসু সচ্চিদানন্দ ওইবা ভগবানগী অংশ ওইবনিনা ঐখোয়গী পীবগ্রবা অংশ অদুগী শক্তি মতুং ইন্না ইশাদা সচ্চিদানন্দ অদুগী শক্তক মচেৎ থরা থরদি য়াওজৈ।

মীওইবশিংসি জীবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না লৌশিং শিংবা জীবনি হায়নৈ অদুবু মখোয়গী লৌশিং অদু অরানবা

মায়কৈদা শীজিন্নরি। করম্না শীজিন্নরিবনো? মখোয়না মখোয়গী মশাদা য়াওবা শারমচৎকী হৈনবী অদু চাওখৎনবা হোৎনবদা লৌশিং পুম্বা অথাকপা লৈতনা শীজিন্নরি। শারমচৎকী হৈনবী মরিদি তুম্বা, চাবা, লাবা অমোম তিন্নবা অমম্বং শিগনি কিবা অসিনি। হৌজিক্কী সমাজগী চৎথরিবা মওংসি নৈনদুনা য়েংসিঃ মীপুম খুদিংমক শাশিংনম্ভ তৌবা থবক মথল মরিসি তৌদুনা মখৌ চিনজরি। মখোয় তুমদুনা লৈখোক্লি অদুগা মুংঙাইনা তুম্নবা কুশনগী মোম্পাক শাদুনা পুখোক্লি। চাবগী হৈনবী লৈবদগী অহাওবা মখেল খোংদুনা চারি। মুপী মুপা তিন্নবগী অপাম্বা থুংননবা নীংথিনা তিন্ননবা হোৎনরি। অকিবা লৈবা অত্তগীদমক্তা মখোয়গী মরেবাকপু এটোম বোম কয়া শাদুনা ঙাক্ননবা হোৎনরি।

হায়রিবা খুদমশিংসি শাগী সমাজদম্ভ অদুম থেংনগনি। মখোয় মখোয়গী হৈনবী মতুং ইন্না চারি, তুমলি, মশাবু ঙাকথোকচনবা হোৎনজরি। মখোয়গী এটোম বোম লৈরমদবা য়াই, অদুবু মশা ঙাকথোকচনবা অঙোম্বা পাম্বে লৈজে। নঙনা নঙগী য়েক্লববু হাৎপা ঙম্বা য়াই, নত্রগা মানা নঙবু হাৎথিবস্থ য়াই, অদুনা তশেংনা ঙাকথোকচবা হায়বদুদি লৈতে। নঙনা নশাবু ঙাকথোকচবা ঙমদে, বোম হেক তাবগা বোমগী মৈশাদুনা চাকথেক্লুনা হেক্তা শোকনি। অসিনা পুক্লিগী সমস্যাশিং কোক্লবা পাম্বে নত্তে।

পুন্সিগী সংস্থা কোকপা হায়বদুদি সংসারগী তফা অপুন্নবা পুন্সিদগী লাম্থোকখিবা অসিনি। মদুবু যোগ হায়বদি মশাবু পরমেশ্বরগা মরী লৈনবা হায়না কৌই।

পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী অথোইবা অমা লৈ। জগৎ সংসারগী খুৎশেমসিন্দু ফত্তে—মসিগী মরুমদা নঙগী চান্নবা মরূপ অমা লৈ হায়বসি খক খল্লুদ্রা? নোংদোল ওতিয়াসি নীংথিজে, চান-থক্নবা পোৎ বাস্তনা থোকহল্লি, থানা মাগী থোংলৈ মতুং ইন্না থোক্লি, নুমিৎনা মতম চানা চানা থোক্তুনা ঐখোয়গী হকচাঙ ফননবগীদমক মৈশা পীরি, গ্রহ মণ্ডলশিংদা মঙাল য়েনবীরি। পুন্নমকসি নীংথিনা শীন্দুনা চথরি, অদুবু অপঙ-বশিংনদি থোক্লিবা পুন্নমকসি মথন মথন্তনা ওইজরকপনি, কনাগুম্বা অমনা শীন লাংদুনা তৌবা নত্তে হায়না হায়।

অচুম্বা রাক্ষ্যদি ঈশ্বর, কৃষ্ণ লৈ অদুগা ঐখোয় পুম্বসি মাগী অংশ ওাক্তুনি। ঐখোয়বু মওং অমা নত্রগা অমা ওইনা জগৎসিদা অফা অপুন্ননা থল্লি। অদুবু হৌজিক ঐখোয় মীওইবগী হকচাঙ ফংজরে অদুনা অফা অপুন্নবা খূরৌ অসি-দগী ইশাবু নাম্থোকচনবা হোৎনগদবনি। অদুবু অসিদগী নাম্থোকপা হায়বাসিস্তু ওইথোক্তবনি। নশাদা য়াওজরিবা কৃষ্ণভাবনা অদু য়োকখৎচত্রবদি হকচাঙনা ফাহিন্দুনা সংসার অসিদা থল্লিবসিদগী নাম্থোকপা ঙম্লোই। কৃষ্ণভাবনা অসি খুৎশেমগী নত্তে—মসি খুৎশেমগীনি হায়না খক খল্লুগম্মু। মসি মীওইবা জাৎকী তঙাইফদনা চঙদবা য়াদবনি। কৃষ্ণ-

ভাবনা নত্রগা ঈশ্বরগী ভাবনা অসি নশাদা য়াওজরিবনি। হরিনাম কীর্ত্তন তৌবা মতমদা মী অহুনা য়াম্না পুকচেল শেং-লবদি য়াম্না থুনা যাওশিনলকপা থেংনগনি। থেংনদ্রনে? খুদক্তা অঙাংশিংনা থুবাক থুই, জগোই শাই। মসিদি মাগী মশাদা য়াওবনি, মসি য়াম্না চমই, কৃষ্ণভাবনাসি য়াম্না লায়।

মরম অসিনা, কনাগুম্বা অমনা মশাদা কৃষ্ণভাবনা য়োকখৎচদ্রবদি অফা অপুন্নবা পুন্সিসিদগী মশাবু কনজনবা পাম্বৈ লৈতে। বাকমসি নখোয়না মুন্না খঙজিনবিয়ু। মসি ইথক ইরাংগী থবক নত্তে। মহু নত্তে, মসি অচৌবা বিজ্ঞান অমনি। মসি মমুৎতানা খঙজিনগদবনি। মহুৎদা মীওইবগী মপোক মায়পাকচগনি নত্রবদি মায়থীবতা নংগনি। নখোয়গী অচৌবা লৈবাক অমা লৈবা য়াই, অদুবু মহুনা পুন্সিগী সমস্যাশিংবু কোক্নবা পাম্বৈ নত্তে।

শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা ঐনা ময়ামগী সেবা তৌবা ঙমজরি। হকচাঙ ফত্তবদগী ঐ শোক ১৯৬৭ তা আমেরিকা থাদোকখি; অদুবু হিংবা অমম্বুং শিবা—পুম্নমকসি কৃষ্ণগী ইচ্ছা মথা পোনবনি। ঐনা খল্লম্মী, "ঐ বৃন্দাবনদা হল্লগে, মরমদি বৃন্দাবন অসি কৃষ্ণভাবনা য়াম্না পোকহনবা ঙম্বা অশেঙবা ভীর্থনি।" মফমহুদা হল্লগা কৃষ্ণভাবনাদা লুপ্তুনা শিজরুরগে খনখি। তশেংনা হায়রবদা নখোয়না কৃষ্ণভাবনাগী বাখন্দা লুপ্তুনতা লৈবা ঙম্নবদি মফম অসিদম্বু বৃন্দাবন হেক্তা ওইগনি। বৃন্দাবন হায়না কৌবা মফম অহুতা বৃন্দাবন নত্তে। কৃষ্ণনা

হায়, "ঐ বৈকুণ্ঠ ধামদা লৈতে অদুগা যোগীগী থম্মোয়দসু লৈতে।" যোগীনা থম্মোয়গী করম্বা মফমদা কৃষ্ণ লৈবগে হায়না থিরি। অদুবু কৃষ্ণনা হায়, "ঐ বৈকুণ্ঠ ধামদা লৈতে, যোগীগী থম্মোয়দসু লৈতে।" অদুদি নঙ কদায়দা লৈ? কৃষ্ণনা হায়, "ঐদি ইনাই ভক্তশিংনা ঐগী গুণবু কীর্তন তৌরিবা মফমদুদা লৈ।" মদু বৃন্দাবননি।

মতু চুম্বা মফমদুনা বৃন্দাবন ওইরবদি মফমদুদা ঐ লৈ। মদুদা থেম্নবা অমত্তা লৈতে। বিজুলিগী লৈ ফংবা মফমদু বিজুলিগী মৈনা পুনশিংনা ঊনবা মশানা তাবনি। মসিদি ময়াম্না খঙনরবনি। মতৌ অসুম্ব, কৃষ্ণভাবনা লৈবা মফমদু বৃন্দাবননি। ঐখোয়না হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র শোনজরবদি কৃষ্ণগী কৃপানা ঐখোয়সু বৃন্দাবন শেম্বা ঙমগনি। মসিগী কৃষ্ণভাবনা হায়রবসি মপুং ফাহল্লু, মসিগী মরুম থুপ্পা লৈরিবা দর্শন অসি খঙনবা হোৎনবিয়ু। মসি বিজ্ঞান অমনি, নাপল তৌদুনা পঙতাঙ তাঙবগী বা নত্তে। ঐখোয়না তাঙ-লিবসি লৌরিবা রাখল ফিদম অদুগী মতুং ইন্ননি।

কৃষ্ণভাবনাসি মীওইবা সমাজগী চঙদ্রবা য়াদ্রবা অচৌবা মচাক অমনি। মসি খঙনবা তম্বীয়ু অদুগা মসিগী মতীক মগুণ থাগৎপা ঙম্বা হোৎনবিয়ু, রাখলনা খঙনবা শাগৎপিয়ু, জ্ঞানসিবু শিজিন্নবিয়ু—অদুদগী মসি মীয়ামদা তাকপি তম্বিয়ু। মসিদি য়াম্না চম্মই। নঙনা অপরাধ তৌদনা

হরিনাম মহামন্ত্রসি শোল্লবদি পূম্নমক থম্মোয়মুংদগী ফোঙ-দোকপিরক্নি মরমদি কৃষ্ণদি নঙগী থম্মোয়মুংদা ভাম্মোইদুনা লৈরিবনি। নঙনা কৃষ্ণগী মফমদা অচেৎপা থাজবা থম্লবা অমসুং কৃষ্ণবু খঙবদা তশেং তশেংনা উহনবা ঙম্বা পাম্বৈ ওইরিবা গুরুগী মফমদসু অচেৎপা থাজবা থম্লবদি কৃষ্ণবু শোয়দনা উগনি। নঙনা ঈশ্বরবু চেৎনা থাজরবা, অদুগা নঙোন্দা কৃষ্ণভাবনা তম্বীরিবা মতীক চারবা গুরুদেবগী মফমদা অচেৎপা থাজবা থম্লবদি মদুগী ফল ওইনা বেদ শাস্ত্রগী বাফম পুম্নমক অচুম্বা মওংদা নঙোন্দা লোইনা ফোং-দোরক্নি।

মসিগী থৌওংসি আধ্যাত্মিকনি; মসিদা সংসারগী ওইবা গুণ অমত্তা দরকার লৈতে। আত্মজ্ঞানী ওইবশিংগী বাখলদু মায়ানা কূপশিন্দুনা লৈ অদুনা অরেম্বদা মথোয়না মতম মাঙহল্লি। মথোয়না হিরমসিদা তাবপা ওম্বীবগী থবক কয়া চপ্তরবসু মথোয় হাম্নগী অপঙ যদুহ ওইনা অদুম মরৈ। অদুগা ঐথোয়গী কৃষ্ণভাবনাদা য়াওরিবা শিষ্যশিংগী পুন্সিদা অহোংবা অমা মশাদা ফাওজৈ—মশাদা মুংঙাইবা ফাওজৈ অদুগা তগৎ তগৎপা নহা ওইথোরকই। মসি তশেংবনি।

অদুনা মুংশিরবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা কৃষ্ণভাবনা অসি য়াম্না থরায় য়াওনা পায়থৎপিয়ু হায়না। ঐনা হায়জ-নিংই, অসুম তৌরবদি নখোয় হরাও তয়াম্না পুন্সি লেনগনি —পুন্সি অসিসু মপুঙ ফাবা ঙমগনি। মসি বাজাও ভাঙবগী

বা নত্তে। মকমসিদা ঐখোয়না লাক্লিবসি শেল খোমজিনগে হায়রুনা লাকপা নত্তে। শেলদি কৃষ্ণনা বাত্তনবা পীরি। ঐনা ভারতত হংগংহন্দা চৎলি, ঐদা নত্তনা ঐগী শিষ্যশিংসু লোয়নরুনা চৎলি। ইনাকখুনবা মী অমগী খরচ য়াম্না চৎলি; অমুক অমুক চৎপদা ডোল্লর লীশিং তরারোম চঙই। ঐখোয়গী ইথৌদি কৃষ্ণগীদমক তৌবসিনি অদুনা মানা পীবিরকনি। শেল বদায়দগী লাকপনো হায়বা ঐ খোইনা খঙদে, কৃষ্ণনা পীরকপনি। কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা মতমদা নখোয় নুংঙাইগনি। নখোয়দি নহা ঙাক্তনি; নখোয় নরৈবাক নজাতিগী পোমশাৎনরিবা লৈরাং ঙাক্তনি। খাইদগী পুমথোই খোইবা কৃষ্ণভাবনা কৌবা যোগসি সাধন তৌ। নুংঙাইয়ু অমসুং অতৈবুসু নুংঙাইহল্লু। মসিনা পুন্সিগী তৌগদবা অশেংবা থবক্নি।

—:(O):—

৫

# ঐখোয়গী অশেঙবা পুন্সি

মী লৌশিং চা কয়াগীময়ক্তা কনাগুম্বা মীশক অমনা মপুন্সিবু মপুঙ ফাহনগে হোৎনৈ হায়না ভগবদ্গীতাদা তাকপিরি। মীওইবস্তু শানি, অদুবু মঙোন্দা ডৈতে শাশিংদা পীদবা অথোইবা খুদোল অমা পীরি মদুদি—রাখল থনবা ওয়নবা বুদ্ধি। অসিগুম্বা রাখল থনবা ঙম্বা বুদ্ধিসি করিনো? অফ-ফত্তা অচুম-অরান লেপ্পা ঙম্গী শক্তি অমস্তুং তর্ক অসিনি। অফ-ফত্তা অচুম-অরান লেপ্পা ঙম্গী শক্তিসি হুই অমস্তুং হৌদোঙগী মকমদস্তু লৈজে। হুই অমা ননাক্তা চঙশিল্লকপা মতমদা নঙনা "হুইট" হায়না লাউবা মতমদা মানা খঙই। হুইহুনা মাবু চঙহন্নীংদে হায়বদু খঙই। অদুনা মঙোন্দস্তু অফ ফত্ত খঙনবগী শক্তি থরদি লৈজে। অদু ওইরবদি মীওইবগী হকচাঙদা পীরিবা অফ যত্ত অচূম অরান খঙনবগী অথম্বা শক্তিদু করিনো?

হকচাঙগী দরকার ওইবশিংগী মরমদদি শাশিংগী মকমদস্তু খঙবা ঙম্বগী শক্তি য়াওজে। হৌদোঙ অমনা চাকথুমদগী শঙ্গোম থরা হুরান্দুনা থক্লিংলবদি মঙোন্দা মদু থক্লবগী চপ চাবা রাখল লৈজেঃ মানা মতম পূম্বদা মপু লৈতবা তাঙ্গা

ঙাইহুনা শঙ্গোমহু থক্লনবা লাক্লে। মরম অসিনা শাশিংনসু তৌবা শাজং মরি হায়বদি—চাবা, তুম্বা, মচা মশু পোকপা অমসুং নশাবু খূদোংথীবদগী কঞ্জবা—হায়রিবা শাজংশিং-সিদি শাশিংদসু থডবা ঙম্বগী শক্তি য়াওজে। মীওইববু য়াথল থনবা ঙম্বা শানি হায়না ময়াম্না কৌনরিবসি বরি করম্বা অথন্নবা য়াথল থনবগী শক্তি চেনবদগী কৌনরিবনো?

মসিগী অথন্নবা য়াথল থনবা ঙম্বগী শক্তিদি "করিগী ঐনা অয়াবা নংলিবনো?" হায়বা য়াহংসি হংবসিনি। মসিনি মীওইংগী মপোক্তা পীরিবা অথন্নবা শক্তিহু। শা-শিংসু অয়া অনা নংলি, অদুবু অয়াবহু করম্বা পাম্বৈনা কোকহনগদগে হায়বা থডদে। অদুগা মীওইবশিংদি বৈজ্ঞা-নীককী লমদা, দর্শনীককী মায়কৈদা, সংস্কৃতি অমসুং হর্ম্মগী মায়কৈদা হায়বদি তোঙান তোঙানবা লম্বীদা য়াম্না থুমাঙ চাওখৎলকই মরমদি মখোয় মুংঙাইবা পাম্মী। "মুংঙাইবা কদায়দা লৈবগে?" অসিগুম্বা হেন্না নুংঙাইনীংবগী অপাম্বা অসি মীওইবশিংদা পীবিরি। মরম অসিনা ভগবদ্গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "মী লীশিং চা কয়াগী মরক্তা কনাগুম্বা অমথক্তা ঐবু থডবা য়াই।"

অয়াম্বগী ওইনা মীওইবশিংসি শাগুম্না পুন্সি জেল্লি। মখোয়না হকচাঙগী দরকার ওইবশিংগী মচাক পীনবা হোৎ-নবা অসিদগী হায়বদি—করম্না চাগনি, করম্না তুমগনি, করম্না মচা পোক্কনি অমসুং খূদোংথীবদগী করম্না মশাবু

কনজগনি হায়বসিগী বাংমদা করি লৈবগে হায়বহু খঙজদে। ভগবদ্গীতানা হায় মহুদি অসিগুম্বা শাগুম্না পুন্সি লেন্নিবা মী লীশিং লক্ষ্য কয়াগী মরক্তা কনাগুম্বা মীশক অমনা "ঐনা করিগী অবা অনা নংলিবনো?" হায়বা বাহংসি হংলকই। "ঐনা করিগী অবা অনা নংলিবনো?" হায়বা বাহংসি মানা হংই। ঐখোয় অবাবা নংনিংদে অহুবু ঐখোয়গী ইথক্তা অবাবা হেক্তা নমহুনা তাহল্লি। ঐখোয় কাহেন্না ইংবা পামদে, অহুবু য়াম্না ইংবা নত্রগা য়াম্না শাবা অসি ঐখোয়দা নমহুনা হেক্তা পীশিল্লকই।

অসিগুম্বা বাহংসি হংনবগী জ্ঞান পোক্লকপা মতমদা মহুবু ব্রহ্ম জিজ্ঞাসা হায়না কৌই। মসিগী বাফমসি বেদান্ত-সূত্রদা থেংনৈ। বেদান্তসূত্রগী অহংনবা শ্লোকতা হায়রি মহুদি হৌজিক ঐখোয়না মীওইবগী মপোক ফংজরে অহুনা মসি সংসারগী অবা অনাসি করম্না কোক্নদগে হায়বা বাহংসি হংননবগীদমক্তা শিজিন্নগদবনি।

মীওইবগী মপোক্তা পীরিবা ব্রহ্ম জিজ্ঞাসাগী জ্ঞান অসি অফবা সঙ্গী মতেঙ নত্তনদি ইরায় লায়না য়াকায়হনবা ঙমদে হায়না শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরি। অহুনা ঐখোয়না কৃষ্ণ-ভাবনাগী আন্দোলন লৌংথংলিবসিনি। পুন্সিগী অকারম থিননবগী মরম নৈনরিবা অফবা সঙ্গ তৌজরবদি মীওইবগী হুকচাঙদা পীবিরিবা অথন্নবা বাখল থনবা ঙম্বগী শক্তি অহু মশাদা পোক্লকনি। অসিগুম্বা বাখল অসি মপুক্লিংদা হেক

পোকলদ্রিবমখৈদি মানা তৌরু তেরুবা থবক খুদিংমক্কু মায়থীবতা ওইগনি হায়বসি খঙজগদবনি। মানা লেল্লিবা পুন্সি শাগী পুন্সিনি। "ঐ কনিগী অৱাবা নংলি? ঐ কনানো? ঐ অৱাবা নংহুনা লৈনবগীরা? ঐ থুদোংথীবা তাদনা হিংনবগীরা?" হায়বা ৱাহংশিংসি হংলবা মতমদদি অসু শাগী পুন্সি নত্রে।

প্রকৃতিগী আইন অমত্তুং লৈবাক্কী নিয়ম ঙাক্না চৎপদা অৱাবা কয়া নংলি। অৱাবশিংসিদগী নাম্থোকপতনা ইনীং ইথা তম্বা হায়বহু ওইগনি। বেদান্তসূত্রদা আত্মা হায়বদি ঐখোয়গী অশেঙবা ইশক অসি মহৌশানা হৱাও তয়াম-তুংদা লৈ হায়রি। অদু ওইরবসু গ্রাদ অৱা অনা নংলি। শ্রীকৃষ্ণনা মথা তানা তাকপিরকই মতুংদ হনাগুম্বা অমনা অসিগুম্ব ৱাহংসি হংবা হৌরক্লবদি মহাক্কি ঈশ্বরদা চঙজ-রকই। অসিগুম্বা ৱাহং হংবা হৌরক্লিবা মীওইশিংসি পুন্সিবু মপুঙ ফানবগী লম্বীদা চংলবনি। অদুগা ঈশ্বর কনানো অমসুং ঐখোয়গা লৈনরিবা মরীদু করিনো হায়না হংবা মতমদা ঐখোয়গী পুন্সিগী অরোইবা পম্বুং য়ৌরগনি।

মী লীশিং লক্ষা কয়াগী মরক্তা কনাগুম্বা মী অমথক্লা পুন্সিসিবু মপুঙ ফাহনগে হায়না হোৎনরকপা য়াই, অদুগা অসুম্না হোৎনরক্লিবা মী লীশিং লক্ষা কয়াগী মরক্তা অমূক মী অমথক্লা শ্রীকৃষ্ণবু মশক খঙজবা য়াই হায়না শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরি। অদুনা কৃষ্ণবু মশক খঙবা হায়বসি য়াম্না লায়না

খোক্তে। অদুবু মসি খ্বাইদগীসু লায়। মসি লায়বা নত্তে, অদু ওইজরবসু খ্বাইদগী লায়। তাক্লিবা নিয়মশিংদু ঙাক্না চৎলবদি খ্বাইদগী হেন্না লায়না থোকই।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র শোনবগী নিয়মসি হৌদোকপিরম্লে। মসি মহাক মশামক্না তশেংনা হৌদোক্লম্বা নত্তে; মসি শাস্ত্রদা হান্না য়াওরম্লবনি। অদুবু মহাক মশামক্না নিয়ম অসি অসুম্ব তৌগদবনি হায়না ময়ামদা তম্বীদুনা শন্দোকপিরম্বনি। আত্মাবু মশক খঙন-বগীদমক্তদি মসিনা যুগ অসিগীদি খ্বাইদগী অরায়বা পাম্বৈনি। ইচম চম্না হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র শোনবা অসিনি। মসিদি মীপুম খুদিংমক্না তৌবা য়াই। ঐনা তৌরিবা ক্লাসসিদা থিল্লিবা ময়ামসিগী মরক্তা ভারততগী লাকপসি ইথন্তা ওইরমগনি খল্লি। ঐগী শিষ্যশিংসি আমেরিকা মচা ঙাক্তনি অদুবু মখোয়না নাম শোনবা অমসুং হরাওনা জগোই শাবা অসিদা নীংথিনা য়াওদুনা শরুক য়ারি। মসিনা তাকপদি নাম শোনবগী থৌওংসি লৈবাক অমদা, মতম অমদা হেক্তা তৌবা য়াই হায়বসিনি। মরম অসিনা মসি খ্বায়দগী লায়বনি। নখোয়না ভগবদ্গীতাগী দর্শন খঙদবা য়াই। মসিসু থোইনা লুবদি নত্তে; অদু ওইরবসু, মদু খঙজদ্রবসু ইরায় লায়না হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ হায়না শোনবদি অদুম ঙমগনি।

ঈশ্বরবু, কৃষ্ণবু মশক খঙগে হায়রবদি মাগী নাম শোনবা অসিনা অহৌবনি। খ্বায়দগী লাইনা হৌবদি—ইচম চম্না হরিনাম শোনবা অসিনি। ঐখোয়গী ইস্কোন সংস্থান-

সিদা য়াওবা শিষ্য কয়ামরুম লৈরে। সংস্থানসি চহী অম-রোমগী মমাঙদা হংখৎপনি; অদুবু ইচম চম্না হরিনাম শোন-জবা অমসুং কৃষ্ণগী কৃপানা শিষ্যশিংগী মরক্তা থরদি য়াম্না খুমাঙ চাওখৎলক্লুনা ঈশ্বরগী মরমদা বা ঙাঙবা ঙম্লে অমসুং মীনা হংলকপা বাহংশিংগী পাউখুম লায়না পীবসু ঙম্লে। অদুনা ঈশ্বর ধ্যান তৌবগী থ্বাইদগী লাইবা পাম্বৈদি নাম শোনবসিনি।

মী লীশিং লক্ষা কয়াগী মরক্তা কনাগুম্বা অমথক্তা মাবু মশক থঙবা ঙম্মী হায়না শ্রীকৃষ্ণনা হায়। অদুবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হৌদোকপীরম্বা হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র শোনবগী থৌওং হায়বদি—নাম শোনবা অমসুং জগোই শাবা—অসিনা অতেনবা মতমগী মনুংদা কৃষ্ণবু থঙবা ঙমগনি। জ্ঞান হায়বদুদি কৃষ্ণদগী হৌবা নত্তে, ঐখোয়না হুমিং খুদিংগী তোয়না তোয়না উনরিবা থেংনরিবা পোৎশিংদগী খঙবা হৌগদবনি।

লৈবাক অসি য়াম্না অপোবা পোৎনি। শোকপা মতমদা মসিগী অকনবা থেংনগনি। অদুবু লৈবাকসিনা হেম্না কৃপথগ্রগা ঈশিং ওইরে অদুগা থুংনা শোকপদা য়াম্না থোংলে। অদুদগীদি ঈশিংদগী মৈনা অমুক কৃপ্পা হেল্লে। মৈ নম্বগা বিজুলিদগী মুংশিংনা অমুক হেম্না কৃপ্পে। আকাশ লাম্থোক্লগা পুক্লিংনা হেম্না কৃপ্পী, পুক্লিংদগী লৌশিংনা হেম্না কৃপ্পী। লৌশিংগী পম্খৈ লাম্থোক্লুনা আত্মাবু থঙগে হায়র-

বদি মতুনা অমুক হেন্না কূপখ্রে। হায়রিবা পোৎলমশিংসিদগী মীওইবনা তোঙান তোঙানবা বিজ্ঞান কয়া পুথোকখ্রে। বৈজ্ঞানীক কয়া কয়া লৈখ্রে, খূদম ওইনা, লৈপাক লৈহাওগী মরমদা থিজিন খোৎচিনবা কাঙবু; মখোয়না অকরুবা মফম অমগী লৈবাক অতুবু চাংয়েং তৌদুনা কূপ্পা নৈনরগা মফমতুদা করম করম্বা থনি ফংই হায়বতু হাযবা ভস্মী। থরনা লুপা থিরি, থরনা সনা থিরি, থরনা নোংদার থিরি। মাসদি অপোৌবা পোৎচাক পৃথিবীগী মরমগী জ্ঞাননি। মথাতানা হেন্না কূপথবা পোৎশিং নৈনরকপদা চৎশিং নত্রগা মহীলাংবা পোৎশিংগী মরম হায়বদি পেত্রোল অমসুং য়ু-নচিংবগী মরম নৈনরকই। মথাতানা চৎরগ চৎশিংদগী মৈ নত্রগা মিংলি য়োৌনা নৈনবা হৌরকই। বিজুলিগী মরম নৈনবা মতমদা লাইরিক মথল মথা কয়ামরুম নৈনরকপা তাই। অসিগুম্বা অকূপ্পা মৈ মথল অসিদগী মথা তাগ্রগা মুংশিংকী মরম নৈন-গনি। ঐখোয়গী এরোপ্লেনশিংসি হান্নদগী য়াম্না হেন্না ফনা শেম শারে; ঐখোয়না মখোয়সিনা করম্না পাইবা, করম্না শাবা হায়বসি নৈনরি—অতুনা হৌজিক জেট প্লেন অমসুং স্পুটনীকনচিংবা কয়া হেন্না হেন্না পুথোক্লরক্লি।

মথঙদা আকাশকী মরম নৈনবা হায়বদি এলেক্ট্রোনীক্কী মরম নৈনবদা পোৎ অমদগী পোৎ অমদা মওং হোংদোকহনবা অসি লাকই। অতুবু মসিদগী অমুক হেন্না কূপ্পদি পূক্নিংগী মরম নৈনবা হায়বদি মনো-বিজ্ঞান অমসুং মনোরোগবিদ্যা লৈরি। লৌশিংগী হায়বদি

ঋাখত হৌরক হুম্বগী মরমদদি ভাবনা পঙশা শাবা নত্তনা করিমতা থংবা ঙমদ্রে। অদু ওইরবদি আত্মাগী মরমদি করম তৌবা তাগে? আত্মাগী মরম তাকপা বিজ্ঞান লৈব্রা? সংসারগী বাগন্দা লূপ্পা মীতাশিংগী দি মসিগী মরম খঙনবা বিজ্ঞান অমত্তা লৈতে। সংসারগী বিজ্ঞান অসিনা আকাশ, পুক্লিং অমসুং লৌশিংগী মরম খঙননবা নৈনবদা থুংনাও য়াম্মা চাংথংলে অদুবু মসিগী মথাওনা থিবগী থবক্তুদি করিমত্তা থুমাও চাওশিনবা ঙমদে। লৌশিংগী পদ্ধে ৱাংমা লানথ্রগা মথঙদা করি লৈ হায়বা মখোয়না খঙদে। অদুবু মদুগী মথাদা করি লৈ হায়বদু ভগবদ্গীতাদা য়াওবা থেংনগনি।

ভগবদ্গীতাগী অহৌবা মতাঙদি লৌশিংগী পদ্ধে লানবা অদুদগী হৌই। ইহান হানবদা অর্জ্জুননা চময়রকপা মতমদা মাগী লৌশিংদু চময়রক্তুনা লান শোক্লগদ্রা শোক্ল-রোইদ্রা হায়বা লেপচবা ঙমখিদে। লৌশিংনা শোয়রকপা মতাঙ অদুদগী কৃষ্ণনা ভগবদ্গীতা তাকপা হৌই। আত্মাগী জ্ঞান করম্না খঙবা হৌই। মসিদি অঙাংনা শান্নবগুম্বনি। হৌজিক অঙাং অসিগী হকচাংসি য়াম্না পীকই হায়বা ঐখোয়না খঙই অদুবু অঙাং অসি নোংমদি চাউরক্তুনা ঐগুম্বা নত্রগা নঙগুম্বা মী অমা ওইরক্কনি। অদুবু অঙাংদুগী হকচাংদা য়াওরম্বা আত্মা অদুদি অহনগী হকচাং ওইরকপদসু অদুম ময়াওরি। অদুনা লৌশিংগী মতেঙনা হকচাং অসি হোংলবসু আত্মাদি লেঙদনা অদুম লৈ হায়বসি খঙবা ঙমই।

অপিকপা অঙাংগী হকচাঙ লৈরম্বা আত্মা অদুনা অহন ওই-রকপা মতাঙ য়েৌবা ফাওবা অদুম লেঙদনা লৈরি। মরম অসিনা আত্মাদি লেঙদবনি হায় অদুগা অতৎপা লৈতনা হোং-লিবদি হকচাঙতনি। মসিদি খঙবদা য়াম্না লাহবা পোৎনি। হকচাঙসিগী ইরোই লোইবা অহোংবদু শিবা হায়না কৌই। হকচাঙনা মিৎকুপ খুদিংগী, পুংজা খুদিংগী, মুমিৎ খুদিংগী হোংদুনতা লৈ অদুগা অরোইবগী অহোংবদি মাগী হকচাঙদুদা লৈদুনা থবক তৌবা য়াদবা মতমদা ওই অদুনা অতোপ্পা হকচাঙ অমা অমুক লৌবা তাই। ঐনা শেৎলি চারিবা ফিজোলসি য়াম্না শেগায়বা নত্রগা য়াম্না মনবদগী শেৎপা য়াদ্রবা মতমদা ঐনা অনৌবা ফিজোল অমা হোংবা অসি-গুম্বনি। হকচাঙ অসিনা অহল ওইমল্লবা নত্রগা মথা তানা থবক চথবা য়াদ্রবা মতমদা ঐনা অতোপ্পা হকচাঙ অমা হোংবা তাই। মদুবু শিবা হায়না কৌই।

ভগবদগীতানা হৌবসি আত্মজ্ঞানদগীনি। আত্মাদি মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈবনি অদুগা হকচাঙদি হোংবা নাইবনি হায়বসি খঙবা মীদি খরতনি হায়বসি নখোয়না থেংনরক্কনি। মরম অসিনা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়, মদুদি মী লৌশিং লক্ষা কয়াগী মনুংদা কনাগুম্বা অমথক্তা মসি খঙবা ঙম্মী। অদু ওইরবসু জ্ঞান অদুদি অদুম লৈ। মদু খঙনীং-লবদি থোইনা লুনা থোক্লোই। মদু নঙনা খঙবা ঙমগনি।

হৌজিক মথঙদা সংসারগী পোৎচাকশিংগী মনুঙদা খ্বাইদগী কুপ্পা অহঙ্কার অসিগী মরম খঙনবা থিজিনবা তাই।

অহঙ্কার হায়বসি করিনো? ঐ আত্মা অশেঙবনি, অদুবু ঐগী লৌশিং অমসুং পুক্লিংনা ঐবু সংসারগী পোৎচাকশিংগা মরী লৈনহল্লি অদুনা ঐ ইশাবু পোৎচাক্লা শাবনি হায়না খনজরি। মসি অরানবা অহঙ্কাররনি। ঐদি আত্মা অশেং-বনি অদুবু ঐ পোৎচাক্কী হকচাঙ অসিনি হায়না লান্না ইশক তাকচরি। খুদম ওইনা, ঐগী ইশক তাকপদা অথম্নবা লম অমা ঐ ইশানি খনবদগী ঐ ভারত মচানি নত্রগা ঐ আমে-রিকা মচানি হায়না ইশক তাক্লি। মসিবু অহঙ্কার কৌই। অহঙ্কার হায়বগী অর্থদি আত্মা অশেঙবনা পোৎচাক্কা শোক্ক-শম্নবা মতাঙ হায়বনি। মদুগী তিন্নফমদু অহঙ্কাররনি। হায়-রিবা অহঙ্কার অসিনা লৌশিংদগী হেন্না কৃপ্পী।

প্রকৃতিগী পোৎচাকসি মখল নিপান শুই হায়না শ্রীকৃষ্ণনা হায় মদুদি লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, আকাশ, পুক্লিং, লৌশিং অমসুং অহঙ্কার। অরানবা অহঙ্কার হায়বগী অর্থদি মশক লান্না তাকপা হায়বনি। মুমিৎ খুদিংগী, মিৎ-কুপ খুদিংগী ঐ পোৎচাক্লা শাবা নত্তে হায়বসি উরবসু পোৎচাক্লা শাবনি হায়না খন্দুনা ইশাগী শক্তম লান্না তাকপা অসিদগী সংসারগী পুন্সি হৌরিবনি। আত্মাদি মতম পুম্বদা লেঙদনা লৈরি অদুগা পোৎচাক্লা মতম পুম্বদা হোংদু-নতা লৈ। অসিগুম্বা অরানবা খাখল, মায়া অসিবু অহঙ্কার হায়না কৌই। অরানবা অহঙ্কার অসিদগী নাস্তোকপা ওম্বা

মতমদা মুক্তি ফংজরবনি। অদুগুম্বা থাক অদু করি কৌই ? অহং ব্রহ্মাস্মিঃ ঐ ব্রহ্মনি, ঐ আত্মানি। অদুনা মুক্তিগী অহৌবনি।

অশেংনমক কনাগুম্বা অমা অরুম লাইহৌই হৌ। নাবা য়াই অদুগা অইং অশাগী চাংদু ৯৮·৬ য়ৌনা চপচাবা ফিভমদা হন্থরকপা য়াই। থৌজিক অইং অশাগী চাং চপচাবা ফিভমদা লৈরে অদুবু নদুনাদ অনাবদু ফবা নত্রে। মুনিং।নিংনিদং ডিগ্রি ৯৮·৬ তা লৈবা য়াই, অদুবু চিঞ্জাক খজিক্কুং ওনবদা, লমচৎ শাজৎ খজিক্কুং হোংবদা ডিগ্রি ১০০ হেক্তা য়ৌথিবা য়াই। অদুদগী অমুক তাথরকপম্মু য়াই। মতৌ অম্মুম্না, ঐ হকচাঙসি নত্তে, ঐ পোংচাক্লা শাবা নত্তে, ঐ আত্মানি হায়না হায়দুনা অরানবা অহঙ্কারবু থাদোক্তুনা পুক্নিংবু শেংদোকপতনা মুক্তি ফংবা কৌবা য়াদে। অদুদি মুক্তিগী অহৌবা মতাংঙনি। অসিগুম্বা থাকসিদা লেংদনা লৈদুনা মথাতানা চথরবা হায়বদি থবক ইনথাং শূনা শূনা হকচাঙগী অইং অশাগী চাং ৯৮·৬তা থম্বা ঙম্বা মতমদা মীদু মশা ফবা অনা অয়েক চেন্দবা ওইবগুম্না ফিভম কায়দনা লৈবা ঙমগনি।

থুদম ওইনা, নোংচুপ লৈবাক্তা ময়ায়কাবা পোং শীজিন্নবগী তোকঙা অমা শন্দোরক্লি। মীশিংনা হকচাঙ লৌদুনা হিংলিবনি হায়বসি কাউথোকপা পাম্মী। অদুবু কয়াম কুইনা কাউথোকপা ঙমগনি ? হান্নগী ফিভমদা অমুক তেক্তা হঙ্জিল্লক্কনি। ময়ায় কাবা পোং শীজিন্নরে হায়রগা পুং অমা নত্রগা অনিদি ঐ হকচাঙসি নত্তে হায়দুনা ঙাইহাক কাউথোকপা য়াই। অদুবু জ্ঞানগী মতেঙনা নশানা নশাবু

শক খঙজবগী থাক্তা লৈত্রবদি মথা তানা কুইনা কাউথোক্তুনা লৈবা ঙম্লোই। অদুবু মীপুম খুদিংমক্না "ঐ হকচাঙসি নত্তে" হায়না খন্নবা লাক্লি। মশাবু হকচাঙ অসিনি হায়না মশক তাকপদগী অৱা শনা কয়াসি নংলিবনি হায়বা মখোয়না পেংনজরে অদুনা "ঐ হকচাংসিনি হায়বা অসিদং কাউবা ঙমজরবদি?" হায়না মখোয়না লাক্লি।

মসিগী ৱাখল অসি চুমদবা ৱাখলনি। নশাগী অশেঙবা নশক খঙবা ঙম্বা মতমদা ইচম চম্না ঐ ব্রহ্মননি হায়না খঙবা অসিতনা করিমতা কান্নরোই। নশানা ব্রহ্মন ওইবগী থবক পায়খৎচগদবনি। অদু নত্রবদি অমুক হন্না লৈথা তাগনি। থাগী লৈবাক্তা চৎননবগীদমক্তা ৱাংনা পাইবা অসিনা পান্বি ওইগদবা নত্তে। হৌজিক অপঙবা কাঙবুশিংনা থাগী লৈবাক্তা কাননবা কন্না হোৎনরি অদুবু মখোয়না পৃথিবীদগী মাইল ২৪০,০০০ ৱাংনা পাইথৎলুরগা থাগী লৈবাক শোকলুরগা অমুক হেক্তা হল্লকই। মদুদা মখোয়না য়াম্না চাউথোকচরি। নোংদোল অতিয়াগী মৱমদা কয়া খন্ন নৈনরিঃ মীয়াম তিনবা মিটিং অমসুং কনফরেন্স কয়া তৌনরি। অদুবু মখোয়না করি তৌরে? হাংলবা অতিয়া অসিদা মাইল ২৪০,০০০ ৱাংনা পাইথৎলগা করি কান্নি? মাইল ২৪০,০০০ ৱাংনা পাইথৎলবসু মদুগী ঙমথৈ নাইরি। মসিনা করিসু কান্নরোই। অৱাংবা লমদা কাগে হায়রবদি মফমদুদা লেঙদবা লৈফম অমা লৈগদবনি। অদুগুম্বা মফম লৈরবদি অমুক লৈথা তারক্লোই।

লেঙদবা মফম লৈত্রবদি লৈথা শোয়দনা তারক্নি। এরোপ্লেন্না য়াংনা মাইল ৭ | ৮ য়াংনা পাই অহুবু খুদক্কা মথাদা হেক্তা কুমথরকই।

অহুনা অহঙ্কারবু মশক খঙবা অসি অরানবা নশক খঙবা অহু নত্তনা করিস্তু নত্তে। ঐ পোৎচাক্লা শাবা হকচাঙসি নত্তে, ঐ আত্মানি হায়বা খঙবসিনা পুন্সিগী মপুঙ ফাবা নত্তে। নিরাকারবাদী অমস্তুং শূন্যবাদীশিংনা ঐ থবায় য়াওদবা পোৎচাকসি নত্তে, ঐ হকচাঙসি নত্তে হায়হুনা সংসারসি চুমদবা ওইনা খন্দুনতা লৈ। মসিনদি কুইবা য়ারোই। নঙ পোৎচাক্লা শাবা নত্তে হায়বসি খঙবত্তা নত্তনা আধ্যাত্মিক থামদা নশাগী তৌগদবা নথৌ ংমা তৌহুনা লেনবা তাই। অহুগুম্বা আধ্যাত্মিক থাম ভহুদি কৃষ্ণভাবনাদা লৈরগা য়ৌগদবনি। অহুগুম্বা আধ্যাত্মিক থাম, অহুগা ঐখোয়গী অশেঙবা পুন্সিগী ইখৌ তৌবা অহু কৃষ্ণভাবনা হায়বহুনি।

অরানবা অহঙ্কারগী মরম ঐনা হান্ননা তাকখ্রে। মসি পোৎচাকস্তু অমস্তুং আত্মাস্তু অমতা নত্তে—মসিদি অনীগী তাইনফমনি হায়বদি আত্মানা পোৎচাক্কা শম্নরকপা অহুগা মশাগী অশেঙবা শক্তম্বু কাউথোকপা মতাঙ অহুনি। মসিদি ঙাওনা নাবা লাইনাদা মী অমা লায়না অসিনা নাবদগী মী অহুগী থোপ থবক নীংথিনা তৌদহুনা চময়রকই অহুদগীদি মহাক মশানা মশাবু অস্তুম অস্তুম কাউবা হৌরকই অহুগা

মহাক্কু অঙাওবা মী ওইরবই। মহাক অশংবা অশাবু অদুম অসুম কাউজরকই। মহুদা জ্ঞান মাঙংগী অহৌবা মতাঙ লৈ অদুগা মানা কাউবা মতাঙ অমসু লৈ। মহুগী অহৌবা মতাঙ অদুবু অহংকার নত্রগা অরানবা ইশক হায়না কৌই।

হরিনাম মহামন্ত্র—হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে; হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে হায়বা মহামন্ত্র শোনবা অসিনা মশাগী অরানবা শক্তম অসিবু মাংহন্দুনা লোইশিনবতা নত্তনা মসিগী মথা তানা চৎথিদুনা অশেংবা আত্মা অদুনা মাগী সচ্চিদানন্দ ওইবা শক্তমদা লৈদুনা ঈশ্বরগী মফমদা প্রেমসেবাগী মতাঙ হন্দু ফাংবা য়োৎনা পুশিংবি। মতাঙ অসি য়োৎবা অসিনা পোকপা শিবগী চক্রদা প্রকৃতিগী থৌশিন মথাদা জীব মথল কয়া কয়া ওইনা পোকুনা লৈরিবা জীব পুম্নমকপু পুন্সিগী পন্থং তাম্না লমজিংবা খুৎইদগী অরাংবা জ্ঞান পোকপগী থাক্নি।

—:(০):—

৬

# হরে কৃষ্ণ মন্ত্র

হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে; হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে হায়রবা দিব্যনাম শোন্নবসি ঐখোয়গী দিব্যজ্ঞানবু নৌহৌননা য়োকখৎনবগী অথোইবা পাদ্বৈনি। আত্মা ওইনা ঐখোয়সি মহৌশানা কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা জীব ওাক্তনি অদুবু নীংশিংবা থোক্লবা মতমগী প্রকৃতিগী পোৎচাকশিংগা সঙ্গ তৌনা মায়াগী সংসার অসিদা লূপ্পনা লৈবদগী বাখল অসি মোৎলে। ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক হিংলিবা সংসারগী পুন্সি অসিবু মায়া নত্রগা শুমহৎপা কৌই। মায়া হায়বগী অর্থদি অশেংবা নত্তবা হায়বনি। অদুদি মায়া হায়বসি করিনো? ঐখোয়বু শুমহৎলিবা বাখলদি ঐখোয়না প্রকৃতিবু মপু ওইনা পাম্নবা লাক্লরিবসিনি অদুগা তশেংবদি ঐখোয় অসি প্রকৃতিনা চেৎনা থুদুম চনশিন্দুনা থম্মীরি। মীনাই অমনা শক্তি লৈরবা মপু শাজিন্নরবদি মদুবু মায়া কৌই। ঐখোয়না প্রকৃতিগী মচাক মথুম অসি কোম্থোক্তুনা শীজিন্নথোক্লবা লাক্লরি অদুবু তশেংবদি ঐখোয় মাগী চয়েৎনবা লাং অসিদা থুদুনা হেন্না হেন্না খুরৌ থাংজিনজরি। মরম অসিনা ঐখোয়না প্রকৃতিবু খুদুম

চন্দুনা পানগে হায়না কল্লা হোৎনজরংস্থু হেন্ন হেন্নহুম মাগী মথা থানা লৈরি। অসিগুম্বা প্রকৃতিগা শোক্নরিবা মায়াগী লাল অসি ঐখোয়গী অশেঙবা কৃষ্ণভাবনা ইশাদা য়োকখৎ-চরবা মতম অহুদা খুদক্তা লেপথিগনি।

হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে; হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে—হায়বা হরিনাম মহামন্ত্র শোনবগী থৌওংসি ঐখোয়গী অশেঙবা জ্ঞান অহু য়োকখৎ-নবগী অথোইবা পাম্বৈনি। হরিনাম মহামন্ত্র অসি শোনবনা ঐখোয়গী থাম্মোয়গী অমোৎপা বাখল পুম্ববু মপুঙফানা শেংদোকপি। অসিগুম্বা অমোৎপা বাখলসিগী মরুওইবা হৌরকফমদি ঐনা উরিবা পোৎ পুম্বগী মপুনি হায়না খনবা অরানবা বাখল অসিনি।

কৃষ্ণভাবনা হায়বসি ঐখোয়গী পুক্নিংদা করিগুম্বা খুৎ-শেমগী পাম্বৈনা নমহুনা পোকহনবা বাখল নত্তে। মসিগী ভাবনা অসিদি জীবগী মশাগী অশেঙবা জ্ঞাননি। ঐখোয়না দিব্যনাম অসি তাবা মতমদা জ্ঞান অসিবু নৌহৌননা য়াকায়হল্লি। নাম শোনবগী অরায়বা ধ্যানগী থৌওং অসি যুগ অসিগীদমক্তা তাকপিরম্বা নিয়মনি। ইশা ইশানা থেংন-রকপা চাংয়েংদগীস্থু খঙলে মহুদি অসিগুম্বা মহামন্ত্র শোনবা হায়বদি যুগ অসিগী সংসার লান্নফম ওইবা মন্ত্র অসি শোনবা হেক হৌবদা আধ্যাত্মিক থামদগী শিম্বরক্লিবা আনন্দগী ভাব অহু খুদক্তা ইশাদা ফাওবা ঙমই। মায়া সংসারগী পুন্সি

লৈল্লিবৈগী মতমদা ঐখোয়স্থু হন্থবা মপোক্তা পোকপা শা-শিংগী মতৌগুম্না ইন্দ্রিয় পেন্নবা হোৎনবদা ইথৌ চিন্দুনা লৈ। ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক্তা লেনবা পুন্সিসিদগী থক্তিক্তং কাখৎলগনা মায়াগী ভমথীরবা খুংপায় অসিদগী করম্না নাম্বোকসিগে থন্দুনা জ্ঞানগী মার্গদা চৎপা হৌরকই। অসি-গুম্বা মথক্তা থন্দুনা মায়াসংসারদগী নাম্বোক্লবা হোৎনরিব মীওইশিংসিদগী থক্তিক্তং কাখৎপা মীতাশিংনা মন্থুং মপান অনিমক্তা লৈরিবা থোক্লিবা মরম পুম্বগী থোকফম ওইরিবদু থঙনবা হোৎনরকই। অদুগা কনাগুম্বা অমনা ইন্দ্রিয় পুক্নিং অমস্থুং লৌশিংগী থাক বাংমা লানখিদুনা আত্মার শক থঙবগী থাক য়োৌবা মতমদা মহাক সংসার বাংমা লানব ফিভমদা লৈরবনি। হরিনাম মহামন্ত্র শোনবা অসি আত্মাগী থাক্তা লৈরবা মতমদা পায়থৎপনি অদুনা অসিগুম্ব দিব্যনাম অসিনা ইন্দ্রিয়গী, পুক্নিংগী অমস্থুং লৌশিংগী ওনেম্ব থাকশিংগী জ্ঞান অদু বাংনা লানগ্রবনি। অসিগুম্বা হরিনাম মহামন্ত্র অসিগী অর্থ করিনো হায়না থঙজবগী দরকারস্থু লৈতে অদুগা মদুগী অর্থ থঙননবা পুক্নিংনা শাগৎতুনা হোৎনরুবগীস্থু অদুগা লৌশিংগী থাক চুনবা-চুনদবা থন্দোকপগীস্থু করিমত দরকার লৈতে। মসিদি মশা মথন্তনা পোকচরকপনি অমস্থুং আত্মাগী থাক্কগী হৌবনি অদুনা মমাঙগী চেনগদবা মগুণগী র থিরুদনা কনাগুম্বা মীশক অমনা হেক্তা পায়থৎপা য়াই।

তৌৱগীদি হেন্না খুমাঙ চাওশিল্লকপা মতমদি কনাগুম্বা অমনা নাম শোনবগী অপরাধশিংদু মশানা খঙনা থাদোকপা তাই।

নাম শোনবগী অহৌবা মতাংদা মথল নিপাল থোক্না লৈরিবা সংসার ৱাংমা লানবা বিকারভাবশিং থেংনদবা য়াই। মখোয়শিংদুদি (১) লোম্নোক্কনগুম্না ফুম্বংনদুনা লৈবা, (২) মশাদা হুমাং শিন্দবা, (৩) মশাদা তুজুংবা, (৪) খোঞ্জেল ফাইবা, (৫) মশা থক থক নীকপা, (৬) কুচু তাইফেৎ তাইবা, (৭) মুংঙাইবদগী কপ্পা অমসুং (৮) ৱাম্বা। অদুবু ঙাইহাক্তং নাম শোনবদা পুক্কিং লুপশিনবা মী অদুবু আধ্যাত্মিক থাক্তা পুখৎলি হায়বসিদা থোইনা চিংনিংঙাই লৈতে, মসিগী প্রমাণদি মীদুনা মহামন্ত্র শোনবগা লোয়ননা হৱাওনা জগোই শানীংলকপা থেংনগনি। মসিদি ঐখোয়না হকথেংননা উরে। অঙাং অমনা ফাওবা নাম শোনবা অমসুং জগোই শাবসিদা শরুক য়াবা ঙমই। তৌৱগীদি সংসারগী পুন্সিদা কাংন্না খুরৌ থাংজিন্দুনা লৈরিবা মীওইশিংগীদি অসিগুম্বা থাক অসি য়ৌবদা মতম খরা কুইনা চঙবা য়াই, অদুবু অসিগুম্বা সংসারদা লুপ্পা মীতাশিং ফাওবা য়াম্না থুনা আধ্যাত্মিক থাক্তা পুখৎপা ঙমই। অশেঙবা ভক্ত অমনা ঈশ্বর প্রেমগা লোয়ননা মাগী নাম অসি শোনবা মতমদা নামদুবু তাজরিবা মীওইশিংগী থম্মোয় থুনা হোংহনবা ঙম্মী অদুন নাম অসিগী কান্নবা থুনা ফংননৱগীদমক্তা অশেঙবা ভক্তগী মচিন্দগী

তাজগদবনি। অদুগা হেক য়ারিবমথৈদি ভক্ত নত্তবা মীনা শোনবা নাম তাদনবা হোৎনজগদবনি। লীলগী মরৈনা শোক্লুরবা শঙ্গোম থক্লুবদা হু কায়।

হরা হায়বা বাহৈ অসি পরমেশ্বর ভগবানগী শক্তিবু কৌবগী মওংদা শীজিন্নবনি অদুগা কৃষ্ণ অমসুং রাম হায়বসিনা ভগবান মশাবু কৌবগী মওংনি। রাম অমসুং কৃষ্ণগী অর্থদি খ্বাইদগী অথোইবা নুংঙাইবা হায়বনি, অদুগা হরা হায়বসিনা ভগবানগী নুংঙাইনবগী অথোইবা শক্তিনি অদুগা কৌবা খঙনবদা হরে হায়বা বাহৈদা ওনখিবনি। ভগবানগী অথোইবা নুংঙাইবগী শক্তি অদুনা ঐখোয়বু ভগবানগী মনাক য়ৌবদা মতেঙ পাংবি।

মায়া হায়না কৌবী সংসারগী শক্তি অসিসু ভগবানগী মখল মখা থোক্লা লৈরিবা শক্তিশিংগী মরক্তো অমনি। ঐখোয় জীবশিংসু ভগবানগী তটস্থ শক্তিনি। জীবশিংবু প্রকৃতিগী পোৎচাকশিংগী মথক থোংবনি হায়না তাক্লি। অসিগুম্বা থোইগৎপা শক্তি অসিনা হন্থবা শক্তিগা শোক্ন শম্নরকপা মতমদা য়াম্না চুনদবা ফিভম অমদা লৈহল্লি; অদুবু থোইগৎপা শক্তি অসিনা আধ্যাত্মিক শক্তি হরা হায়না কৌবী অসিগা লোয়নজবা মতমদা মশাগী ওইফম থোকপা নুংঙাইবা ফিভম অদুদা লৈহল্লি।

হরা, কৃষ্ণ অমসুং রাম হায়বা বাহৈ অহুম অসি মহামন্ত্র অসি বীজনি। নাম শোল্লিবসি মায়া সংসারদা জফা জপুননরিবা জীবশিংনা ভগবান অমসুং মাগী শক্তিবু খুদোংথীবদগী

কনবিয়ু হায়না কৌজবনি। নাম শোনবসি অঙাংনা মমানা লৌবিনবা কপ্পুনা কৌজবা অদুগুম্বনি। ইমা হুরানা ইপা ভগবানবু ফংজনবা ঐখোয়বু তেংবাংবী অদুগা নাম অসিবু থম্মোয় শেংনা শোঞ্জরিবা মনাই ভক্তশিংগী মফমদা ঈশ্বর মশানা ফোঙদোক্লুনা দর্শন পীবিরৈ।

খৎন-চৈনবা অমম্ভং তাৎ পাৎনা থল্লবা যুগ অসিগী-দমক্তদি হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে; হরে রাম হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে হায়বা মহামন্ত্র শোনবা অসি নত্তবা অতৈ পাম্বৈ অমতনা আত্মাবু শকথঙনবগী থাক্তা পৃথৎপা ঙম্মোই।

—:O:—

৭

# ভক্তিযোগনা করম্না থবক চথে

ভগবদ্গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জুনদা হায়, "ঐনা খ্বাইদগী অথুপ্পা জ্ঞানদু ঙসি নঙোন্দা তাক্লি মরমদি নঙ ঐগী মুংশিরবা মরুপ্নি।" গীতাগী অধ্যায় মরিগুবদা হায়রিবদি

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা ভগবদ্গীতা তাকথ্রিবসি মতোন্দা মগুণ অমথক লৈবদগী তাকথিবনি হায়বদি মহাক ভক্ত অমা ওই-বদগী তাকথিবনি। ভগবদ্গীতাগী জ্ঞানদি য়াম্না থূপ্পা জ্ঞাননি হায়না ভগবাননা হায়। ঈশ্বরগী অশেঙবা ভক্ত অমা ওইদনদি মতুগী অর্থ খঙবা ঙম্লোই। ভারতবর্ষদা ভগ-বদ্গীতাগী টিকা ৬৪৫ থোক্লা লৈ। কনাগুম্বা প্রোফেসার অমনা কৃষ্ণনা ডাক্তরনি অদুগা অর্জ্জুননা অনাবা মী অমনি হায়না লৌদুনা টিকা পীরি। মতৌ অসুম্না টিকা পীবা মী কয়ামরুম লৈ অমসুং মীপুম খুদিংমক্না মশাবু জ্ঞান মপুঙ ফানা লৈরবনি হায়না খন্দুনা শাস্ত্রবু মশা মশানা অপাম্বা মওংদা অর্থ তৌনরি। ঐখোয়গী ওইনদি, ভগবদ্গীতা মশামক্তা তাকপিরিবা পাউতাক অদুগী মতুংইন্না গীতা পাবা য়াজৈ। মসিগী অর্থ লৌবসু গুরু শিষ্যগী পরম্পরা পরীং কায়দনা লৌবা তাই। মসি পরম পুরুষ ভগবাননা তাকপি-রম্বনি মরমদি, "নঙ ঐগী খ্বাইদগী চান্নবা মরুপ্নি। ঐনা নঙবু চাওখৎপা অমসুং মুংঙাইনা পুন্সি লেনহনবা পাম্মী। মরম অসিনা ঐনা নঙোন্দা তাক্লিবনি।" কৃষ্ণনা মীপুম খুদিংমক মুংঙাইহনবা, শান্তি ওইনা হিংবা অমসুং চাওখৎপা পাম্মী, অদুবু মখোয়নদি মসি পামদে। মুংশা মঙাল মফম পুম্বদা চপমান্নবা য়েল্লিবনি অদুবু কনাগুম্বা অমনা অমম্বা মফমদা লৈজনিংলবদি মুংশা মঙাননা মাগীদমক করি তৌবা ঙমগনি? মতৌ অসুম্না গীতাসু মীপুম খুদিংমক্কী ওইনা লৈরি। জীবগী

মখল কয়া থোক্না লৈ অদুগা জ্ঞানগী অনেম্বা অমসুং অরাংবা থাকস্নু লৈ—মসিদি অচুম্বা বাফম্নি। অদুবু কৃষ্ণনদি জ্ঞান অসি মীপুম খুদিংমক্কী নি হায়রি। কনাগুম্বা অমনা তত্তোনবা মপোক্না পোক্লবস্নু করিমত্তা তকায়বা নৈতে। গীতাগী মরিশুবা অধ্যায়দা তাক্লিবা নিয়ম অসিবু ঙাক্না চৎলবদি ভগবদ্গীতাগী জ্ঞান অসি মীপুম খুদিংমক্না খঙবা ঙমগনি। মতুংদি ভগবদ্গীতাদি গুরু শিষ্যগী পরম্পরা কায়দনা চত্থ-রকপনি: "ঐনা ইহান হানবদা যোগগী জ্ঞান অসি সূর্যদেব বিবস্বান্‌দা তাকপিখি অদুগা বিবস্বান্‌না মসিবু মনুদা তম্বী-রগা মনুনা অমুক ইক্ষ্বাকুদা তাকখি।" কৃষ্ণদগী হৌরগা পরম্পরা ওইনা চত্থরকপনি, অদুবু "মতমগী খোঙলৈ মতুং-ইন্না চত্থরকপা পরম্পারা অদু কায়খ্রে।" মরম অসিনা অর্জ্জুনবু অনৌবা শিষ্য অমা ওইহল্লে। মনীশুবা অধ্যায়দা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা চঙজখি: "অস্নুক কুইবসি মরুপ অমগুম্না লোয়নদুনা ঙাওনরকপনি, অদুবু হৌজিক্তি ঐনা নঙবু গুরু ওইনা লৌজ-রে।" অসিগুম্বা পরৌং পথাপ অসিবু লৌবা মীনা মাগী গুরুবু কৃষ্ণ ওইনা লৌই অদুগা শিষ্য অদুনা অর্জ্জুনগী মতৌগুম্না তৌগদবনি। কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী গুরু ওইনা ঙাঙলি অদুগা অর্জ্জুননা হায়, "নঙনা তাকপিরিবা পুম্বদু ঐনা অচুম্বা ঙাক্তনি হায়না লৌজরে।" ভগবদ্গীতাবু পাবদি অম্নুম্না পাগদবনি—"ঐনা মসি পাম্মী, অদুনা মসিমথৈদি ঐনা লৌগে; মসিমদি ঐনা পামদে, অদুনা ঐনা লৌরোই।" হায়বা অম্নুম্না পাগদবা নত্তে। অদুম হায়না গীতাবু পাবদি অরেম্বা, কান্নদবা ওইগনি।

তম্বীগদৌরিবা গুরু অদু কৃষ্ণগী মহুৎশিনবা, ভক্ত অমা ওইগনি অদুগা শিষ্যদুনা অর্জুনগুম্বা ওইগদবনি। অদুম হায়না তৌরবদদা কৃষ্ণভাবনাগী মরম নৈনবদা মায় পাক্কনি। অদু নত্রবদি মসি মতম অরেম্পদা নাংহনবনি। শ্রীমদ্ভাগ-বতম্‌দা অস্তুম্না হায়, "কনাগুম্বা অমনা কৃষ্ণভাবনাবু মশক খঙনীংলবদি মহাক্কুনা অশেংবা ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌজগ-দবনি। অশেংবা ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌজরগা আত্মাগী মরম নৈনরবদি মরমদুগী অথুপ্পা জ্ঞান পুম্নমক ফোংদোরক্কনি।" গীতাবু অখণ্ড অহৈ তাম্নবগী মওংদা খন্না নৈনবদি অরেম্পনি। উপনিষদ্‌তা অস্তুম্না হায়ঃ "ঈশ্বরগী মফমদা অচেৎপা থাজবা থম্লিবা অমসুং ঈশ্বরগী মহুৎ ওইরিবা গুরুগী মফমদা ঈশ্বর থাজবগুম্না চেৎনা থাজরিবা মখোয়গী মফমদা বেদশাস্ত্রগী মমুঙগী অর্থ পুম্বা লোয়না ফোঙদোরক্কনি।" ঐখোয়গী ইশাদা ভক্ত অমদা চেনগদবা মগুণশু লৈগদবনি। "ঈশ্বরবু উগে হোৎনরুম্লু। ঈশ্বরনা উবিনবা মওংদা থবক পায়থৎলু।" হায়না ঐগী গুরু মহারাজনা তোয়না তোয়না হায়। ঐখোয়গী ইশাদা মতীকচাবা গুণ চেনবা তাই। নশাগী গুণ অদুনা ঈশ্বর মশামক্তা ননাক্তা লাক্লে হায়রগা নওগা উনরগনি।

কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরবু খঙবা ঙম্লবদি মহাক্তু সংসারগী অপাম্বা পুম্বনা শোকপা ঙম্রোই। তুংকোইনা নৈয়ুয়াদবা সংসারগী ফিভমশিংসিদা ছিংবদা ঐখোয় পেনবা ঙমদে। মুংঙাইবদু মতম থরতগীনি, মতম থরতগী

ওইবা ফিভমসি কুইনা লৈয়ু য়াদে। অইংবা, অশাবা, অনী লোঙবা বাখল—মসি লাকই অমসুং চৎথি। লেঙদবা ফিভমদা লৈগে হায়রবদি কৃষ্ণভাবনাগী থৌওংসি পাংথৎকনি। শ্রীকৃষ্ণনা মৈপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা ডাম্লোইরি অদুনা বাখল অসুম অসুম লেংদোরকপগা নঙোন্দা মানা লম্বী চুম্না উৎলক্কনি। অদুগা অরোইবদা হকচাঙসি থাদোক্লগা বৈকুণ্ঠ ধামদা শোয়দনা চৎকনি।

"কনাগতনা ঐবু খঙদে" শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "ঐগী শক্তি, ঐগী ইতিক ইগুণ অমসুং ঐগী ডমথৈ। বাখল লৈরবা মহৗশিংনফাওবা ঐবু খঙদে। ঐনা দেবতা পুম্নগী অমসুং ঋষি পুম্নগীসু হৌরকফম্নি।" ঐখোয়না খঙদবা ইপা ইপু কয়া লৈরি, অদুগা ব্রহ্মা অমসুং অতৈ দেবতাশিংসু লৈরি—মখোয়গী মরমদা ঐখোয়না করি খঙই? ঐখোয়না ঈশ্বরবু খঙনবগী থাক অদু য়োবা ঙমদে। ঙমথে নাইবা ইন্দ্রিয়শিংগী মতেঙনা ঐখোয়না জ্ঞান তানশিনজরি, অদুবু ইন্দ্রিয়শিংগী কেন্দ্র ওইরিবা পুক্লিংনা ফাওবা কৃষ্ণবু য়োবা ঙমদে। মপুঙ ফাদবা ইন্দ্রিয়শিংনা মপুঙ ফাবা জ্ঞান খঙবা ঙম্লোই। পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী পাম্বৈনা মাবু য়োবা ঙম্লোই। অদুমকপু নঙনা নশাগী ইন্দ্রিয়শিংবু মাগী সেবাদা শীজিন্নরবদি নঙগী ইন্দ্রিয়শিংদুদা মহাক্না মশাবু ফোঙদোকপীরক্কনি।

মীনা হায়বা য়াই, "ঈশ্বরবু মশক খঙলগা করি কাম্নে? মদুগী কান্নবা করিনো? মাসু মাগী মফমদা লৈজসমু, ঐসু

ঐগী ইফমদা লৈজরি।" অদুবু বেদ শাস্ত্রদা অস্থম্না তাকপিরি মদুদি পুণ্যগী থবক্না ঐখোয়বু শক ফজবা, জ্ঞান লৈবা অমস্থুং অফবা শাগৈদা চিংখৎলি; অদুগা পাপকী থবক তৌরগনা সংসারসিদা অরা অনা নংই। পাপ অমসুং পুণ্য অনীমক্কা অৱাবা অদুদি অদুম য়াওরি অদুবু অনীদুগী খেন্নবা অমদি থন্নি। অদুমকপু ঈশ্বরবু মশক খঙবা মীশক অদুনা পুণ্য কর্ম্ম কয়া তৌদুনসু কোকপা ঙম্নরোইদবা পাপ কর্ম্মফল পুম্ব-দগী পুমকোক কোকচবা ঙমই। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজদ্র-বদি কৈদৌঙৈদসু সুংঙাইবা ঙম্লোই।

মীওইবা সমাজগী বাদি থম্বু থমখিসি, ঐখোয়দগী হেন্না লৌশিং শিংলবা, হেন্না চাওখৎলবা দেবতাশিংনফাওবা শ্রীকৃষ্ণবু মশক খঙদে। ধ্রুবতারাগী মনাক্তা লৈফম ওইরিবা অচৌবা সপ্তঋষিশিংনসু মাবু খঙদে! কৃষ্ণনা হায়, "ঐনা দেবতাশিংসিগীসু হৌফম মরুনি।" মহাক্তি দেবতাশিং, মুণি ঋষিশিং অমসুং জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী হৌফম ওইবতা নত্তনা পুম্ন-মক্কী পোকপীবা মপানি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডসি করম্না শেমখিবগে হায়বদু শন্দোক্না তাক্লি; অদুগা পুম্নমকসি মঙোন্দগী পোকখিবা ঙাক্তনি। শ্রীকৃষ্ণনা জীবশিংগী পরমা-ত্মাগীসু হৌফম্নি; শক্নাইদবা ব্রহ্মজ্যোতিসু মঙোন্দগী থোক-খিবনি। পোৎ পুম্বগী, বাখল পুম্বগী "ঐনা হৌফম মরুনি।" পরম সত্য অসি মশক অদুম থোক্না খঙবা য়াই অদুবু মাদি অমতা ঙায়বা সত্যনি। ব্রহ্মন (অরংবা মঙাল), জীবগী পরমাত্মা অমসুং ভগবান, অদুম অসি ঈশ্বরগী শক্তম অদুম্নি।

কনাগুম্না অমত্তনা পরমেশ্বর ভগবানবু মশক খঙবা ঙমদ্রবদি মাবু করম্না মশক খঙবা ঙমগনি? মহাক্তি মশা-মক্না ননাক্তা লেংবিরকুনা মশক ফোঙবিরক্লবা মতম অদুদা মাবু মশক খঙবা ঙম্লমগনি। অসুম তৌরবদা মাবু খঙবা ঙমগনি। ঐথোয়গী ইন্দ্রিয়শিংদি মপুঙ ফাদে, অদুনা মথোয়না পরম সত্য ভগবানবু মশক খঙবা ঙম্লোই। নঙনা য়াম্না নোম্লুকপা পুকচেল চেল্লবা অদুগা ঈশ্বরগী নাম শোঙ্গ-রবা অসুম তৌরবদি লৈয়েংগী মপান্না ঈশ্বরবু খঙবা হৌগনি। চাবা অমসুং বা ঙাঙবা হায়বসি লৈয়েংগী মথৌনি। নশাগী লৈয়েংবু প্রসাদম্দমক চারগা খুদুম চল্লবা অদুগা ঙাংলিবা বাঙাঙনা ঈশ্বরগী নামদা শোল্লবা অদুম তৌদুনা লৈয়েংবু লাকশিনববা অতৈ অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিংবুসু খুদুম চনবা ঙম-গনি। নশাগী নৱৈবু বারকপা ঙমদ্রবদি অতৈ ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চনবা ঙম্লোই। প্রসাদম্ চারগা আত্মাবু শকখঙবগী থাক্তা চাওখৎচদুনা হিংউ। হায়রিবা নিয়মসি য়ুমদা লৈরগা তৌরবসু কাইদে হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা মনামশীংনা থোংবা পোৎ কৎপা, হরিনাম মহামন্ত্র শোনবা অমসুং মঙোন্দা ভক্তি তৌনা খুরুমজবা। শোনগদবা মন্ত্রনা:—

**নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণহিতায় চ।**
**জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥**

মীপুম খুদিংমক্তা অসুম্না প্রার্থনা তৌজবা য়াই অদুগা কৎলিবা প্রসাদ অদু মরুপ মপাংশিংগা লোয়ননা ফংমিন্নবা য়াই।

শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি মমাঙদা কীর্ত্তন তৌবা য়াই অদুগা শেংলবা পুন্সি মরেল অমা লেনবা য়াই। মদুগী ফল করি ওই হায়বদু অমুক্তা য়েংবিয়ু—জগৎ পুম্বসি বৈকুণ্ঠ হায়বদি অরাঙনা লৈতবা মফম ওইগনি। মতম পুম্বদা ঐখোয় খোয়রাংনদু-নতা লৈরি মরমদি ঐখোয়না সংসারগী পুন্সিসি লৌরুরি। আধ্যাত্মিক ধামদি মসিগা তাইওন্নবনি। অদুমকপু কনা-গুম্বা অমতনা সংসারসিদগী করম্না লাম্হোক্কদগে হায়বা থঙদে। ময়ায় কাবা পোৎ শিঙ্গিম্নবংসু থোইনা কাম্নরোই; নেশা ঙাওবা অদুনা হেক হম্থিবদা হান্নগী খোয়রাংনবা অদুদা অদুম হঙ্গিল্লক্কনি। অসিগুম্বা অসিদগী মপুঙফানা নাম্হোকপা পাম্নবা অদুগা লোম্বা নাইদবা জ্ঞান অমসুং আনন্দ ফংবা পাম্নবদি কৃষ্ণগী চরণদা চঙজৌ। কনামতনা ঈশ্বরবু মশক থঙবা ঙমদে, অদুবু থঙননবা লম্বী অসিদা লৈরেঃ মদুদি—কৃষ্ণভাবনা অসিনি।

কনাগুম্বা অমতনা মাবু থুদুম চনবা নক্রগা মাগী মনাক য়ৌবা ঙমদে অদুবু মাবুসু থুদুম চনশিন্দুনা থম্লি। করম্না থুদুম চম্লিবনো? মীশিংনা মাগী মাগী মফমদা অদুম লৈজ-সমু অদুবু থার থারবা লাইরিক ময়াম ইদুনা মশা মশাগী লম্নাই ভাবনা শাগৎতুনা থনবা রাথল অসিদদি থাদোকসি। লাইরিক লীশিং লক্ষা কয়া কোঙঙি অমসুং পানরি অদুবু থা থরগী মতুংদা হেক্তা লংথোক্লখি। মসিগা অদুগা—অসুম হায়না পঙলবা ইন্দ্রিয়শিংনা ফংবা জ্ঞাননা শাগত্তুনা করম্না

পরমেশ্বর ভগবানবু মশক খঙবা ঙমগনি ? শ্রিছার্চকী থবক থাদোকউ—লাপ্না লংশেকথ্রো:—নে'ম্লুবপা পুকচেল চেন্নু: নশাবু ঙমখৈ নাইবনি, প্রকৃতি অমস্তুং ভগবানগী নিয়ম মখা পোম্না হিংবনি হায়বা য়ানা চংলু। কনামতনা ভগবানগা মাম্নবা নত্রগা মঙোনদগী হেনবা ঙম্লোই। অদুনা য়াম্না নোল্লুকউ। মতৌক চাবা মফমদগী পরমেশ্বর ভগবানগী মতৌক মগুণ তাম্নবা হোৎনজৌ। অসিগুম্বা মতৌকচাবা মীওই-শিংনা ফংলিবা জ্ঞান অসি পরম্পারা পৌরীং মতুংইন্না ফংবনি। ঐখোয়না অর্জ্জুনগুম্বা মতৌকচাবা মীশক অসিগুম্না খঙবা ঙম্নবদি মদুনা খ্বাইদগী অশেঙবা মখঙ ওইরে। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা মাগী মশক ফোঙদোকপিগে হায়দুনা ঙাইরি; অদুনা ঐখোয় কৃষ্ণভাবনাদদা লৈশি। আচার্য্যশিংনা হায়বদি ভক্ত গুরুশিংনা চৎলম্বা লম্বী মতুংইন্না চৎসি, অদুম তৌরবদি লোইনমক হেক্তা ফোঙদোরকনি। মহাক ঐখোয়না খঙবা ঙমদবা অমস্তুং জয় তৌবা ঙমদবা ওইদুনস্তু মাবু য়ুমদা লৈনা লৈনা হেক্তা খঙবা ঙমগনি।

অসিগুম্বা কৃষ্ণভাবনাগী থৌওংসি পায়খত্তুনা নিয়ম ঙাক্না চৎলবদি মদুগী ফল করি ওইগনি ? নঙনা হেক খঙবা মতমদা পরমেশ্বর ভগবাননা থোক্লিবা মরম পুম্বগী থোকফম্নি, মাগী থোরককম মরম অমা লৈতে হায়বা শোয়দমা খঙগনি। অদুগা মান্না গ্রহমণ্ডল পুম্বগী মপুনি। ব্রাফমসি ইপঙ পঙনা লৌবগী ব্রা নত্তে। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা বাখল থনবা ঙম্বগী

শক্তি অমস্থং তর্ক তৌনবগী শক্তি পীরি—অদুবু অরানবা মওংদা মরৈ য়েংপদি চুমদে। আধ্যাত্মিক বিজ্ঞান খঙবা পাম্লবদি অখঙবা মীদুগী মফমদা চঙজগদবনি। মতীক-চাবা মীশক অমদা চঙজৌ অদুগা ঈশ্বরবু খুদম্না খঙনবা হোৎনৌ। অপঙবা মী নত্রগা মীফত্ত অমগী মফমদা চঙজ-রুগনু। গুরু পরম্পরা পরীং কায়দনা লাকপা মীশক অমা ফংনবা থিয়ু। মহাক্তুনা পরমেশ্বর ভগবানগী মরম খঙনবা তাকপিবা ঙমগনি। অসিগুম্বা মীশক অমা থেংনরবদি মাগী মফমদা চঙজৌ; মাবু পেম্নবা হোৎনজৌ; মাবু সেবা তৌজৌ অদুগা খঙননবা মরম হংজৌ। মাগী মফমদা চঙজবা অদু ঈশ্বরগী মফমদা চঙজবনি। খঙননবা বাহং হংগনি, মতম মাঙহন্নবা হংগদবা নত্তে।

মসিগী থৌওং অসি লৈরিবনি অদুবু ঐথোয়না ময়ায় কাবা পোৎ শীজিন্নদুনা অরেম্বদা মতম মাঙহল্লবদি জয় তৌবা ঙমদবা পরমেশ্বর ভগবান মাবু শুকউ উবা ফংলোই। হায়রিবা নিয়মশিংসি ঙাক্লা চৎলু অদু ওইরবদি তপ্না তপ্না ওইজরবস্থ শোয়দনা, চিংনবা লৈতনা, মাবু মশক খঙগনি। "চুমই, ঐ লম্বীসিদা খুমাঙ চাওথৎচরি" নঙনা হায়জগনি। মসি য়াম্না লায়, নঙনা লায়না তৌবা ঙমগনি অদুগা তৌবদস্থ হরাও হরাওনা তৌগনি। শাস্ত্র নৈনবা, ঈশৈ নোংমাই শকপদা য়াওবা অমস্থং প্রসাদম্ চাবা। অসিগুম্বা

থৌওংসিদা কনামতনা নঙবু নমথাক তৌবা ঙমলোই। অদুগা নঙবু মীনা নমথাক তৌহনগে হায়রগনা—নমথাক তৌবশিংগী মনাক্তা চৎলু।

মতীকচাবা মীশক অমদগী মসি খঙনবা হোৎনৌ অদুগা নশাগী পুন্সিদা পানশিন্দুনা য়েংউ। শিবা নাইবা জীবশিংগী মনুঙদা নঙনা খ্বাইদগী লৌশিং শিংবা মী ওইগনি মরমদি নঙ পাপ কর্ম্মদগী নাম্থোক্লে। কৃষ্ণগী পেন্নবগী-দমক্তা ওইনা থবক তৌবা মতমদা কর্ম্মফল পুন্বদগী পুমলান লাম্থোক্লবনি। নঙোন্দা মঙ্গল অমসুং অমঙ্গলগী মরমদা করিমতা খোয়রাংনবা পোক্লরোই মরমদি নঙনা খ্বাইদগী মঙ্গল ওইবা মাগা মরী লৈনদুনা লৈ। মসিনি মরু ওইবা থৌওং। কায়নথংদা ঐথোয় কৃষ্ণগা মরী লৈনবা ঙমগনি। মতমদুদা পুন্সি মহৈ য়ানগনি। মসি মীপুম খুদিংমক্না পায়থৎপা য়াই মরমদি মসি য়াম্না লায়।

মতাঙসিদা কৃষ্ণ মশামক্না তাকপিরম্বা নিয়ম অমা পনজগে; কনাগুম্বা অমনা কৃষ্ণগী থাক মশক খঙবা তাই। মহাক্তি পোকপা নাইদে অমসুং করিগুম্বা মরম অমতগী মথা পোন্দে। ঐথোয় খুদিংমক্না থেংনরে মদুদি ঐথোয় পোকই, অদুগা ঐথোয়গী পোকপা অসিগী হৌফম অমা লৈ; ইপানা ঐথোয়বু পোকপনি। কনাগুম্বা অমনা মশাবু ঈশ্বরনি হায়না হায়রগদি মহাক পোকপা নাইদে অমসুং মাগী পোক-ফম মরম অমা লৈতে হায়বদুগী প্রমাণ পীবা তাই।

ঐখোয়না থেংনরকপগী মতুংইন্নদি ঐখোয় পোকই হাঃব- সিনি। কৃষ্ণদি পোকপা নত্তে। বাফমসি মুন্না খঙজিনগ- দবনি। খঙগদবা বাকমদি মানা হৌফমগী মরুনি, মাগী হৌফম অমা লৈত্তে হায়বসিনি; মাগী হৌফম মরম অমতা লৈত- বনিনা শকউৎলিবা পুম্বসিগী মপুন্থু মহাক্নি। অসিগুম্বা চম্প্রবা দর্শন অসিবু মুন্না খঙলিবা মী মহাক্তু মায়ানা শুমহৎ- ত্রবা মীনি।

ঐখোয় অয়াম্বদি সংসারগী মায়ানা শুমহৎলি। ঐখোয়না লম অমগী মপুনি হায়জরি। অদুবু ঐনা পোক- ত্রিবৈ মমাঙদা লম অদু হান্ননা লৈরম্লে, শিরবা মতুংদস্থু লেঙদনা অদুম লৈহৌগনি। কয়াম কুইনা তোঙান তোঙানবা হকচাঙ লৌদুনা "মসি ঐগী লমনি! মসি ঐগী লমনি!" হায়দুনা লৈখিগনি? মসিবু অঙাওবগী বাঙাঙ নত্রা? অদুনা মায়াগী বাংমা লাম্হোকপা তাই। ঐখোয়না সংসারসিদা তৌরিবা থবকশিংসি ঐ হকচাঙনি হায়বা বাখলদা শাগৎলগা তৌরবদি মদু মায়া ঙাক্তনি। অদুনা ঐখোয় মায়ানা কৃপিত্রবা নত্রগা কৃপুত্রবা হায়বদু খঙবা তাই। সংসারসিদা অফা- অংপুন্নরিবা জীব পুম্বা মায়ানা কৃপ্পা ঙাক্তনি। মায়ানা কৃপু- নবগী মহৈ হৈরবা মীদু অবা অনা থ্রদোংথীবা পুম্বদগী পুম- লান লান্নবনি। থ্রম্নৌ মরামসিদগী লাম্হোকপা পান্নবদি ঐখোয়না ঈশ্বরবু মশক থঙবা তাই। মসিগী বাফমসি থোঁওইদবা চুমদে; মসিনা ঐখোয়গী তৌগদবা মপুঙ ওইবা ইথৌনি।

জীব লৈশিং লক্ষাগী মনুঙদা কনাগুম্বা অমথক্কা অসিগুম্বা জ্ঞানসি ফংবা য়াই। মহৌশানা ঐখোয় অয়াম্বনা জ্ঞান য়াওদনা পোকপা ভাক্কনি। ঐনা হেক পোকপগা ইমা ইপানা য়োকপী থাকপিরে অদুগা ঐগী পোককম লম অদুবু ঐগী লমদি ভাংবা অয়ানবা রাখল ওসি ভুম্বীরে। জাৎতিগী মরমদা শিক্ষা পীবা হায়বগী অর্থদি মীহুবু হেন্না অপঙবা শেম্বা হায়বনি। ঐ অপঙবা নত্রা? ঐনা ফিজোল হোংবগুম্না মপোক মপোক কয়া হকচাঙ হোংহনা লৈরি। নঙগী পুক্নীং কয়া, ফিজোল কয়া লৈরবনি—করিগীদমক্তা হৌজিক্কী অসিতং নঙগীনি হায়রি? করিগী ভাব তাদ্রি: “ফিজোল অসি ফজে, অদুবু মথঙগী মিংকুপ্তা অতোপ্পা ফিজোল অমা অমুক হোংগনি।” নঙদি প্রকৃতিগী খুৎপায় মনুঙদা লৈ। করম্বা ফিজোল লৌগে হায়বা নঙনা থনবা য়ারোই, “হে প্রকৃতি লাইরেম্বী, ঐ আমেরিকা মচা ওইহল্লু।” মহা য়ারোই, মায়াগী লাইরেম্বীনা খুত্থম চন্দুনা থমই। নঙ হুইগী হকচাঙদা চঙলো ইনশিনগনি। দেবতাশিংনা লেনবা পুন্সিগুম লেন্নবদি—লৌরো ঈশ্বরগীগুম্বা হকচাঙ।

অপঙবা ময়ামগী মরক্তগী কনাগুম্বা মীশক অমনা মশাগী অশেঙবা শক্তম করিনো খঙনবা হোৎনজরকই। ঐবু হুইরা? আমেরিকা মচারা। রশিয়া মচারা? মসিগী অচুম্বা বাহংবি তোয়না হংনরক্লি। করিগুম্বা বাহং হংগে হায়রবদি কনাগুম্বা অমদা হংবা তাই, নহাক নতোমতদা হংগদবা নত্তে।

নঙনা মশক খঙদবা লম অমদা চৎপা মতমদা নহাক্না চৎনীং-লিবা মকমতু খঙনবা পুলিস নত্রগা কনাগুম্বা ভদ্রলোক অমদা হৎবা তাই। "ঐ কনানো" হায়বা ৱাহংসিগীদি কনা-গুম্বা অখঙবা মীশক অমদা হৎবগী দরকার ওই। গুরু হায়বসি কনানো? মাদি কৃষ্ণগী বিজ্ঞান খুৎলোয়নঃ খঙলবা মীশক্তি। অচম্বা মীওইশিংনদি অসিগুম্বা ৱাহংসি হংনদে, অতুবু করিগুম্বা হংলক্লবদি মহাক খুমাঙ চাওখৎপা ঙমই অতুগা কৃষ্ণনা থোক্লিবা মরম পুম্বগী হৌফম মরম্মি হায়বা জ্ঞান অসি খঙলকনি।

শাস্ত্রগী নিয়ম ঙাক্না চৎপা অমসুং মথক থোংবা মীওই-শিংবু য়ানা চৎপা মী মথল মরিথক্লা কৃষ্ণগী মরমদা হংজরকই। পাপকী থবক্তা খুৎথাবা মীশিংনদি ৱাহংসি হংবা ঙমদে। মথোয়দি ময়ায়কাবা পোৎ শীজিন্নতুনা পুন্সি লেল্লি। অচুম্বা চৎপা, পুণ্য চেনবা মীশিংনা ঈশ্বরবু থিজৈ অমসুং ঈশ্বরদা চঙজৈ। মথক থোংবা মীওইশিংনা প্রজাশিংগী য়াইফনবগী-দমক্তা অসিগুম্বা নিয়মসি পায়থৎনবা খুদোংচাবা পীবিরি; মসি প্রজাশিংবু নমজা নমথেক্লবগী নত্তে। ইস্কোন লিংখৎ-পগী পান্দমদি ঈশ্বরগী বিজ্ঞান খঙনবগীনি। নখোয় মুংঙাইবা পাম্মী। মুংঙাইবা অসিদা লৈরে। পাপ কর্ম্ম ফলনা নঙবু ৱাহল্লি। পাপ কর্ম্ম ফল লৈত্রবদি অৱাবা নংলরোই। শ্রীকৃষ্ণবু খ্বাইদগী অথোইবনি হায়না লৌবদা চিংনবা পোক্ত্রবা মীতু কর্ম্মফল পুম্বদগী লাম্থোকপীগনি। ৱাফম

অসিবু থাজদবা তৌগনু। মানা নঙগী চঙকম পীগনি; মঙোন্দা শক্তি য়াম্না লৈবনি। ঐনা অসিগুম্বা অসি পীগনি হায়না নঙোন্দা বাশক্লবা অদুগা মদু পীবা ভম্বগী শক্তি ঐঙোন্দা লৈতবনিনা ঐনা বাশক্ত ভাকপা ভমদবা য়াই।

নশাবু কৃষ্ণভাবনাগা সঙ্গ তৌজরবদি শ্রীকৃষ্ণনা নঙগা লৈনরিবী মরী অদু মিংকপ থোক্তনা য়াকায়হনগনি। নঙগা মাগা নক্লবা মরী লৈনরিবনি। বাফমসিবু থাঙদবা য়ারোই, মদু থাজত্রবদি য়াম্না জ্ঞান লৈতবগী মওংনি। তুম্বগী মতৌ-গুম্না ফোঙদোক্তবা মরী অমা লৈরিবনি। নথোয়না কৃষ্ণবু সেবা তৌজনিংবনি অদুবু মায়া লাংনা শুমহৎখিবনা ঐথোয়না কৃষ্ণগা নক্লনা মরী লৈনদে হায়না খল্লি। ঐথোয় খুদিংমক্লা ইশা ইশাগী "নীংতম্বা" ওক্ত লমচৎশিং চৎতুনা লৈরি, অদুনা ঐথোয় মতম পুম্বদা থোইরাংদুনতা লৈ। অসিগুম্বা তুমদুনা লৈরিবা কৃষ্ণগী বাথল অসিগা লোইনরগা ঐথোয় কৃষ্ণভাব-নাগী থবক পায়খৎপা তাই।

"ঈশ্বরদি পোকপা নাইদে" হায়বসিনা তাকপদি মহাক মায়া সংসার অসিদগী তোঙাল্লি হায়বা তাকই। ঐথোয়না পোকপা নাইদবা মী অমতা থেংনদ্রি। সহরসি শেমখিংবগী মতম লৈ—ইতিহাসতা তারিখ কয়া কয়া য়াওরি। অদুমকপু আধ্যাত্মিক প্রকৃতিদি পোকপা নাইদে অদুনা খুদক্তা থেন্নবসি থেংনগনি। মায়া সংসারসিগীদি পোকপা নাই। ঐথোয়না খঙজিনগদবদিঃ কৃষ্ণনা পোকপা নাইদবা ওইরবদি মহাক্তি

আধ্যাত্মিক ওইরে, ঐখোয়গুম্বা অমা নত্তে হায়বসিনি। কৃষ্ণদি "তোপ তোপ্পা মগুণ চেন্দুনা পোক্লকপা" কনাগুম্বা অমা নত্তে। মাদি পোকপা নাইদে। অদু ওইরবদি মাবু অচম্বা মী অমগুম্না ঐখোয়না করম্না লৌগনি? শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়, "অপঙবা অমস্তুং মীফত্ত কাঙবুশিংনা ঐবু অচম্বা মী অমগুম্না খল্লি।" জগৎ সংসারসিদা লৈরিবা ময়া-- সিদগী মাদি তোপ তোপ্পনি। মাদি অনাদিনি হায়বদি মাগী হৌফম মরম লৈতে।

কৃষ্ণ আধ্যাত্মিক ওইবা য়াই, অদুবু আধ্যাত্মিক দেহ অতৈ অতৈস্সু লৈ। ঐখোয়গীস্সু কৃষ্ণগী গুম্বা আধ্যাত্মিক হকচাঙ লৈ, অদুবু মখোয়শিংসি পোকপা নাই। তৌবগীদি তশেংনা পোকপদি নত্তে, মসিদি মৈগী মৈরিকুম্বনি। মৈরিক-শিংসি মৈদগী পোকপা নত্তে; মখোয় মৈমুংদা অদুম য়াওবনি। ঐখোয়স্সু পোকপা নত্তে; ঐখোয়সি অশেঙবা শক্তম অদুদগী থোরকপা মৈরিক মচাশিংনি। গুণগী মায়কৈদা য়েংলুরগদি ঐখোয়স্সু কৃষ্ণগা চপ মাল্লে। মসিদি মপাগা মচাগা অনীগী মরক্তা লৈরিবা থেন্নবদুগুম্বনি। মপাগা মচাগা মতম অমতদা মাল্লে অমস্তুং থেল্লে। মচামুপাসি মপাগী শন্দোকপা শরুক অমনি, অদুবু মানা মপানি হায়না দাবী তৌবদি য়ারোই; মদুম্না হায়রবদি মদু কান্নদবা থারেম্লি।

কৃষ্ণনা মশামকপু খ্বাইদগী পুমহেন হেনবা মপুনি হায়না হায়বনা মহাক পোৎশিংসিদগী থেন্নবা লৈ। ঐনা নিউয়োর্ক

সহরগী মপু ওইরবদি ঐ নিউয়োর্ক সহর থক ওনবা য়ারোই। থোঙথাং থুদিংমক্তা অনীলোঙবা রাখল লৈগনি। কনাগুম্বা অমতনা মাগা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইরে হায়না থক হায়বা য়ারোই।

নঙনা কৃষ্ণগী অমসুং নশাগী ফিভম্ব য়াম্না কুপ্না নৈনদুনা থঙবা ঙম্লবদি পাপ কর্ম্ম ফলদগী থুদক্তা নাম্মোকচবা ঙমগনি। থোওংসিনা নঙোন্দা কাম্নবা ফংহনগনি। হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র শোল্লু অদুগা নশাগী পুক্লিং শেংদোকউ, অদুম তৌরবদি ঈশ্বরনা পীরকপা জ্ঞান ফংগনি। তৌবগীদি মীদু মতীক চাবা মগুণ চেনগদবনি। নঙনা ঈশ্বরগী নাম শোল্লবা নত্রগা তাজরবা, অদু ওইরবদি, মমল তিংলুবা লৈতনা, ঈশ্বরগী নাক্তা য়োবা ঙমগনি। পোৎ পুম্নমক নঙনা তশেং তশেংনা উবা ঙমগনি অমসুং জ্ঞাননা থম্মোয়দা ঙানগনি।

—:(০):—

৮

# মপুঙফাবা জ্ঞানগী হৌরকফম

ঈশ্বরভাবনা পোকহন্নবগী মরমদা খ্বাইদগী অথোইবা শাস্ত্র ওইরিবা, বৈদিক উপালগীনা মপুঙ ফানা মুল্লবা মহৈ শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী রস চুপ্পগী নিয়মশিংগী মরম তাবা দরকার ওই। সংস্কৃতকী বাহৈ রস হায়বসিগী অর্থদি অথুম্বা মহী হায়বদি হৈনৌ নত্রগা কমলাগী অথুম্বা মহী অতুগুম্বা হায়বনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিবু লেংখিররিবা মহাত্মা ভাগবতম্‌গী মহৈ অসিগী রস চুপ্পবা হোৎনবিয়ু হায়না তাকপিরি। করি মরমগীনো? করিগী ঐনা ভাগবতম্‌গী রস চুপকদৌরিবনো? মরমদি মসি বেদ কোবা অনীংবা পুম্বা পীবা ওম্বা উপালসিগী মপুঙ ফানা মুল্লবা উহৈনি। অপাম্বা পুম্বা পীবা ওম্বা উপালগুম্না নঙনা পাল্লিবা পোৎ পুম্নমক বেদদগী ফংবা ওমগনি। বেদগী অর্থদি জ্ঞাননি; মসিদি অমুক্কী মতীক মপুঙ ফাই মতুদি নঙনা সংসারসিদা মুংঙাইনা লৈগে হায়রবস্থ নত্রগা আত্মাবু শকথঙবগী পুন্সি ফংগে হায়রবস্থ, জ্ঞান মথল অনীমকসি মসিদা য়াওরি। নঙনা বেদদা তাকপা নিয়মশিং ইন্দুনা চৎলবদি শোয়দনা মুংঙাইবা ফংগনি। মসিদি লৈবাক অমগী আইন লৈরিবা অসিগুম্বনি। প্রজাশিংনা হায়বা ইন্দুনা চৎলগনা মথোয় মুংঙাই, অরানবা

তৌবগী চৈরাক ফংলরোই অমসুং মুংঙাইনা পুন্সি লেনগনি। লৈবাক্কী থৌপুবা মীওইশিংনা অৱাম্বা করিমতা তৌরুদনা নঙবু ওৎনৈগে হায়দুনা কৈদৌঙৈদসু থক লাক্লোই, অদুনা লৈবাক্কী আইন ঙাক্লা চৎলবদি মুংঙাইতনবগী মরম অমতা লৈতে।

মতৌ অসিগুম্বদুনা মায়া সংসারসিদা অফা অপুন্নরিবা জীবশিংসিসু সংসারসিদা মুংঙাইরুগে থন্দুনা লাকপনি। মদুগী লমজিং পথাপনা বেদনি : ফরে, মুংঙাইরো—অদুবু নিয়ম অসি ঙাক্লা চৎলগা মুংঙাইয়ু। অদুবু বেদ কৌই। মরম অসিনা মসিদা লোইনা য়াওরিবনি। ঐখোয়না করি করিগুম্বা মতমদা লুহোংবগী থৌরমসু মন্দিরদা হেক হেক তৌই। লুহোংবা হায়বসি করিনো? মসিদি মুপাগা মুপীগা তিন্নবনি। মখোয় হান্নমা লৈরবনি, মখোয় মরুপ মপাঙ অমগুম্না লৈমিন্নৈ—অদুদি লুহোংবগী করি কান্নরি? মসি বৈদিক প্রথানিঃ বেদদা পুন্না লৈমিন্নবগী, মুপী মুপা তিন্নবগী মরম য়াওরি, অদুবু অথন্নবা নিয়ম অমা ঙাক্লা চৎপা তাই, মদুতনা নখোয় মুংঙাইগনি। মরু ওইবা পান্দমদি মুংঙাইবা ফংবনি। বেদনা তাক্লিবা নিয়মশিং অমসুং অথিংবা নিয়মশিং ঙাক্লা চৎপা হায়বসি নঙবু চাহন্দবা, তুমহন্দবা, নশাবু ঙাক-থোকচবা য়াহন্দবা, নত্রগা মুপী মুপা তিন্নহন্দবা অদুগী মা নত্তে। নঙগী হকচাঙগী দরকার ওইবশিংদু শাশিংগী মশাদা দরকার ওইরিবশিংদুগা চপ মান্নৈ; শাশিংসু চায়, মখোয় তুমই, মখোয়সু মচা মশু পোকই অমসুং থুদোংথীবদগী ঙাক-

থোকনবা হোৎনজে। ঐখোয়গীসু হায়রিবশিংসি অহুম দরকার ওই। অদুবু বেদদা নিয়ম থরা তাকপিরি : নঙ অমুম্না থবক তৌ, অহুম ভৌরবদি মুংঙাইতবা তৌরোই। অসিগুম্বা নিয়মশিংসি ঙাক্না চৎলবদি মমৈদা সংসারগী থুরৌদগী লাম্থোকপা ঙমগনি।

আত্মাদি সংসারগী পুন্সি লেন্দুনা লৈগদবা নত্তে। সংসারগী পুন্সি লেন্দুনা মুংঙাইথোক্কনি থল্লিবসি অরানবা বাখলনি। অদুবু পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোয় মুংঙাইনা পুন্সি লেন্নবা অথন্নবা য়াথং কয়া তাকপিরি, ভৌবগীদি মমৈদা ঐখোয়না হৌজিক হিংলিবা পুন্সিসি অশেঙবা নত্তে, ঐখোয়গী অশেঙবা পুন্সিদি আধ্যাত্মিকনি হায়বসি খঙননবা মওংদা তাকপিরি। ঐখোয়গী আত্মাগী শক্তমদা হিংবা পুন্সিবু মশক হেক্ক খঙবা ঙম্বদা হায়বদি ঐ ব্রহ্মননি হায়বসি খঙবদা মীওইবগী পুন্সি মপুঙ ফাবা হৌরে। অসি নত্তদুনা ঐনা ইশাগী আত্মাবু শকথঙবগী পুন্সি থৌওইত্রবদি ঐসু হুই অমমুং হৌদোঙনা পুন্সি লেনব-গুম্না লেনগনি। মথঙগী মপোক্তা ঐখোয় শাগী মপোক্তা পোক্লবা য়ারিবনি। অদুগা করিগুম্বা তাঙ্গা অমদগী নত্রগা প্রকৃতিগী থৌশিন্না ঐনা শাগী মপোক ফংলুরবদি অমুক হন্না মীওইবগী মপোক ফংবদা চহী লীশিং লক্ষা কয়া চংবা য়াই। মরম অসিনা মীওইনা পোকপা মপোকসি আত্মাবু শকখঙ-নবগীদমক্তনি অদুগা মদুগী লমজিংনা বেদনি।

বেদদা তাক্লিবা ঙাক্কদবা নিয়মশিংবু ঙাক্না চৎপা হায়বগী অর্থদি কৃষ্ণভাবনাগী থাক্তা চঙশিনবা হায়বনি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা ভগবদ্গীতাদা হায়রম্বা ঐখোয়না থেংনৈ। মদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দসু হায়রি। অদুনা মপোক কয়া কয়া লৌদুনা পোক্লবা মতুংদা কায়নখঙদা কৃষ্ণবু শকখঙজনবা তাঞ্জা অমা বেদনা নঙোন্দা পীবিরি। অদুবু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দি পুন্সিগী চঙদবা য়াদবা মচাক্লি, বেদগীনা মপুঙ ফানা মুল্লবা মহৈনি হায়রি মরমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌না নঙগী পুন্সিদা চঙদবা য়াদবা মচাক অদু হুকথেংননা পীবিরি।

বেদ মথল মরি থোক্লা থায়দোকই—সাম, ঋক, অথর্ব্ব অমসুং যজুঃ। পুরাণশিংদা মখোয়শিংসি শন্দোক্লা তাক্লি। পুরাণ মশিং তরানিপাল শুই। মসিগী মথাতানা উপনিষদ্‌না ব্যখ্যা অমুক তৌরি। উপনিষদ্‌কী মশিংনা ১০৮ শুই। উপনিষদ্‌শিংসি বেদান্তসূত্রদা শমজিন্না তাক্লি অদুগা বেদান্তসূত্রগী অর্থদু অমুক শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা শন্দোক্লা তাক্লি। চশ্বরিবা মওংদু মসিনি। মরম অসিনা ভাগবতম্‌না বেদগী জ্ঞান পুম্বগী মচিনি।

নৈমিষারণ্য অসি অবাং ভারততা লৈবা থ্বাইদগী মমিং চৎপা অশেঙবা তীর্থ অমনি। মফমদুদা মুনি ঋষিশিংনা আত্মাগী থুমাঙ চাওখৎনবগী মতেং ওইননবা হেক হেক চৎনৈ। যুগ অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি ইহান হান্না বন অসিদা

নৈনখিবনি। মসি থম্ন নৈনবা হৌরকপদা মহামুণি স্বত গো-স্বামীগী মফমদা তিল্লিবা ভাবোকশিংনা হংজখিঃ হৌজিক কৃষ্ণনা মাগী ধামদা হনখ্রে অতুনা দিব্য জ্ঞান অসি কনাগী মফমদা চঙতুনা লৈখ্রবগে? ৱাহংসি মখোয়না হংজখি। ভগবদগীতাসি কৃষ্ণ মশামক্না ঙাঙখিবনি, মসিদা জ্ঞানযোগ, কর্ম্মযোগ, ধ্যানযোগ অমস্নং ভক্তিযোগগী মরমদা য়াম্না কূপ্না শন্দোক্না তাক্লি। হৌজিক ৱাহংসি হংনরক্লিঃ কৃষ্ণদি মাগী ধামদা লেঙখ্রে অতুনা কদায়দগী আত্মাজ্ঞান খঙবা ঙমগনি? মসিগী পাউখুমদি কৃষ্ণনা থাদোক্তুনা চৎখ্রগা ঐখোয়গীদমক শ্রীমদ্ভাগবতম্ থম্বিরম্লে। মসি কৃষ্ণগী মহুৎশিনবা শব্দ ব্রহ্মনি। ভগবদগীতানা কৃষ্ণদগী খেন্নদবগুম, শ্রীমদ্ভাগবতম্সু কৃষ্ণগা করিমতা খেন্নদে। মখোয় পুমগুপ গুপ্না থাক্তা লৈবনি। কৃষ্ণগা কৃষ্ণনা ঙাঙবা ৱাগা করিমতা খেন্নদে. কৃষ্ণগা মাগী নামগসু খেন্নদে। কৃষ্ণগা কৃষ্ণগী রূপশিংগসু খেন্নদে। মসি পুমচুম চুম্নবনি। মসি মুম্না খঙজিনবা দরকার ওই।

ভগবদগীতা অমস্নং শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি কৃষ্ণগী শব্দ অবতারনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্সি শ্রীকৃষ্ণগী শাস্ত্র অবতারনি. মসি বেদ জ্ঞানগী মহৈনি। তেনবা কৌবা উচেক লৈ হায়বা ময়াম্না খঙনরে। তেনৱাগী মশাদু শংই, মাগী মচিন্না ঙাঙই। তেনৱাগী মশাদা চেনবা অঙকপা মগুণ অমনা নঙনা ঙাঙবা ৱাশিংদু মতৌ তমদুনা ঙাঙবা হৈ। অতুগুম্বা

তেনবা অদুনা মপুঙ মরৈ ফানা মুল্লবা উহৈদু মচিন্না চিকই অদুগা, মহৌশানা উহৈদুনা উথক্তা মুল্লবদি মহাও য়াম্না লৈবা হেল্লি। অদুগা অমুক তেনবাগী মচিন্না চিক্লুনা চারবা মহৈদুনা হান্নদগী অমুক হেন্না হাউবা হেল্লি। মদু প্রকৃতিনা শেম্বা নিয়ম্নি। মতাঙসিদা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু বেদ জ্ঞানগী মপুঙ মরৈ ফানা মুল্লবা মহৈনি হায়রি; অদুগা মসি শ্রীসূত গোস্বামীগী গুরু শ্রীল শুকদেব গোস্বামীগী মচিন্দগী থোরক-পনি। সংস্কৃততা শুক-গী অর্থ তেনবানি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি শ্রীল ব্যাসদেবনা অইবা ওইরবসু শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা ইহান হান্না ব্যাখ্যা তৌখি। শ্রীমদ্ভাগবতম্বু তম্বীনা মতমমদুদা শ্রীল শুকদেব গোস্বামী চহী তরাতরুক্তা ওায়রি, মদু খঙবদগী মঙাল মহাক ফংখি। মহাক হান্নদা শক্লাইদবা ব্রহ্ম খঙদুনা মুক্তি ফংলবনি অদুবু মপাবুংগী মচিন্দগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ তাজরবা মতুংদা মহাক শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশিংনা চিংশিনবিখি অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী প্রচারক অমা ওইখি। ইহান হান্না মানা মসি নিংথৌরেল মহারাজ পরীক্ষিৎকী মমাঙদা ব্যাখ্যা তৌখি। মহারাজ পরীক্ষিৎকী শমলপ্পা বারীদ মহাক য়াম্না পুণ্য চেনবা নিংথৌ অমনি অদুবু লাইবক থীবনা মানা তৌরুবা থবক অমদগী মহাকপু ব্রাহ্মণ মচা অমনা মুমিৎ তরেৎনিগী মনুঙদা শিয়ু হায়না শাপ তৌখি। মতম অদুবাইদদি ব্রাহ্মণ অমনা কনাগুম্বা অমদা শাপ তৌবদা শাপ অদু হেক্তা পাল্লি। মথোয়দা শাপ তৌনবা অমসুং আশীর্ব্বাদ পীবা ঙম্বগী শক্তি চেল্লি।

অহুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মহাক চয়োল অমগী মনুংদা শিরগনি হায়বা খঙই অহুনা শিননবা থৌরাং পায়খৎচরে। মানা লৈবাক থাদোক্লুনা মচানুপা মহারাজ জনমেঞ্জয়গী মফমদা শিন্নরে অহুগা ইমুং মনুং মরী মতাশিং থাদোক্লে অহুগা দিল্লিগী মনাক্তা গঙ্গা তুরেলগী মপান্দা ফমহুনা লৈরে। মসি তশেংবদি গঙ্গা নত্তে, যমুনা তুরেলনি। মহাক অচৌবা নিংথৌরেল অমা ওইরম্বনিনা, মফমহুদা খঙ-হৈরবা মুনি ঋষি কয়াম্ তিল্লরে।

মফমহুদা তিল্লরিবা চাউর চাউরবা মুনিশিংগী মফমদা হৌজিক পরীক্ষিৎ মহারাজনা হংজখিঃ "ঐগী ইথৌ করিনো? মুমিৎ তরেৎনিগী মনুঙদা ঐ শিরগনি; হৌজিক ঐনা তৌগ-দবা ইথৌ করিনো? তিনবিরিবা ময়ামসি খঙহৈরবা মুনি ঋষি ঙাক্তনি, অহুনা ঐনা তৌগদবা অচুম্বা ইথৌহু তাকপিয়ু।" অহুদগীদি খরনা যোগ সাধন তৌ হায়, খরনা জ্ঞান ফংননবা হোৎনৌ হায়; অস্তুম তৌহুনা ময়ামহুগী তোঙান তোঙানবা মত পীনরম্মী। মতম অহুদা শ্রীল শুকদেব গোস্বামীনা বন অহুদা চঙলকখি। শুকদেব গোস্বামী চহী তরাতরুক্তা শুজর-বস্ মহাক অসুক্কী মতীক মহৈ মশিং নীংখিনা হৈরম্মী অমসুং মমিং চৎলম্মী মহুদি তিল্লিবা চহী য়াম্নবা মুনিশিং পুম্নমক, মপাবুং শ্রীল ব্যাসদেব য়াওনা লেপখৎতুনা মাবু ঈকায় খুম্নবা উৎলম্মী। মহাক অসুক্কী মতীক খঙ হৈরম্মী। মহাক লাক্লবা মতমদা ময়াম পুম্নমক্না য়ানরহুনা হায়খি, "মফমসিদা শ্রীল

শুকদেব গোস্বামী লেঙলক্লে। করি তৌগদগে হায়বত্থু মাবু লেপহল্লসি। ঐখোয়না মাবু ঐখোয়গী ইছুৎ ওইনা খল্লবনি।"

শুকদেব গোস্বামীবু ময়াম্না হিরমসিদা ঙাঙনবা খনগংলে অদুদগী মঙোন্দা হংজখি, "ঐগী ইথৌ করিনো? অদোম্না চিরবা মতমসিদা লেঙবিরকপসি ঐগীদি য়াম্না লাইবক ফবনি। চানবিদুনা ঐগী ইথৌ তাকপিয়ু।"

শুকদেব গোস্বামীনা হায়, "ফরে, ঐ নঙোন্দা শ্রীমদ্ভাগবতম্ লীরগে।" মসিদা ময়াম পুম্নমক্না য়ানরে।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি ইহান হান্না শুকদেব গোস্বামীনা লিখিবনা, মতাঙসিদ পল্লিবদি মপুঙ ফানা মুল্লবা উহৈছু তেংবাগী মচিন্না শোকপদগী মহাক হেনগৎপক্নম্না শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিসু ইহান হান্না শ্রীল শুকদেব গোস্বামীনা লীবদগী হুন্নদগী হেন্না রস হেনগংলে।

মসি হায়বগী অর্থদি বেদ শাস্ত্রশিংসি, অথন্নবা ভাগবতম্ নত্রগা গীতা অসি আত্মাবু শকখঙলবা মী অমনা ঙাঙবা তাজরগা খঙনবা তম্বা তাই। বৈষ্ণবশিংগী শাস্ত্র ওইরিবা অথন্নবা লাইরিকশিংদি ভক্ত নত্তবা মীগী মচিন্দগী শুকতা তারোইদবনি। বাক্যম অসিদি মতাঙ কয়াদা ঐনা তোয়না পনখ্রে। ভক্ত নত্তবা মখোয়শিং, পুক্লিংনা শাগৎতুনা পঙখন খনগনবা মীতাশিং, মহৈ চাবা থবক তৌরিবা কর্ম্মীশিং, ধ্যান তৌরিবা অমসুং সিদ্ধি পাম্বা যোগীশিং, মখোয়শিংসিনা ঈশ্বরগী বিজ্ঞানবু তাকপা ঙম্লোই। বাক্যমসি অথন্নবা শ্রীল

সনাতন গোস্বামী কৌবা অচৌবা গোস্বামীসিনস্থ প.ল্লস্মী; ভক্তি প্রেমগী সেবা তৌদবা, দেবতাশিংগী গুণ চেন্দবা, ঈশ্বরগী মফমদা থাজবা লৈতবা—অসিগুম্বা মীতাশিংসি ভগবদ্গীতা অমস্তুং শ্রীমদ্ভাগবতম্ নত্রগা পরমেশ্বর ভগবানগা মরী লৈনবা শাস্ত্রশিংগী মরমদা ঙাঙবা য়াহল্লোইদবনি। অহুনা তাকপদি কনাগুম্বা মীশক অমনা ভাগবতম্ নত্রগা গীতা ঙাঙবা অমস্তুং মহু ঐখোয়না হেক্তা তাবা য়াদে হায়বনি। মসি য়াদে। সনাতন গোস্বামীনা ঐখোয়বু মসি তৌদনবা থিংই: ঐখোয়না পরমেশ্বর ভগবানগী মরম পবিত্র ওইদ্রিবা মীওইগী মচিন্দগী তারোইদবনি।

কনাগুম্বনা হংবা য়াই, "মহৌশানা সংসারগী অমোৎপা পক্তবা শ্রীকৃষ্ণগী বচনবু করম্না অমোৎপা পক্কনি? ভক্ত নত্তবা মীগী মচিন্দগী তারগা করি মাঙবা লৈবগে?" বাহং অসি কনাগুম্বনা হংবা য়াই। মসিগী পীরিবা খুদমদি শঙ্গোম য়াম্না কৈ অমস্তুং শীজিন্নবদা হকচাঙ মচি কায় অহুব্ লিননা হেক শোকপদা শঙ্গোমহু খুদক্তা হু ওল্লে। লিনদি য়াম্না মবুকচেল ফত্তে। মানা থেংন থেংনরুবা মী হেক্তা চিকই অহুগা খুদক্তা হেক্তা শিহল্লি, মহু মাগী করিমতা কান্নবস্থ নত্তে, মরম অসিনা জীনবু জীবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না মীস্থংশি হৈতবা জীবনি হায়না লৌনৈ। শাস্ত্র পুন্নমক্তা অহিংসা তৌ হায়না তাকপিরি, অহুবু লিনগা বৃশ্চিককদি হাৎলু হায়না হায়।শঙ্গোম থকপদা হকচাঙদা মচি কায় অহুনা মহু লিননা

শোকলুরবস্থ থকপদা করিস্থ কায়দে অতুনা থকশি হায়বা য়ারোই ' মতু য়াদে--মতু থকলুববদি শিগনি। ঈশ্বরগী ভক্ত নত্তবা, ঈশ্বরবু মশক খঙদবা অমসুং মাবু কল্লক মীহৌবা মীশকশিংসিদগী ভগবদগীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্ তারোই-দবনি। মখোয়না শোকপদগী মসি হু চেলহল্লে। ঈশ্বরগী বাশিংদি মতম পুম্বদা দিব্য ওই অদুবু মখোয়শিংদু লিনগুম্বা মীওইশিংনা হেক শোক্লবদা মখোয়গী মফমদগী তাবা মতমদা য়াম্না চেকশিনবা তাই।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা অসুম্না তাকপিরি মদুদি শ্রীল শুকদেব গোস্বামীনা হেক শোকপাদা মসিগী মহাও লৈবা হেনগৎ-লকই। মসিগী তোপ তোপ্পা মগুণদু মসিনি। মপুঙ ওইনা মসি বেদ জ্ঞানগী মপুঙ ফানা মুল্লবা মহৈনি অদুগা মসি শ্রীল শুকদেব গোস্বামীগী মচিন্দগী থোকখিবনি।

পরমেশ্বর ভগবানদি যোগগী অরোইবা পান্দমনি অমসুং রস পুম্বগী তুঙনফম্নিং মহাক্না মশাগী শক্তমদু মাগী ভক্তশিংগী মফমদা উৎথোকপি অদুগা মাগী কৃপানা মাগা নক্লনা সঙ্গ তৌজবগী রস অদু মনাই ভক্তশিংনা তংজবা ঙম্মী।

১

# অশেংবা শান্তিগী নিয়ম

জীব পুম্নমক মুংঙাইবা ফংনবা থিরি। মহৌ হিংনবগী লান হায়বহৌনি। ঈশিংদা লৈবা জিবশিংদগীনা মীওইবা ফাওবা—ককচেঙদগীনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডসিদা থ্বাইদগী হাপ্না শেমথিবা জীব ব্রহ্মা ফাওবা—জীব পুম্বনা মুংঙাইবা ফংনবা থিরি। মপুঙ ওইবা পান্দমদি মহৌনি। মপুঙ ফানা কৃষ্ণ-ভাবনাদা লুপতুনা লৈরিবা মী অহৌতনা শান্তি ফংই মরম্দি মঙোন্দা অপাম্বা অমতা লৈতে হায়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়। কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা মী অমগী মশাদা চেনবা অথন্নবা মগুণহৌ অসিনি। মহাক অকামঃ ওইরে। অকামঃ হায়রিবা মীওইহৌদি মশাগী অপাম্বা লৈতবা, মশা মথন্তুদা পেনজরবা, করিগুম্বা অমা ফংগে তাম্রবা অমম্হুং মপুঙ ফানা শান্তি ফংলবা মীওইহৌনি। মখোয়হৌ কনানো? মখোয়হৌ কৃষ্ণ-ভাবনাদা লুপ্লিবা ভক্তশিংহৌনি।

মখোয় নত্তবা অতৈহৌনা কাঙলুপ অহুম থোক্লা থায়-দোকপা য়াই। কাঙলুপ অমনা ভুক্তি হায়বদি সংসারগী মুংঙাইবা, অপেনবা ফংনবা তাম্নরিবা কাঙবুনি। অসিগুম্বা মীতাশিংনা চাবা, থকপা, মুংঙাইথোকপা পাম্মী। হকচাঙগী

থেন্নবা মতুং ইন্না মুংঙাইবগী মওংসু তোঙাল তোঙালি। মীশিংনা গ্রহ অসিদা নত্রগা অতৈ গ্রহশিংদা তোঙাল তোঙানবা মফমদা ইন্দ্রিয়শিংগী মুংঙাইবা ফংনবা থিনরি। মথোয়গী মপুঙ ওইবা পান্দমদি ইন্দ্রিয় পেনহনবনি। মহুবু ভুক্তি কৌই। মথঙগী মী কাঙলুপনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা হোৎনবদা চোকথরবা নত্রগা নীংবা কায়হুনা সংসারগী অফা অপুন্নবা খুরৌদগী নাস্তোকপা পাম্বা মীতাশিংনি। অহুদগী পরম সত্য হায়বসি করিনো হায়না ভাবনা শাগৎতুনা থঙননবা জ্ঞান ফংনবা হোৎনরিবা মীশিংসু লৈরি। অহুনা, ইন্দ্রিয় পেনবা পাম্বা মী থরা লৈ, অহুগা অতৈনা মুক্তি ফংনবা থিরি। মুক্তি পাম্বা মীতাশিংসু অপাম্বা থরা লৈ হায়বদি সংসারদগী মুক্তি পামই। মহুদগী যোগীশিংসু লৈ, মথোয়না অমুক যোগ সিদ্ধি পাম্মী। যোগ সিদ্ধি মথল নিপাল শুই, মহু ফংবা মী অহুনা খ্বাইদগী পীকপা, খ্বাইদগী লুম্বা নত্রগা মানা পাম্বা পোৎ নীংবগা হেক্তা ফংবা অসিচিংবা সিদ্ধিসু লৈরি। মশাগী ইন্দ্রিয় পেনবা পাম্বা, মুক্তি পাম্বা অমসুং সিদ্ধি পাম্বা মী পুম্নমক্তা মশাদা অপাম্বা পকই। অহুগা ভক্তশিংদি কমদোবা? মথোয়গীদি অপাম্বা লৈতে। মথোয়না শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবদা পামজবনিনা কৃষ্ণগী মাথংতবু থোরাংনা ঙাইজৈ, মহুনা মথোয়গী অপেনবনি। কৃষ্ণনা মনাই ভক্তবু নরক-তা কুমহনগে থল্লবসু মথোয় মফমহুদা চৎননবা শেম শাহুনা লৈ। অহুনা কৃষ্ণনা "নঙ ইনাক্তা লাকউ"

হায়রবস্থ চৎননবা শেম শাহুনা লৈ। মখোয়গী মশাদা অপাম্বা লৈতে। মসি পুন্সিগী মপুঙ ফাবা থাক্নি।

ভক্তনা প্রার্থনা ওইনা কৎচবা ফজরবা শ্লোক অমা লৈঃ "ঐ মতম পুম্বদা নঙগী ৱাথন্দদা লুপচগে, হে প্রভু—নঙগী ৱাখন্দা লুপ্পা হায়বদি কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা হায়বসি পুক্নিংগী অপাম্বা পুম্বদগী লাম্থোকপা হায়বনি।" তশেংনা হায়রবদা ঐখোয় সংসারসিদা অফা অপুন্নরিবনিনা অপাম্বা কয়া লৈ। মী থরনা ইন্দ্রিয় পেনবা পাম্মী, মসিদগী থাক থক্তিংবু ৱাংনা লৈবা মীতাশিংনা পুক্নিং পেনবা পাম্মী, অহুগা মসিদগী থয়া হেন্না অমুক ৱাংনা লৈবা মীতাশিংনা অঙক অঙকপা মিত্রং যাহু উৎতুনা মীওোন্দা শক্তি উৎপা পাম্মী। মখোয়শিংসি তোঙান তোঙানবা মঙমদা সংসারগী খুরৌ থাংজরিবা মীতাশিংনি। মরম অসিনা কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা মী অমনা অসুম্না প্রার্থনা তৌজৈঃ "হে প্রভু, করম্বা মতমদা ঐনা নঙগী ৱাথন্দা নত্রগা নঙগী সেবাদা পুক্নীং লুপ্পা ঙম্লগবা?" "নঙগী ৱাখল" হায়বসি ভাবতনা খঙবা ইথক্তা ভাবনা পঙশা শাগৎপা ৱাখন্দু নত্তে; মসিদি থবক ওইনা পায়থৎপা য়াবা ৱাখল ফিদম্নি। "ঐ শান্তি ফংগনি"। পুক্নিংনা শাগৎপা পুম্বা—ঐ মসি পাম্মী, ঐ মহু পাম্মী—হায়রিবা ৱাখল পুম্বা লোইনা কোকথিগনি।

ঐখোয় পুক্নিংনা পঙশা শাগত্তুনা পল্লেপফম খঙদনা লৈরি। ঐখোয়না পুক্নিংদা শক্তি পুম্বা শিন্নথোক্লে অহুগা পুক্নিংনা ঐখোয়বু খৌহুনা পুরি—"সিদা ল্যাকউ, আদা

চৎলূ"। কনাগুম্বা অমনা অসিগুম্বা মথোংচাদবা থবকসি লেপ্পা তাই। "ঐ লেঙদবা ননাই ওইজরগে। মতমচুদা ঐ হন্নাও তয়াম্না লৈগনি মরমদি ঐবু ঙাকপী শেনবীবা মপু লৈরে।" কৃষ্ণভাবনাদা লৈতবা মখোয় অতৈশিংচুদি লমজিং-বীনবা লৈতবনি। মখোয় মশানা মশাবু লমজিংজরি। কৃষ্ণভাবনাদা লৈরিবা মখোয়গীদি অথোইবা লমজিংবা অমা লৈ, মরম অসিনা, মশাদা অকিবা লৈতে। খুদম ওইনা অঙাং অমা মমা মপানা শেম্নচুনা হেক লৈরিমখৈদি মশাদা অকিবা পোক্তে। অচুদগী হেক নাম্নোকখিবদা অপনবা খুদোংথীবা কয়া থেংনৈ। মসি য়াম্না অপৌবা প্রমাণনি, অচুবু মতৌ অসিগুম্নচুনা, মশানা শাগৎপা রাখল পুম্বা থাদোক্লুনা নোংমগী মনুঙদা পুং ২৪ চুপ্পা কৃষ্ণভাবনাদা চামদা চামা য়েৌনা লূপশিল্লবা মীওইশিংচুনা খূদক্তা শান্তি ফংগনি। মচুনি শান্তি ফংবা হায়বচু।

মরম অসিনা কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা মখোয়চুনা ফংগে তানবা অপাম্বা অমতা লৈতবনিনা তশেংনা শান্তি ফংই হায়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়। ইন্দ্রিয়গী অপেনবা, পাম্বা, মুক্তি পাম্বা অমসুং যোগসিদ্ধি পাম্বা মীতাশিংদি মতম পুম্বদা খোয়রাঙচুনতা লৈ। মশাদা খোয়রাঙবা হেক পোক্লিমখৈদি প্রকৃতিগী খুচুম মথা থানা লৈরিবনি হায়বা মানা খঙগনি। খোয়রাঙবশিংসি পুমবোক কোক্লবা মতমদা মহাক মুক্তি ফংলবনি। অসিগুম্বা খোয়রাঙনবা রাখল অমা

ঐখোয়দা পোক্লিবসি ঐখোয়না পুম্নমকপু ঙাকপী শেনখি-ন্নিবা অথোইবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু মশক খঙদবদগীনি। মতুংগী মতুংদা ঐখোয়গী তোঙান তোঙানবা ৱাখল লৌচিং লৈজে অতুনা মতম পুম্বদা পুক্নিং খোয়রাঙনতুনতা লৈ।

প্রহ্লাদ মহারাজগুম্বগী খুদম কয়া মরাঙ কায়না লৈরি। মহাক চহী মঙাদা ঙায়ন্নিবনি, মমা মপাগী লুনা য়োকচবা মচানি, অতুবু মানা ঈশ্বর ভক্ত অমা ওইবদগী মপাবুংনা মাগী য়েক্লবা ওইথি। মসি জগৎসিগী মওংনি। কনাগুম্বা অমনা ভক্ত ওইবা হেক হৌবদা অপনবা খুরৌ কয়া থেংনবা হৌরে। অতুবু খুরৌতুনা মাবু থিংবা ঙমদে অতুগা লশ্মীতুদা অপনবসু পীবা ঙমদে। ঐখোয় মতম পুম্বদা কৃষ্ণভাবনাদা লৈননবা ইশানা হোৎনজবা তাই। অতু নত্রবদি মফমসি মায়ানা পানবা লৈবাক্নি। মানা হেক ঐখোয়বু উবদা মায়থীবা পীগদবগী লাক্লগনি, "ও! মসিদা ঐঙোন্দগী নাম্থোক্নদবগী হোৎনবা জীব অমা লৈরে।" কনাগুম্বা অমনা কৃষ্ণভাবনা হেক লৈবগা অমসুং মশাবু পরমেশ্বরগী খুয়াথাদা মপুঙফানা হেক চঙজবগা মানা মায়া অসিবু করিমতা কিবা লৈররোই। কৃষ্ণ-ভাবনাদা লৈরবা মীওইশিংদি মপুঙফানা শান্তি ফংলবা মীওইনি।

মীপুম খুদিংমক্না পৃথিবীদা শান্তি পুরকপা পাম্মী। শান্তি ফংনবা খোঙজংদা চংশিল্লিবা মীওইশিংনা শান্তি করম্না ফংগদগে হায়বা খঙদে, অতুমকপু শান্তিদি ফংনীংই। ঐনা

কান্ত্যবরীগী অর্কবিশোপনা পীবা ভাষণ অমা পারে মতুদা মানা হায়, “নঙনা ঈশ্বর য়াওদনা ঈশ্বরগী লৈবাক ফংনীংই।” মসি ঐখোয়গী অশোয়বনি। নখোয়না শান্তি ফংবা তশেংনা পায়বদি, শান্তি ফংবা হায়বগী অর্থাদি ঈশ্বরবু মশক খঙবনি হায়বসি ওইনা লৌগদবনি। মতু ভগবদগীতাদা হায়রি। নঙনা পরমেশ্বর ভগবানগা মরী লৈনদনদি শান্তি ফংবা ঙমলোই। মরম অসিনা শান্তি ফংনবা নিয়ম অমা ঐখোয়-গীস্থ লৈজরি। অশেঙবা শান্তি ফংননবা নিয়মদি কনাগুম্বা অমনা পরমেশ্বর ভগবানবু জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্বগী মপুনি হায়বা য়াবা অসিনি। মসিদা আমেরিকাস্থ য়াওরবনি। মানা চীনাগী, রশিয়াগী, ভারতকী অমস্থং অতৈ লৈবাক পুম্নমক্কী মপুনি। অতুনা ঐখোয়না লম লমশিংসিগী মপুনি হায়না দাবী তৌনবসিদগী ঐখোয়গী ইরক্তা খৎন-চৈনবা, হাৎন-থিন্নবা, য়ানদবা ঙাক্তা থোরক্লি, অতু ওইরগদি করম্না শান্তি ফংগনি ?

থ্বাইদগী ইহান হানবদা ভগবাননা পুম্নমক্কী মপুনি হায়বসি য়াবা তাই। ঐখোয়দি চহী ৫০ নত্রগা ১০০ রোমদা মফমসিদা অতিথি ওইনা লাকপনি। ঐখোয় মফম-সিদা ল্যাকই অতুগা থাদোক্কুনা চৎথিগনি, অতুবু মফমসিদা লৈরিবৈঙ মতমদা বাথল অসিদা লুপ্পুনা লৈ মতুদি “মসি ঐগী লমনি। মসি ঐগী ইমুং মনুংগী মীনি। মসি ঐগী হুকচাঙনি। মসি ঐগী ইরলনি।” অতুদগীদি থ্বাইদগী হেন্না ইথক থোংবা

মানাময়ুম, মরল, মশা, মতু মচা, পৈশা অমসুং বেঙ্কতা তুং-শিল্লিবা শেলকম পুম্নমক্তু থাদোক্নুনা চৎলো হায়না য়াথং তৌরকপা মতমদা পুম্নমক ছন্দোক্রমলে তদুগা ডতোঙ্গা মকম অমদা অমুক চৎপা তারে। ঐখোয় মায়া সংসারগী খুত্নম মথাদা লৈবনি অদুগা মানা ঐখোয়দা তোঙান তোঙানবা হকচাঙশিং পীবিরি। "হৌজিক্তি, মুংশিরবা ইবুংঙো, মসিগী হকচাঙসি লৌরো।" ঐখোয়না আমেরিকাগী, চীনাগী, ভারতকী, হূইগী নত্রগা হৌদোঙগী হকচাঙ লৌই। ঐনা হকচাঙসি ফাওবগী মপু ওইদে, অদুবু ঐ হকচাঙসিনি হায়না হায়জৈ। তশেংবদি মসি জ্ঞান য়াওদবনি। অদু ওইরবদি ঐখোয়না করম্না শান্তি ফংগনি? ঈশ্বরনা পোৎ পুম্নমক্কী মপুনি হায়না খঙবা মতমদা ঐখোয় শান্তি ফংগনি। কনা-গুম্বগী মরুপ, মমা, মমা পোকপা মপুবোক নত্রগা লৈবাক্কী প্রেসিডেন্ট অসি কাল কৌবা মাগী অতিথি ঙাক্তনি। মসিগী জ্ঞান অসি য়ানা লৌরবা মতমদা শান্তি শোয়দনা ফংগনি।

ঐখোয়দা শান্তি অমদি পুক্লিং লৈতাবা পীবা ঙম্বা মরুপ অমা থিরি। মতু গুম্বা মরুপ্তু কৃষ্ণনি, ঈশ্বরনি। মাগা মরুপ ওইয়ু; মীপূম খুদিংমক নঙগী মরুপ ঙাক্তা ওইগনি। মরমদি ঈশ্বরনা মীপূম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা ঙাম্মোইরি, অদুনা নঙনা মাবু মরুপ শাম্নরবদি নংবু মরুপ মপাঙ ওইনা লোয়-ননবা জ্ঞানদু জীবদুদা থম্মোয় মুংদগী পীরকনি। নঙনা পুলিস কমিস্নার অমগা মরুপ শাম্নরবদি কান্নবা য়াম্না ফংই। নঙনা

প্রেসিডেণ্ট নিক্সনগা মরুপ শান্নরবদি, মী অয়াম্বা নঙগী মরুপ ওইগনি মরমদি মথোয় প্রেসিডেণ্টকী মথাদা লৈবনি। কনা-গুম্বা ওফিসার অমদগী করিগুম্বা থরা পান্নবদি ইচম চম্না প্রেসিডেণ্ট নিক্সনগা বারী শান্নরো অদুদগী মানা হায়গনি, "ফরে, ফরে, নুপাসিগী অবাৎ অপা থরা য়েংশিল্লু।" অদুদগী পাম্লিবত্ত ইরায় লায়না ফংবা ঙম্লে। ঈশ্বরগা মরুপ ওইনবা হোৎনৌ, অদু ওইরবদি মীপুম খুদিংমক নঙগী মরুপ ওক্তা ওইগনি। মীপুম খুদিংমক্তা ঈশ্বরদি পুম্নমক্কী মরুপ্নি, মানা পুম্নমক্কী অথোইবা মপুনি হায়বা অচুম্বা বাফমসি নীংথিজনা খঙলবদি মথোয় পুম্বা শান্তি ফংগনি। মদু শ্রীচৈতন্য মহা-প্রভুনসু তাকপিরম্বনি।

ভগবদগীতা, শ্রীমদ্ভাগবতম্, চৈতন্য চরিতামৃত, নত্রগা অতোপ্পা বেদ শাস্ত্রশিং নত্রগা অতৈ ধর্মগী লাইরিকশিংদা চপ মান্ননা অস্রুম্না হায় : ঈশ্বরনা পুম্নমক্কী মপুনি। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী অমতা ওায়বা মরুপ্নি। নঙনা মসিবু খঙলবদি শান্তি শোয়দনা ফংগনি। মসি শান্তি ফংনবগী নিয়ম্নি। নঙনা ঈশ্বরগী মপোৎপু নঙগীনি হায়দুনা হেক মপু শারুবদা মায়াশক্তি হায়বদি পুলিসকী থবক হেক্তা পায়খৎলকই। "নঙ মপু নত্তে"। অদুনা ঈশ্বরনা নঙগীদমক তম্বীরম্বা শরুক অদুতং লৌবা তাই।

নঙগী নথোদি নশাবু মপুঙ ফাবা কৃষ্ণভাবনাগী থাক অদু য়ৌনবা কাখৎচবা অদুতনি, অতৈ অমা তৌগদবা নত্তে।

নঙনা তাক্লিবা নিয়ম অসি ইন্দ্রবা, নিয়মসিবু য়াত্রবা অদুগা হেন্না মুংঙাইথোকপা পাম্লবা অদু ওইরবদি হেন্না অমুক বাবা তাই। মসিগী বাসি কাউথোকপা চুমদে। মরম অসিনা, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়, "কৃষ্ণভাবনাদা লৈরবা মীদুগী ফংনীংবা অপাম্বা লৈতে। মরম অসিনা মহাক শান্তিদা লৈ।"

কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা মীওইশিংগীদি কৃষ্ণ নত্তনা অতৈ কনামতা থঙদে। তশেংনমক্তি কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা মীতনা শা স্ত ফংই, কনামতবুস্থ কিরুবা লৈতে। মথোয় নরকতা, স্বর্গদা নত্রগা করিগুম্বা মফম অমদা লৈরবস্থ কৃষ্ণগা লোয়ন-ছুনতা লৈ মরম অসিনা মথোয়গীদি মফম পুম্নমকসি বৈকুণ্ঠ হায়বদি অকিবা পোক্তবা মফম ঙাক্তনি। মতৌ অসিগুম-লদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পরমাত্মা ওইনা মফম পুম্বা শীন-থুংনা লৈ। মহাক্না ওক অমগী থম্মোয়দস্থ লৈ। ওকনা অমাঙবা চায় অদুনা পরমেশ্বর ভগবানস্থ ওক্তা থম্মোয়দুংদা লৈরিবনিনা মাস্থ অসিগুম্বা প্রকৃতিগী চৈরাক অসি ফংলি হায়দুনা হায়গদবা নত্তে। ভগবানগা ভক্তগদি মতম পুম্বদা প্রকৃতিগী গুণনা শোকপা ঙমদনা লৈ। মী লীশিং লক্ষা কয়াগী মরক্তা তশেংনা কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা মী অমা য়াওবা থেংনবদা বানা থোকই; অদুনা কৃষ্ণভাবনাগী থক্তা লৈবা ফিভমসি য়াম্না অতাঙবনি। অদুবু যুগসিগী জীবশিংবু কা হেন্না মুংশিবিবদগী শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা অবতার তৌবিদুনা হকথেংননা মীয়ামদা ঈশ্বরগী প্রেম মমল য়াওদনা য়েম্নোকপিরি।

ঈশ্বরগী প্রেমসি লেম্না অমম্তং অম্বুক্কী মতীক ফংবা যাদনা য়েঙ্থোকপিরিবসিদম্তু মীয়াম্না মসিবু থৌওইনদ্রি। ঐগী গুরু মহারাজনা তোয়না তোয়না হায় মদুদি নঙনা ভারতকী মমুঙদা খ্বাইদগী মমল য়াম্নসু পীবা, খ্বাইদগী থুম্বা অমম্তং হাওরবা লঙ্গেরা হৈনৌহু য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা চঙহুনা লেম্না য়েঙ্থোকপদা মীয়াম্না চিংনগনি : মুপা অসিনা লঙ্গেরা হৈনৌসিবু লেম্না পীরিবসি করিগীনো ? করিগী মানা মসিবু লেম্না য়েল্লিবনো? মসি পীরগা করিগুম্বা অম তৌগে হায়না শোয়দনা খল্লমগনি।" শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা লঙ্গেরা হৈনৌ-গুম্বা কৃষ্ণভাবনাসিবু মমল হোঙনা মীয়ামদা য়েঙ্থোকলি, অদুবু মী অয়াম্বনা ইপঙ পঙনা খল্লি, "ও ! মখোয়না হরে কৃষ্ণ অসিতা শোল্লি, মসি করি কাম্নরিবনো ? মসিদি মশাগী বুদ্ধি শীজিন্নহুনা বাংল খনবা ঙমদবা, অরাংবা থাক্কী জ্ঞান লৈতবা মীওইশিংনা তৌগদবা থবক্নি।" অদুবু মসি অদু-গুম্বদু নত্তে। অস্নয়া তাকপিরি মহুদি "মী লীশিং লক্ষা কয়া কয়াগী মনুংদা মী থরতনা কৃষ্ণভাবনাসিদা তপাম্বা পোকই।" হায়রিবা বাফমসি থৌওইদবা তৌগম্নু। মসি য়াম্না তাঙনা ফংবনি অদুগা কৃষ্ণভাবনা সাধন তৌজরবদি নপুন্সি মহৈ য়ানগনি। মীওইনা পোকপা মপোক্কী পান্দম মপুঙ ফাবা ফংগনি। কৃষ্ণভাবনাগী মরু অসি য়াম্না তাঙই অমম্তং মমল য়াম্না য়াম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাকপিরি মহুদি মশীং খিঙনদ্রবা জীবশিংনা মপোক মপোক কয়া লৌনুনা

জীব মথল ৮,৪০০,০০০ ওইনা পোকতুনা ককঙাহৌনা লৈরি। অস্তুক য়ামথ্রবা মখোয়শিংসিগী মনুংদা মহাইবক ফবা অমখক্তা কৃষ্ণভাবনাদা চঙবা ঙমজৈ।

করিগুম্বা কান্দা ভক্তশিংনা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংগী চৎলি। মখোয় ভিক্ষা নিবা ওইনা চৎপনি। অদুনা ভারত লৈবাক্তা ভিক্ষারীশিং, থোইদোক হেন্না সন্ন্যাসীশিংবু য়াম্না ব্যবহার তৌনৈ। সন্ন্যাসী অমনা কনাগুম্বা মী অমগী য়ুমদা ভিক্ষা নিবা লাকপদা মাবু তরাম তরাম্না ওকই, "স্বামীজী, ঐ করি তৌজো হায়বগে?" ভিক্ষা নিরিবা ভক্ততুনা করিগুম্বা অমা অথম্বনা পিয়ু হায়দে, মীতুনা পিরক-পা পোৎ অদু, তল অমতং ওইরবসু, মদু পীবদগী মঙোন্দা আধ্যাত্মিক মায়কৈদা চাংথৎচরে। ময়ুমদা ভিক্ষা নিবা লাকপা অশেঙবা ভক্ত অমগী মফমদা তল অমা দান তৌরিবা মুপাদু আধ্যাত্মিক মায়কৈদা মরল পায়রবা মীনি। কনা-গুম্বা অমনা আধ্যাত্মিক লন য়াম্না লৈরবদি ভক্ত-বৈষ্ণবশিংবু ঙস্বমখৈ তরাম তরাম্না ওকচৈ। বৈদিক চৎনবী মতুংইন্নদি কনাগুম্বা য়েক্লবা অমনা নয়ুমদা লাক্লবা ফাওবা নঙনা মাবু য়েক্লবনি হায়বফাও কাউথোক্তুনা তরাম তরাম্না ওকদবনি হায়। ঈশ্বরগীদমক্তা পুম্নমক কথোকথ্রবা অশেঙবা ভক্তবু তরাম তরাম্না ওকপগী নিয়মদু মসিনি।

তাক্লিবশিংসি য়ুগানবা মীশিংগীদমক পীবা পাউতাক্লি। য়ুম পান্দুনা লৈরিবা মীশিংনা হুমিৎ য়ুংবা মতমদা য়ুমদগী

মপান থোরক্লগা মপুক লাম্বা কনা কনা লৈবগে প্রসাদ খুন-বিনবা চঙবিরকউ হায়না কৌগনি। তন্থম্না কৌবসিদা তাংহনা চঙলকপা মীহুনা হুন্দুরেনহুগী চাবলুক অহু চাহন-গনি। মীগী মশাদা লাইশিংগী মগুণ চেনবা ঙম্নবগীদমক্তা নিয়ম কয়ানরুম তাক্লুনা লৈরি। মথোয়শিংসি লাম্না থাজবা নত্রগা কাহেম্না হায়জিনবগী বা নত্তে। মীওইবশিংসি লাই-গুম্না গুণ চেন্নবা হোৎনগদবনি। মানা ঈশ্বরগী অংশ অমা ওইবনিনা, মঙোন্দা অহুগুম্বা গুণহু চেনবা ঙম্নবগী তাঙ্গা অমা পীবিরি। অসিগুম্বা অসি তৌহল্লিবসিগী মরমদি নোংমা নত্রগা নোংমদি মীহু কৃষ্ণভাবনাদা কৈরক্লবগীনি।

অসিগুম্বা গুণ চেন্ননবা হোৎনরকপা মতমদা তাঙ্গা চাক্লবদগী ঈশ্বরগী অশেঙবা ভক্ত ওইবা গুরু অমা থেংনজ রু-রবদি মাগা সঙ্গ তৌজবগী মপাম্না মশাবু শেংদোকপা ঙমজৈ। মরম অসিনা মমাঙগী মপোক্তা অফবা কর্ম্ম তৌজরকপা মথোয়তনা অশেঙবা ভক্তশিংগী সঙ্গ ফংননবা থিজরকই হায়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাকপিরম্মী। ভক্তি প্রেম সেবাগী পাম্বী মরু অসি গুরুগী কৃপানা অমসুং কৃষ্ণগী কৃপানা ফংজবনি। গুরু অমসুং কৃষ্ণগী কৃপা ফংলবা মীহুগী মফমদা পাম্বীহু নীংথিজনা মহৈ য়ালহল্লি। অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক লন অহুনা মীহুবু মরাইবক ফবা ওইহল্লি অমসুং আত্মাজ্ঞান ফংহুনা পুক্লিং মকা লামই, অহুদগীদি মানা গুরু অমা থেংনজৈ, অহুগা গুরুগী কৃপানা মানা কৃষ্ণভাবনাগী মরু অহু

ফংবা ঙমজে। মতুনা মতম পুম্বদা ফংলবা থিজেঃ "কদায়দা অসিগুম্বা সঙ্গসি ফংজগনি? কদায়দা অসিগুম্বা জ্ঞানসি ফংগনি?"

হায়রিবা নিয়মসি তৌননবা তাকপিরম্লবনিঃ মসিনা আধ্যাত্মিক মায়কৈদা থুমাঙ চাঙথৎনবগী সধারণগী নিয়মনি। কৃষ্ণদি নঙগী থম্মোয়মুংদা লৈবনি অতুনা মানা নঙ পুকচেল শেংলে অতুগা গুরু ফংনবা থিরে হায়বা হেক থঙবদা মানা অশেঙবা গুরু অমা থাবিরক্কনি। কনাগুম্বনা কৃষ্ণভাবনাগী মরু ফংলিবসি কৃষ্ণ অমম্তুং গুরু অনীমক্কী অপুনবা কৃপাতননি। পাম্বীতুগী মরুদি হাম্লনা লৈরবনি। নঙোন্দা গুন্দোপ পাম্বীগী অফবা মরু অমা লৈরবদি করি তৌগনি? পাম্বীগী অফবা মরু অমা লৈরবদি মতু বেঙ্ককী চেকশিন্না থম্বা উপু মমুংদা শো লোনশিন্নগা থমগদবা নত্তে। নংগী নথৌদি মরুতু লৈবাক্তা হুনবসিনি। পাম্বী মরু কদায়দা হুনগনি? কৃষ্ণভাবনাগী মরমদা খজিক্তুং শঙলবদি মতু নঙগী থম্মোয়দা হুল্লু। লৈবাক্তা হুনগদবা নত্তে, থম্মোয়মুংগী লৈবাক্তা হুনগদবনি। মরুতু থারবা মতুংদা ঈশিং থরা থরা চাইবিগদবনি, মতুগী ঈশিংতুদি ঈশ্বরগী নাম তাবা অমম্তুং শক শোনবা অসিনি। থম্মোয়মুংদা পাম্বী মরুতুবু থাক্তরবদি, ঈশিং থরা থরদং চাইবিয়ু, অতুদগীদি হৌক্তরক্কনি।

দীক্ষা ফংলবশিংনা নাম তাবা অমম্তুং শক শোনবগী থোইনা দরকার লৈত্রে থল্লুনা হায়রিবা থৌওংসি লেপকদবা

নত্তে। মসি অ ৩৫ চ.খম লৈতনা চথগনি। পাম্বীদা ঈশিং চাইবিত্রবদি কংশিল্লক্কনি; মহৈ অমতা পাল্লোই। মত্তৌ অসিগুম্লহ্নুনা নঙনা কৃষ্ণভাবনাদা য়াম্না খুমাঙ চাউথৎচরবস্থু নাম শোনবা অমসুং ভাবগী থবকসি লেপ্পা য়াদে মরমদি মায়াদেবীসি য়াম্না কল্লি অমসুং শক্তি লৈ মহুদি মানা নঙবু হেক উবদা, "ও! তাঞ্জা অমা ফংলেদনা" হায়হ্নুনা মানা চিংথুখিহ্নুনা খুদক্তা কংখিগনি। ঈশিং চাইবগী মপাল্লা কৃষ্ণ-ভাবনাগী পাম্বীনা হৌরি। করম্না হৌরিবনো? নখোয়না উরিবা পাম্বীশিংগীদি ঙমথৈ নাই; মসিনা অসুম অসুম চাউ-থৎলকই অহুদগী চাউবা লোইহ্নুনা লেপ্পা মতাঙ অমা য়েৌরকই। অহুবু কৃষ্ণভাবনাগী পাম্বীসিনা সংসারসিগী মফম অমতদা হৌহ্নুনা লোইবা লৈতে মরমদি কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা মী অমনা জগৎ সংসারসিগী করিগুম্বা গ্রহ অমদা ফং-লিবা খুদোংচাবশিংসিদা পেনবা ঙমদে। দোলাই অপাইবী ফাওবা য়াওদনা মথন্তা পাইবা ঙম্বা, য়াম্না শক্তি লৈরবা মীওইশিংনা লৈরিবা সিদ্ধলোক পীরবা ফাওবদা মানা পেনবা ঙমদে।

গ্রহ অমদগী অতোপ্পা গ্রহ অমা তাম্না চৎপদা পাইনবা দোলাই অপাইবী নত্রগা মালং জহাজনচিংবগী দরকার লৈত-বা মীওইশিংনা খুন্দাহ্নুনা লৈবা সিদ্ধলোক কৌবা গ্রহ অমা লৈ. হায়বা শ্রীমদ্ভাগবতমদা তাকপিরি। সিদ্ধলোকসিগী মথক্তসু অতৈ গ্রহ কয়ামক্কম লৈরি। হৌজিক্কী ইনৌ নৌনা

ময়াম্না পিনরক্পা মতকী মতুংইন্না থবাম্মিচাক খুদিংমকসি মুমিৎ অমমম্মি অদুনা তোঙান তোঙানবা গ্রহমণ্ডল অমস্তুং সৌর জগৎ লৈ হায়বা ঐনা থেংনরে। অদুবু বেদ শাস্ত্রগী মতুংইন্নদি তোঙান তোঙানবা ব্রহ্মাণ্ড কয়া লৈ হায়না তাক-পিরি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ডসিগী ঙমখৈদি খ্বাইদগী মপাঙ্‌হংবা আ-কাশসিনি। হৌজিক্কী বৈজ্ঞানিকশিংনদি থবাম্মিচাক খুদিং-মকসি মুমিৎ অমমম্মি হায়। বেদ শাস্ত্রনদি অদুম্না হায়দে। বেদগী বাফম মতুংইন্নদি জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অমমমদা মুমিৎ অমমম লৈ হায়, অদুগা ব্রহ্মাণ্ডগী মশিং থীঙমদনা লৈব্রে অদুনা মুমিৎ অমস্তুং থাগী মশিংস্তু থিবা ঙমদনা লৈ। ব্রহ্মাণ্ডসিগী মনুঙদা খ্বাইদগী বাংবা গ্রহদি ব্রহ্মলোক্নি। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপি-রি মদুদি "নঙনা খ্বাইদগী বাংলবা গ্রহতু য়ৌরবস্তু অমুক হন্না মক্মসিদা হল্লকনি" স্পুটনিকশিং অমস্তুং অতিয়াদা পাই-রিবা মীওইশিংসিনা য়াম্না বাংনা বাংনা পাইরি, অদুগা পৃথি-বীসিদা লৈহৌরিবা মীয়াম্না খুবাক খুদুনা মখোয়বু থাগৎলি; অদুবু ঙাইহাক লৈরগদি মখোয় অমুক হেক্তা কূমথরকই। খুবাক খুদুনা থাগৎচরবস্তু মদুদগী হেন্না করিমতা তৌবা ঙমদে। মতৌ অসিগুম্লদুনা, সংসারগী বাখল্দা লুপ্পা মীওই-শিংনা য়াম্লবদা ব্রহ্মানা লৈরিবা ব্রহ্মলোক অদু য়ৌনা কাবা ঙমই, অদুবু কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা কাঙবুনদি মদু ফাওবা পামদ-দুনা থাদোকই। মখোয়না শক্লাইদবা ব্রহ্মজ্যোতি ফাওবা লংথোকই। মখোয়না মদু করিমতা থৌশাদে।

জগৎ ব্রহ্মাণ্ডবু য়োম্লবা কুয়োম আস এখোয়না লোর-বা অ গাংবা অতিয়া অসিদগী য়াম্না হেন্না হেন্না চাউথ্রবনি। মপাম্থংবদা লৈব্রিবা অহাংবা মফম অসিনা মমুণ্ডদা লৈব্রিবা অহাংবা মফম অসিদগী শরুক তরা হেন্না চাউই। অদুনা অসিগুম্বা চাউরবা কুয়োমসি ফাওদুনা চৎলগা মথণ্ডদা বি-রাজ হায়বদি কারণ সাগর য়োগনি। বৌদ্ধ দর্শনগী পম্বৃংদি বিরাজ য়োবদুনি। সংসারগী পুন্সিনা লোইরবদা মদুবু বেদগী লোন্দাদা বিরাজ কৌই। কৃষ্ণভাবনাদা লৈবা ভক্ত-শিংনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডসিবু লাম্থোক্লুনা চৎপদা নত্তনা, মানা কারণ সাগর হায়ব্রিবা অনীগী লংদাই ওইবা মফমসি য়োরগা মথা তানা চত্থি। পাম্বী অসিনা ব্রহ্মলোকতগী বিরাজ অদুদগী আধ্যাত্মিক আকাশ য়োনা হোথি; অদুবু পাম্বীদুনা আধ্যাত্মিক ধাম য়োরবা ফাওবা মফমদুদা লৈব্রিবা বৈকুণ্ঠ ধাম অমতদা লৈনীংবগী অপাম্বা পোক্কে।

আধ্যাত্মিক আকাশতা লৈব্রিবা খ্বাইদগী বাংবা ধামদি কৃষ্ণলোকনি। মসি কৃষ্ণনা লেপ্লিবা থম্বাল অদুগী মণ্ডংনি। অদুগা পাম্বীদুনা মফমদু য়োদুনা কৃষ্ণগী খুয়া থম্বান্দা চঙজরবা মতমদা মথাতানা হোবা লেপ্লে। মরী চৎপা পাম্বীনা বাংনা বাংনা অসুম অসুম হোগৎলকপদা করিগুম্বা অমদা য়েৎচবা ফংবদগী মশা মরেং ফন্দোরকপগুম্না ভক্তিগী পাম্বী অসিমু কৃষ্ণগী চরণ থম্বাল ফংজবদা মশা মরেং ফন্দোরকই। কৃষ্ণ-ভাবনাগী উরিসিনা কৃষ্ণগী চরণদা হেক য়েৎচবদা মাগী খুয়া-

খাদা চঙজে। "মফমসি য়ৌরে, ঐগী পুন্সি খোঙচৎকী পন্থুং য়ৌরে। মফমসিদা মপাল মরা ভাদুনা পাকখোক শন্দোকলগে।" পাকখোক শন্দোকপা হায়বগী অর্থদি কৃষ্ণগা সঙ্গ তৌদুনা হুংঙাইবা হায়বনি। মফমদুদা ভক্তনা অপেনবা ফংজে।

মদুগী উরিদুনা মথাতানা চত্থরকই, অদুনা, হান্নন কৃষ্ণভাবনাদা লৈরবা মীওইশিংনা মখোয়গী খোঙহৌ চুম্নবদি পুন্সি অসিদা লৈরিঙৈ মতমদা ফাওবা উরিদুগী মহৈ মহাও তংজবা ঙমই।

নঙনা নাম শকশোনবা অমসুং নাম তাবগী থবকসি লেপ্তনা চত্থরবদি অসুম অসুম মথা তানা চত্থগ্রগা মমৈদা শোয়দনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বাল য়ৌবা ঙমগনি অদুগা মফমদুদা মাপল লোরনদুনা হুংঙাইবা ফংগনি।

—(০)—

35941



শ্রীশ্রীমৎ এ, সি, ভক্তিবেদান্ত স্বামী
আন্তর্জাতিক কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘ লিঃ